অশঙ্বা

# ভারতকী কাব্য কাঙলোন

হাওরোংবম রাজমনি

***Ashamba Bharatkee Kavya Kanglon***

A Brief Study on Indian Poetics by Haorongbam Rajmani,
First Published in Cachar by Manipuri Sahitya Parishad, Assam,
Bantarapur Branch in 2003.Pp. xiv + 94 Price Rs. 85.00



অইবগীনি

অহানবা ফোঙবা ঃ ডিসেম্বর ২০০৩

লাইরিক মশীং ঃ ৫০০

অফোঙবা ঃ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, বনতারাপুর মশা

টাইপ সেত্তিং ঃ কালা প্রিন্টিং ৱার্ক্স, লক্ষীপুর ফুলেরতল, কাছাড় ঃ আসাম

মমল ঃ লুপা ৮৫.০০

ঐবু তাইবঙ মঙাওহনবিরকখিবা অমদি
ঐখোয়বু শেম্বদা শেংকনি চাগনি খঙজব্রা
পালেম পাহৌ অনীগী খুময়াদা

## অফোঙবগী ৱাহৈ খরা

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম, বনতারাপুর মশা লায়রজরিবা সংস্থা ওইজরবসু অইবা-অইবীশিংগী পুক্নী ং থৌগৎচৈ। সাহিত্যগী মচাক থিজিনবতা নত্তনা খুনাইসিগী লোন, কলা অমসুং সংস্কৃতিবু ঙমজবা মওঙদা চাওখৎহনবগী পান্দমদা অহানবা ওইনা হাওরোংবম রাজমনি গী *অশম্বা ভারতকী কাব্য কাওলোন* লাইরিক অসি মণিপুরীদা পুথোকচরি।

মণিপুরী সাহিত্য নৈনবগী হীরমদা মপান মণিপুরদা নৈনরোল লাইরিক্তি লাইবক থীনিঙাইনি, মরমসু লৈরমগনি। সমালোচক নৎত্রগা ক্রিটিকশিংনা ভারতকী সাহিত্য নৈনরোল অমসুং য়ুবোপকী সাহিত্য নৈনরোল অনী অসি কূপ্পা খঙবা হায়বসি তঙাইফদবা অমনি। অইবা খুদিংমক্নসু নৈনরোল অনী অসি খঙবা ঙম্লক্লবদা অফবা মগুণ লৈবা লাইরিক মণিপুরী সাহিত্যদা থোক্লক্কনি খনজৈ।

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম, বনতারাপুর মশানা পুথোকচরিবা লাইরিক অসি শেন্দোংগী নৎচদে। খুনাইসিগী অৱাৎপা খজিক্তং ওইরবসু মেনখৎচনিংবগী ৱাখলদা পুথোকচবনি। মশাসিগী ভি,পি য়েঙখোম বীরচন্দ্র অমসুং সেক্রেটরী কাঙবম দিকেন মখোয় অনীগী শৌগৎ ৱাহৈ অমসুং কলা প্রিন্টিং ৱার্ক্স কী কর্মকর্ত্তা ওইরিবা লোয়াবাকপা খুমন অহুমসিগী মতেংনা মতম খরদংদা পুথোকপা ঙমজখিবনি। তৌবিমল কাওজরোই। অইবা হাওরোংবম রাজমনিবুসু মহাক্কী ম্যানুসক্রিপ্ট হরাও হরাও পীবিরকপগীদমকথাগৎচরি। লাইরিক্কী মমল য়ারিবমখৈ কোমথোকহন্নবা হোৎনজবনি । অদুবু মতমসিগী চাদিংনা ওন্নতৈনবা ওইহল্লে, ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসিনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা ছাত্র-ছাত্রী অমসুং অইবা, সাহিত্য প্রেমীশিংদা ভারতকী কাব্যশাস্ত্রগী মরমদা খজিক্তং ওইরবসু কান্নবা পিগনি হায়বগী থাজবা থমজরগা খ্বাই তরাগী মফমদা লাইবিক অসি লাম্থোকচরি। অশোয়- অঙাম ঙাকপীগনি।

**হাও অমর**
*প্রেসিদেন্ট*
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম,
বনতারাপুর মশা।

তাং- ২৬/৯/০৩ ইং।

# ৱারোল অমা

শ্রী হাওরোংবম রাজমনিগী 'অশম্বা ভারতকী কাব্য কাঙলোন' ভারতকী কাব্য শাস্ত্রগী মশক শন্না তাকপা লাইরিকনি। ভারতকী ওইবা মীৎয়েংদগী কাব্য নৎত্রগা সাহিত্যবু মশক খঙনবা অমদি খঙহন্নবা লাক্লবদা অসিগুম্বা মওংগী নৈনবগী লাইরিক মণিপুরীদা পুথোকপা চুম্মিবনি। রাজমনিগী সেবা তরান্না তৌফম থোকই হায়না খল্লি।

খৃষ্ট মতুংগী অহানবা নৎত্রগা অনীশুবা চহীচাদগী হৌনা ভারতকী তোঙান তোঙানবা লমগী মায়চৌশিংনা কাব্যবু কুপ্পা য়াম্নমক কূপথনা য়েংলক্লি; মশক খঙনবা অমদি খঙহন্নবা লাক্লরক্লি; ঙসি ফাওবা লেপত্রি; লেপসু লেপখিরোই হায়না খাজরি। লীশাং শীৎনা নৈনরকপদা, অসুম কূপথরকপদা মতাং মতাংগী মফম মফমগী ওইনা মীৎয়েং খেন্নরকপা য়াওরকই। মশানা তাবনি। মীৎয়েং য়াম্নমক খেন্নবসু য়াওরকই। অমনা হায়বা ৱাফম অমনা য়াদবা, সুকয়ামক য়াদবসু য়াওরকই। অদুমকপু পূন্নমক চাউরাকপা মীৎয়েং অমদা য়ান্নববা ৱাফম ময়াম অমদি য়াঙলেন শরূ ওইনা লৈরি। মওংবু, কাব্যদা রস য়াওই হায়বসিমদি ফোঙদোকপগী লোন্দা-পুদা অমদি মওং-মতৌদা খেন্নবা লৈরবসু পূন্নমক্লা য়ানরবনি। অসিগুম্বা মওংদা অপূনবগী ওইবা মান্নরবা ৱাফম ময়াম অমা খুদোংচাবগী মতুং ইন্না পরেং অমদা থম্মগা নৌনা তমখৎলক্লিবা মহৈরোইশিংগী মফমদা খুদোল তম্নবা সাধনা অমা অইবনা তৌরি।

কাব্য অমদি কাব্যশাস্ত্রগী হীরম অসি য়াম্নমক পাক চাউই। মায়চৌ অমমমনা পীরম্লিবা মত অসি য়াম্নমক কূপই অমদি পাক চাউই। মায়চৌগী মশীংসু ওস্থোক্লা য়ামথ্রবনি। মখোয়না হায়রম্বা মান্নবা ৱাফমশিং খঙদবা য়াদে কাব্য নৈনগে হায়রবদি। খঙদবা য়াদবা ৱাফম ময়াম ময়ামদগী মরূ ওইবা খরা খনগৎলগা মচা খায়না, অরায়বা লোন্দাদা নৌজরিবশিংনা মীৎনা খোঙনা লাম্বা ফংগদবা খূদম প্রমাণ মথং মথং পীদুনা তাক্লনবা লাক্লরি। অচৌবা অরুবা ৱাফম অমা খঙনবা লাক্লবদা য়ুম্ফম ওইগদবা ৱাফম মচা-মচা কয়ামুকসু লৈরি। মচা ওইজরবসু মমুদ তানা খঙদবা য়াদবনি। খঙদ্রগদি অচৌবা অরুবা ৱাফম অদুদা চঙশিনবা ঙমদে। মওংবু উপমা নৈনবদা উপমেয়, উপমাননচিংবসি হান্নবা খঙদবা য়াদে; রস খঙনবা লাক্লবদা ভাব ময়াম খঙদবা য়াদে; ধ্বনি খঙনবা লাক্লবদা শব্দ শক্তিগী লৌশিং মরূ ওই। অসুম্না নাটক নৎত্রগা মহাকাব্য মশক খঙনবা লাক্লবদা সন্ধিগী লৌশিং লৈতবা য়াদে। অসিগুম্বা

অহৌবগী ওইনবা মচাক মচল কয়া অমা মতাং মতাংগী ওইনা অইবা রাজমনিনা শন্না কবিগুন্না মতাংদা যাম্না শর্মজিন্না পুখত্তুনা মশক তাক্লবা লাক্লরি। তবান্না ওকপা যাবা সাধনা অর্মান হায়বা তাই

অমুক্কা হন্না পাকশন্না নৈনদুনা পাযখৎত্রিবা হীরম কয়াদসু খূৎ থাবক্লগদি কাব্য নৈনবোনগী লমদাংদা অচৌবা সেবা তৌবা থোক্কনি। ওইরকপা ওইসনু।


**এলাংবম দীনমনি**
*প্রোফেসর*
মণিপুরী বিভাগ
মণিপুর য়ুনিবরসিতী।


কানচিপুব
৩১।৮।২০০৩

# ৱাহৌদোক

ভারতকী কাব্যশাস্ত্র পাকচাউখ্রবা কূপখ্রবা অমসুং লুখ্রবা হীরমনি। অসিগুম্বা হীরম অসি চেনা খরদা শুপচিল্লগা ইথোকপগীদমক খূৎ থাবা হায়বসি 'থীক নেম্বনা থা লাম্বা' হায়বা মৈতৈ পাউরৌদু তাগদ্রা হায়না মিপাইজদবসু নত্তে। অতোপ্পগী ৱাফম থম্মুদনা ইশামক হীরম অসিদা খঙনীংলুবনা অঙৈনবা অমা য়াওনা হৈত-হৈত ইর্জখিবা লাইরিক্নি। য়ারিবমখৈ লাইরিক অসিদা অরায়বা লোন্দা শীজিন্নজে, অদুবু মতাংনা য়াদবদা মীরোন অমসুং অকক্লবা অর্থ পুবা ৱাহৈশিং সংস্কৃত ৱাহৈ ওইনা অদুমক থমজে। লাইরিক অসিদা মরু ওইনা কাব্য, রস, অলঙ্কার, গুণ-রীতি, ধ্বনি, বক্রোক্তি, ঔচিত্য, সাধারণীকরণ, শব্দ-শক্তি, ছন্দ অমসুং ভারতকী মরুওইবা আচার্যশিংগী শন্নপ্পা মশকশিং তাক্লবা হোৎনজে। বানানগী মতাংদা য়ারিবমখৈ লান্দনবা হোৎনজে অদুবু খরদি চেকশিনহৌদবা হায়বা তারে।

ঐগী পুন্সিদা অকনবা শাফু অমা পীবিরক্কুনা কন্না হোৎননীঙবগী ইন্থন ফাওহনবিখিবদি Chorus Repertory Theatre গী Director ঐগী গুরু রতন থিয়ামনি। ঐনা 1993-94 দা Chorus কা শন্নরিঙৈদা Chorus না হোৎনবা কনবা, খাঙবা কনবা, থকশি-খাশি, মওঙ চুম্না হোৎনরবদি মহৈ ফংবগী মশক অমা শঙ-শঙনা উজবা ফংজখি। মসিনা ঐগী পুন্সিদা মঙাল অমা ফাওহনবিখি। মথংদা ঐগী গুরু J.N. Manipur Dance Academy গী প্রধান গুরু শৌগায়জম থানিলনা ঐবু পীক্লিঙৈদগী মচাতা মচাগুম নাওকোনবিরক্কুনা হীরম খুদিংমক্তা অশোয়-অঙাম, অৱাৎ-অপা কয়া মেনখৎপীদুনা ঐগী পুন্সিবু শেমবিরকখি। মসিমক্লা ঐগী পুন্সিদা হিমায় চুম্বীবা হায়বদু ওইখি।

লাইরিক অসি পুথোকপদা মরু ওইবা পাউতাক কয়া পীবিরকখিবা ওজা এম, এস নিঙোম্বা, ঐবু হিন্দীগী লমদা থোইদোক্লা মীৎ পাঙহনবিখিবা ওজা আচার্য রাধাগোবিন্দ থোঙাম্নসু মরু ওইবা পাউতাক কয়া পীবিখি। ঐবু করিদা শোয়খিদগে হায়দুনা কূপ্না শেন্নবিরক্লবা ঐগী ওজা ওইনাম ইবোচাউবনসু মরু ওইবা পাউতাক কয়াগা লোয়ননা লাইরিক অসিগী অৱাৎ-অপা কয়া য়েংশিনবিবগা লোয়ননা ঐবু পূক্লীং থৌগৎপিবদগী লাইরিক অসি মপূঙ ফাখিবনি। মথংদা ঐবু ইখূৎ পায়দুনা তম্বীরকপা

ওজা এলাংবম দীনমনিনা পাউতাক্তা নত্তনা মরু ওইবা লাইরিক কয়াসু পীবিরকখি লোয়ননা ও হৈবিক অসিগী মরমদা ব্রাবোল অমত্তং ইবীয়ু হায়জরুবদা তরাম তবান্না ইবিব কপদীদমক শা ভমল লোইদবা লমন অমা তোনশিনজরবনি। অসিগুম্বা ওজাশিংগী পাঙতাক থমস্ মাতেংশিসি নৎলমদ্রবদি অসূক কৃপথ্রবা অমসুং লুখ্রবা ইবমসি থ্রেগী পামথৎ ভমমল্লোই।

এগী ... লৈরিক কাবা ... হায়না মিংথানবা লাইরিক অসি ফোঙবা ভমদনা খাঙ্গানদুনা লৈরিঙৌদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, বনতারাপুর মশানা ফোঙদোকপগে হায়দুনা ফোঙবগী দায়িত্ব পুন্নমক লৌবিখি। মসিগীদমক মতম লৈবা খ্বিবিঙা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, আসাম, বনতারাপুর মশাবু কাওজরোই।

বনতারাপুর কাছাড়
২৫ সেপ্টেম্বর, ২০০৩

হাওরোংবম রাজর্মান

# হীরম লামায়

তরুকশুবা পন্দুপ

## বক্রোক্তি সম্প্রদায়



তরেৎশুবা পন্দুপ

## ঔচিত্য সম্প্রদায়



নিপানশুবা পন্দুপ

## শব্দ শক্তি



মাপনশুবা পন্দুপ

## ছন্দ



তরাশুবা পন্দুপ

## ভারতকী আচার্যশিংগী অশম্বা ৱারোল



## বিব্লিওগ্রাফি

# অহানবা পন্দুপ

# কাব্য

'কাব্য' হায়বা ৱাহৈ অসি সংস্কৃত ৱাহৈনি হায়বসিময়াম্না ইখঙ খঙনরবা ৱাফমনি। ৱাহৈ অসি মণিপুরীদা হন্দোকপদা হৌজিক ফাওবদি খরা লুনা থোক্লি। অদুমক কাব্য হায়না কৌনদুনা চৎনরি। অমরোমদা অমুক 'সাহিত্য' হায়বসিসু সংস্কৃত ৱাহৈনি। ৱাহৈ অনীমক অর্থদি অমত্তুনি। *সাহিত্যদর্পণ* অমসুং *কাব্যপ্রকাশ* মখল অমত্তুগী লাইরিক্নি। চপ মান্নবা ৱাহৈ অনী অসিবু তোঙান-তোঙানবা শাস্ত্রীশিংনা পামজবা মতুং ইন্না 'সাহিত্য' নৎত্রগা 'কাব্য' কৌজবগী ৱাতনি।

কাব্যগী পরিভাষাগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা ভারতকী আচার্যশিংনা তোঙান-তোঙানবা মশা-মশাগী ওইবা পরিভাষা পুথোক্লুনা ফোঙদোক্লরম্মী। পরিভাষাশিং অসিগীসু মমাঙদা *ঋগবেদ* নচিংবদসু কাব্যগী মরমদা পল্লম্বা উবা ফংই অমসুং আচার্য ভরত মুনিনসু মাগী *নাট্যশাস্ত্র* দা ময়েক শেংনা পল্লম্বা উবা ফংই। অদুগা মথক্তা পল্লম্বশিং অসিদগী হেন্না ময়েক শেংনা পল্লম্বা আচার্যশিংগী পরিভাষাশিং অদুগী মনুংদা মরু ওইবা খরদং পল্লবদা ঃ-

(১) ভামহনা মাগী *কাব্যালঙ্কার* দা "শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্" হায়বদি অর্থগা লোয়নবা ৱাহৈবু কাব্য কৌই হায়রম্মী।

(২) মম্মটনসু মাগী *কাব্যপ্রকাশ*তা "তদদোষৌ শব্দার্থৌ সগুণাবন লঙ্কৃতী পুনঃ ক্বাপি" দোষ লৈতবা, গুণনা লৈতেং ওইবা, অলঙ্কার য়াওদ্রবসু নীংথিবা অর্থনা লৈতেংলবা ৱাহৈ পরেংবু কাব্য কৌগনি হায়রম্মী।

(৩) বিশ্বনাথনা মাগী *সাহিত্যদর্পণ* দা "বাক্যং রসাত্মকং কাব্যম্" হায়বদি রস চেনবা ৱাহৈ পরেংবু কাব্য কৌগনি হায়রম্মী ।

(৪) জগন্নাথনসু মাগী *রসগঙ্গাধব* দা "রমণীয়ার্থ প্রতিপাদকঃ শব্দঃ কাব্যম্" হায়বদি নীংথিজনা অর্থ চেল্লবা ৱাহৈশিংবু কাব্য কৌই হায়রম্মী।

(৫) জয়দেবনসু মাগী *চন্দ্রালোক* তা "নির্দোষগুণালঙ্কার লক্ষণরীতি বৃত্তম বাক্যং কাব্যম্" হায়বদি থোইদোক্লা গুণ অমসুং অলঙ্কারশিংনা পূল্লবা লক্ষণ রস, রীতিনচিংবা য়াওরবা বাক্যবু কাব্য কৌগনি হায়রম্মী।

(৬) বামননা মাগী *কাব্যালঙ্কার সুত্রবৃত্তি* দা "স দোষ-গুণালঙ্কারহা নাদানাভ্যম্" হায়বদি গুণ অমসুং অলঙ্কার পূল্লবা শব্দবু কাব্য কৌগনি হায়রম্মী।

(৭) দণ্ডীনসু মাগী *কাব্যাদর্শ* দা "ইষ্টার্থব্যবচিছন্না পদাবলি:" হায়বদি পূক্নীং শুক্নৎনিংঙাই ওইরবা অর্থনা তিল্লবা ৱাহৈশিংদু কাব্য কৌগনি হায়রম্মী।

(৮) শুদ্ধৌদনিনসু মাগী *অলঙ্কারশেখর* দা "কাব্যং রসাদিমদ্বাক্যং শ্রুতং সুখবিশেষকৃৎ" হায়বদি রসনচিংবনা তিল্লবা থোইদোক্লা পূক্নীং পেলহনবা ঙম্বা তাবদা নুংঙাইবা বাক্যবু কাব্য কৌগনি হায়রম্মী।

(৯) মহারাজ ভোজনসু মাগী *সরস্বতীকণ্ঠাভরণ* দা " রসাত্মকং কবি: কুর্বন্ কীর্ত্তিং প্রীতিঞ্চ বিন্দতি " হায়বদি কবিশিংনা রসনা থৱায় ওইবা কাব্যশিং ইদুনা মিংচৎ অমসুং অপেনবা ফংই।

(১০) আনন্দবর্দ্ধন্নসু "কাব্যস্যাত্মা ধ্বনি। শব্দার্থ শরীরং তাৱট্‌কাব্যম্" হায়বদি কাব্যগী অত্মাদি ধ্বনিনি অমসুং শব্দশিংনা হকচাংনি হায়রম্মী।

মথক্তা পল্লিবা কাব্যগী পরিভাষাশিং অসিগী মনুংদা আচার্য বিশ্বনাথকী পরিভাষাবু খরা হেন্না মপূঙফাবা অমসুং অচুম্বদা নকশিনবা ওইনা অয়াম্বনা লৌনরি।

## কাব্যগী মখল

কাব্যগী মখল অসি ভাবতকী আচার্যশিংগী তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েংগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙানবা মখল খায়দোক্তুনা উৎপা য়াই। মদুদি –

**(১) খূৎইগী মওঙ হায়বদি শৈলীগী মীৎয়েংদা;**

**(২) মওঙ-মতৌ হায়বদি স্বরুপকী মীৎয়েংদা অমসুং**

**(৩) পূক্নীং হূবা হায়বদি রমণীয়তাগী মীৎয়েংদা।**

## (১) খুৎইগী মওঙ হায়বদি শৈলীগী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল ঃ-

মীৎয়েং অসিদা কাব্যবু মখল অহুম থোক্লা য়েংবা য়াই। মদুদি—
**(ক) গদ্য (খ) পদ্য অমসুং (গ) চম্পূ**

### (ক) গদ্য

ছন্দদা য়ুম্ফম ওইদবা নুমিৎ খুদিংগী শীজিন্নরিবা ৱারী ৱাতাইগী মওঙদা ব্যাকরণগী নিয়ম মতুং ইন্না ইবা কাব্যবু গদ্য হায়বদি ৱারেং কৌই। নিবন্ধ, কহানী নচিংবশিংসি গদ্যগী মনুং চনবা কাব্যনি।

### (খ ) পদ্য

অয়াম্বা মতমদা ছন্দদা য়ুম্ফম ওইবা, ব্যাকরণগী নিয়মগী ৱাংমা লাম্থোক্লগা ঈথক-ঈপোম অমগা লোয়ননা ইবা কাব্যবু পদ্য হায়বদি শৈরেং কৌই। শৈরেং অচৌবা মচা পূন্নমক পদ্যগী মনুং চনগনি।

### (গ) চম্পূ

গদ্য হায়বদি ৱারেং, পদ্য হায়বনা শৈরেং অনীমক পূন্না য়ানশিন্নদুনা ইবা কাব্যবু চম্পূ হায়না খঙনৈ। ডাঃ কমলগী *মাধবী* মখল অসিগী কাব্যনি।

## (২) মওঙ-মতৌ হায়বদি স্বরূপকী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল ঃ—

মীৎয়েং অসিদা কাব্যগী মখল অসি অনী থোক্লা য়েংবা যাই। মদুদি—
**(ক) দৃশ্যকাব্য** অমসুং **(খ) শ্রব্য কাব্য।**

### (ক) দৃশ্যকাব্য

মীৎমাঙদা শঙ-শঙ উহন্দুনা নৎত্রগা য়েংহন্দুনা থম্মোয়দা নুংঙাইবা পীবা ঙম্বা অদুগুম্বা কাব্য মখল অদুবু দৃশ্যকাব্য কৌই। কাব্য মখল অসিনা লাইরিক হৈবা-হৈতবা, নহা-অহন খাক্তনা ভাবোকশিংবু নুংঙাইবা মহাও পীবা ঙম্মী। কাব্য মখল অসি শৈরেং অমসুং ৱারেং হায়বদি পদ্য, গদ্য অনীমক্তা ইনবসু চৎনৈ। ভরত মুনিনা কাব্য মখল অসিবু 'মঙাশুবা বেদ' নি হায়না ফাওবা হায়রম্মী।

দৃশ্যকাব্য অসি অমুক মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লম্মী। মদুদি—

**(অ) রূপক** অমসুং **(আ) উপরূপক** ।

**(অ) রূপক** - নট নৎত্রগা নটী কানা অশেংবা শক্তম নৎত্রগা কবিগী কল্পনানা শাগৎপা শক্তমগী মশকপু মতৌ তমদুনা ৱাঙাং-শাঙাং ফিজেৎনচিংবগী মতেং

লৌদনা মতৌ মান্না অভিনয তৌদুনা ফম্বাক্তা উৎথোকপা দৃশ্যকাব্যবু রূপক কৌই। মসিবু খবা রাংবা থাক্কী দৃশ্যকাব্য ওইনা আচার্য়শিংনা লৌনৈ।

রূপকপু অমুক মখল তবা থোক্লা খায়দোক্তুনা লৈরি। মদুদি — নাটক, প্রকবণ, ইহামৃগ, ডিম, সমবকাব, ভান, প্রহসন, বীথী, ব্যায়োক অমসুং অঙ্ক ।

১। **নাটক** - রূপক দৃশ্যকাব্যগী মরু ওইবা মখল অমনি। মসিবু নাট্য হায়নসু খঙনৈ। হৌজিক্কী মতমদা রূপকপু নাটক হায়না অদুমক শীজিন্নবা চৎনবে। তশেংবদি তোঙানবা মশক ... । মসিগী রাবীদি ইতিহাসতা যুম্ফম ওইগদবনি। শৃঙ্গাব অমসুং বীব বসনা মরু ওইবা বস ওইগনি। অঙ্ক হায়বদি এক্ত মঙাদগী তবা ফাওবগী মনুংদা ওইগদবনি, মসিদগী হেনবা অমসুং রাংবা ... গাদবগী নিয়ম অমা মশাগী লৈজৈ। রূপক মখল অসিদা সন্ধি মঙামক, অর্থ প্রকৃতি মঙামক, কার্যগী অবস্থা মঙামক অমদি বৃত্তি মবিমক হাপ্পী।

খূদম — কালিদাসকী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম্* মখলসিগী রূপকনি।

২। **প্রকবণ** মসিসু রূপক দৃশ্যকাব্যগী মরু ওইবা মখল অমনি। মসিগী রাবীদি ... খঙনবা নৎত্রগা কল্পনাগী ওইগনি। নাযকনা ধীবপ্রশান্ত ওইগনি শৃঙ্গাব বসনা মপুঙ ওইগনি। সন্ধি মঙামক, অর্থ প্রকৃতি মঙামক কার্যগী অবস্থা মঙামক অমদি বৃত্তি মবিমক যাওগনি। অঙ্ক মঙাদগী তবাগী মনুংদা ওইগনি।

খূদম — শূদ্রক্কী *মৃচ্ছকটিকম্* মখলসিগী রূপকনি।

৩। **ইহামৃগ** — ইতিহাস অমসুং কল্পনা ইযান যানশিন্নবা ওই। নাযকনা ধীবদাত্ত ওইগনি, শৃঙ্গাব বসনা মপুঙ ওইবা লীলানি। অঙ্কসু মনিখক্তনি। মুখ, প্রতিমুখ অমসুং নিবহণ হায়বিবা সন্ধি অহুম অসিদমক য়াওগনি।

খূদম - কাব বৎসবাজগী *রুক্মিনীহবণ* মখলসিগী রূপকনি।

৪। **ডিম** — ইতিহাস নৎত্রগা পুবাণদগী লৌবা রাবী অমদগী শাগৎপা থোঁদোক পবীংনি। নাযকনা ধীবোদ্ধত মখলগী ওই। বৌদ্র বসনা মপুঙ ওইবা লীলানি। মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ অমসুং নির্বহণ সন্ধি খক্ত যাওই। বৃত্তিসু সাত্বতী অমদি আবভটীতা শীজিন্নৈ।

খূদম — সংস্কৃতকী *ত্রিপুব-দাহ* মখলসিগী রূপকনি।

৫। **সমবকার** — পুবাণগী রাবীদা যুম্ফম ওইবা রূপকনি। নায়কনা ধীবোদাত্ত নৎত্রগা ধীবোদ্ধতনা ওই। সন্ধি মরি হায়বদি মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ অমদি নির্বহণ যাওই। বৃত্তিদি আরভটী অমসুং সত্বতীনা ওই। অঙ্ক অহুমগী লীলানি। বীর রসতা যুম্ফম ওই।

খূদম — *অমৃত-মন্থণ* ভরত মুনিনা *নাট্যশাস্ত্র* দা পল্লম্বনি, লীলা ওইনদি উদ্রে।

**৬। ভান** — কল্পনাগী ওইবা ৱারীদা পাত্র অমখক্তনা ৱাহং পাউখুম তৌজবা অঙ্ক অমখক্তনা শাবা লীলানি। মসিদা সন্ধি অনী মুখ অমসুং নির্বহণ অদুগা বৃত্তিনা ভারতীনা ওই। মীনম শোরিবনা লীচৎ ওইবা মায়া হৈবা মীওইবগী লীচৎ য়েকপনা মপূঙনি। বীর অমসুং শৃঙ্গার রসনা মপুঙ ওইবা লীলানি।

খূদম — ভারতেন্দু হরিশ্চন্দ্রগী *বিষস্য বিষমৌষধম্* মখলসিগী রূপকনি।

**৭। প্রহসন** — মসিসু কল্পনাগী ওইবা ৱারীদা অঙ্ক অমখক্তনা শাবা লীলানি। মসিদা নির্বহণ সন্ধি অমসুং ভারতী বৃত্তিদমক য়াওই। তৌশিন্নবা, সন্যাসী, কঞ্চুকীনা নায়ক ওই। হাস্য রসনা মপূঙ ওইদুনা নোক্লনবগীদমক শান্নবা লীলানি।

খূদম — ভারতেন্দু হরিশ্চন্দ্রগী *বৈদিকী হিংসা হিংসা ন ভবতি* মখলসিগী রূপকনি।

**৮। বীথী** — মসিসু কল্পনানা শাগৎপা ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা অঙ্ক অমখক্তগী রূপকনি। নায়কনা ধীরললিত ওইগল্লি, পাত্র অনীদগী হেন্দে। শৃঙ্গার অমসুং বীর রসনা মপূঙ ওইবা রসনি। মুখ অমসুং নির্বহন সন্ধিতনি অতৈ সন্ধি য়াওদে। বৃত্তিসু কৈশীকীতনি।

খূদম — *লীলা মধুকর* মখলসিগী রূপকনি।

**৯। ব্যায়োগ** — পুরাণ নৎত্রগা ইতিহাসকী ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা নোংমগী মনুংদা থোকপা থৌদোক ৱাথোক্কী পরীংদা শাগৎপা, অঙ্ক অমত্তগী ওইবা তৌবতবু খরা শাংবা লীলানি। মসিদা মুখ, প্রতিমুখ অমসুং নির্বহণ সন্ধি য়াওই। বৃত্তিনা সাত্বতী অমসুং আরভটীনি, ধীরোদ্ধত নৎত্রগা ধীরোদাত্তনা নায়ক ওইবা বীর রসনা মপূঙ ওইবা লীলা মখলনি।

খূদম — ভারতেন্দু হরিশ্চন্দ্রগী *ধনঞ্জয়-বিজয়* মখলসিগী রূপকনি।

**১০। অঙ্ক** — কল্পনাগী ওইবা ৱারী তৌবতবু মীয়াম্না পাক-শন্না খঙনরবা ৱারীগী পরীংদা শাগৎপা অঙ্ক অমখক্তগী ওইবা পংশাং শাংদবা লীলানি। মসিদা মুখ অমসুং নির্বহণ সন্ধিদমক য়াওই, বৃত্তিসু সাত্বতীতনি, নায়কসু মীচম নৎত্রগা অফাওবা মীনসু ওইবা করুণ রসনা মপূঙ ওইবা রূপকনি।

খূদম — *শর্মিষ্ঠ যযাতি* মখলসিগী রূপকনি।

**(আ) উপরূপক** - জগোইনা য়ূম্ফম ওইদুনা শান্নবা দৃশ্যকাব্যবু উপরূপক কৌই। মসিদা ৱা কা হেন্না ঙাংদুনা ভাবোক্কী থম্মোয়দা ইহুল ফাওহনবগী মহুৎতা

জগোই-ঈশৈ, মীৎযেং-নাযেং, শাওঙ-শাথেক অসিনচিংবনা ভাবোকশিংগী মফমদা অখন্নবা ভাব হাযবদি ঈশুল অমৰু যাকায়হনবনি।

উপৰূপকসু ৰূপকনা মখল খায়বগুম মখল তরানিপান লৈ। মদুশিংদুদি - ১) নাটিকা, ২) প্রকবণিকা, ৩) ত্রোটক, ৪) শিল্পক, ৫) দুর্মলিকা, ৬) নাট্যরাসক, ৭) উল্লাপ্য, ৮) কাব্য, ৯) শ্রীগদিত, ১০) হল্লীশ, ১১) ভাণিকা, ১২) রাসক, ১৩) প্রেঙ্খণ, ১৪) প্রস্থান৺, ১৫) বিলাসিকা, ১৬) সংলাপক, ১৭) সট্টক অমসুং ১৮) গোষ্ঠীনি।

**১) নাটিকা**— কল্পনান। শাগৎপা অঙ্ক মবিনা শাবা, সংয়োগ শৃঙ্গার রসনা মরু ওইবা বস ওইবা লীলানি। ধীরললিতনা নায়ক ওইবা, সন্ধি মঙামক য়াওবা বৃত্তিনা কৈশিকী ওইবা উপরূপকনি।

খুদম - শ্রীহর্ষগী *বত্নাবলী* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(২) প্রকরণিকা**— লৈবাক্লা খঙনববা ৰাবী ওইবা নৎত্রগা কল্পনানা শাগৎপা, শৃঙ্গার রসনা মপূঙ ওইবা, ব্রাহ্মণ লল্লোনবনা নায়ক ওইবা, অঙ্ক মঙা ফাওবা ওইবা উপৰূপকনি। মসিদা সন্ধি মঙামক অমসুং বৃত্তিনা কৈশীকীনা ওই। মসিগী খুদম *সাহিত্যদর্পণ* দা পল্লমদে।

**(৩) ত্রোটক** — কল্পনানা শাগৎপা ৰাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শৃঙ্গাব রসনা মপূঙ ওইবা, ধীবোদাত্তনা নায়ক ওইবা, কৈশীকী বৃত্তি অমসুং সন্ধি মঙামক য়াওবা, অঙ্ক মঙানা শাবা উপরূপকনি।

খুদম — *বিক্রমোর্বশীযম্* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৪) শিল্পক** – মোঙফম, ভূটনচিংবগী বাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, শান্ত অমসুং হাস্য বস নত্তনা শৃঙ্গাব অমসুং অতৈ রসনা মপূঙ ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভারতীনা বৃত্তি ওইবা, সন্ধি মঙামক য়াওববা ব্রাহ্মণনা নাযক ওইবা, অঙ্ক মরিনা শাবা উপৰূপকনি।

খূদম -- *কনকাৱতী মাধব* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৫) দুর্মল্লিকা** — পূঙ অমগী ৰারীদা অঙ্ক মরিগী ওইবা লীলানি। হাস্য নৎত্রগা শৃঙ্গার রসনা মপূঙ ওইবা রস ওইগনি। নাযক্লা অতোনবা নৎত্রগা মীচম্না ওইবা, কৈশীকী অমসুং ভারতীনা বৃত্তি ওইবা, সন্ধি মবিনা তিল্লবা উপৰূপকনি।

খূদম — *বিন্দুমতী* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৬) নাট্যরাসক**— কল্পনাগী ৰাবীদা য়ুম্ফম ওইবা, হাস্য নৎত্রগা শৃঙ্গার রসনা মপূঙ ওইবা, ধীরোদাত্তনা নায়ক ওইবা অঙ্ক অমগী লীলানি। কৈশিকী বৃত্তি, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা উপরূপকনি।

খূদম — *বিলাসবতী* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৭) উল্লাপ্য** — অঙকপা ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার, হাস্য নৎত্রগা করুণনা মপূঙ ওইবা রস ওইবা, ধীরোদাত্তনা নায়ক ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভারতীনা বৃত্তি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি।

খূদম — *দেবীমহাদেবম্* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৮) কাব্য** — লৈবাক্লা খঙনরবা নৎত্রগা কল্পনাগী ওইবা ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার নৎত্রগা হাস্যনা মরু ওইবা বস ওইবা, ধীরললিত নৎত্রগা ধীরোদাত্তনা নায়ক ওইবা, আরভটী বৃত্তি, সন্ধিনা গর্ভ অমসুং বিমর্শনা ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি।

খূদম — *যাদবোদয়* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(৯) শ্রীগদিত** — ইতিহাসকী ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার অমসুং বীরনা মরু ওইবা, ধীরোদত্তনা নায়ক ওইবা, সন্ধিনা গর্ভ অমসুং বির্মশনা ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি।

খূদম — *ক্রীড়ারসাতলম্* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(১০) হল্লীশ** — কল্পনাগী ওইবা ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার অমসুং হাস্য রসনা মপূঙ ওইবা রস ওইবা, ধীরোদাত্তনা নায়ক ওইবা, কৈশিকী বৃত্তি , মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি।

খূদম — *কেলিরৈবতকম্* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(১১) ভাণিকা** — ইতিহাসকী ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার রসনা মপূঙ ওইবা রস ওইবা, নায়কনা অতোনবা অপঙবনা ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভারতীনা বৃত্তি ওইবা, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি।

খূদম — *কামদত্তা* মখলসিগী উপরূপকনি।

**(১২) রাসক** — ইতিহাসকী অফাউবা ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার রসনা মপূঙ ওইবা, নায়কনা থোইদোক্লা অপঙবা ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভারতীনা বৃত্তি ওইবা, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি।

খূদম — *মেনকাহিতম্* ।

**(১৩) প্রেঙ্খণ** — ইতিহাসকী ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার অমসুং বীর বসনা ম পূঙ ওইবা রস ওইবা, নায়কনা অতোনবা ওইবা, বৃত্তি মরিমক য়াওবা, মুখ অমসুং নির্বহণনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি।

খূদম — *বালিবধ* ।

**(১৪) প্রস্থানক** -- ইতিহাসকী অফাউবা বারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার রসনা মপূঙ ওইবা, কৈশিকী অমসুং ভারতীনা বৃত্তি ওইবা, অতোনবা, মীনাইনা নায়ক ওইবা, অঙ্ক অনীগী উপরূপকনি।

খূদম -- *শৃঙ্গারতিলকম্* ।

**(১৫) বিলাসিকা** — ইতিহাসকী অফাউবা ৱারী অমদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার অমসুং হাস্য রসনা মপূঙ ওইবা, নায়কনা বিদুষক, বিট, পীঠমর্দ, অতোনবা মীশক্লা ওইবা, সাত্বতী অমসুং আরভটীনা বৃত্তি ওইবা, অঙ্ক অমগী উপরূপকনি। বিলাসিকা অসিবু কনাগুম্বা আচার্য়শিংনা বিনায়িকা হায়নসু কৌরম্মী অমসুং বিনায়িকা অসিবু দুর্মলিকাগী মনুংদা চলহল্লম্মী। মসিগী খূদম *সাহিত্যদর্পণ*দা পল্লমদে।

**(১৬) সংলাপক** — ইতিহাসকী অফাউবা ৱারীদা য়ূম্ফম ওইবা, শৃঙ্গার অমসুং করুণ রসনা মপূঙ ওইবা রস ওইবা, নাপল তৌবা চন্দাল ফত্তবা মীশক্লা নায়ক ওইবা, সাত্বতী অমসুং আরভটীনা বৃত্তি ওইবা, অঙ্ক মরিনা শাবা উপরূপকনি।

খূদম — *মায়াকপালিকম্* ।

**(১৭) সট্টক** — কল্পনানা শাগৎপা ৱারীদা য়ূম্ফম ওই ,অদ্ভুত রসনা মরু ওইবা রসনি, ধীরললিতনা নায়কনি, কৈশিকী বৃত্তিনি, সন্ধি মঙামক য়াওবা, অঙ্ক মরিনা শাবা উপরূপকনি।

খূদম — *কর্পূরমঞ্জরী* ।

**(১৬) গোষ্ঠী** -- ইতিহাসকী অফাউবা ৱারীদা য়ূম্ফম ওই, সংয়োগ শৃঙ্গারনা মরু ওইবা রসনি, ধীরদাত্তনা নায়কনি, কৈশিকী বৃত্তি, গর্ভ অমসুং বিমর্শনা সন্ধি ওইবা, অঙ্ক অমগী ওইবা উপরূপকনি।

খূদম — *রৈবতমদনিকা* ।

মথক্তা পল্লিবা দৃশ্যকাব্য মখলশিং অসি ১৮শুবা চহীচা ফাওবগী মনুংদা ফংবা লীলা মখল ঙাক্তনি। অদুবু ১৯শুবা শতাব্দীনা মচিন ৱাইরকপগা লোয়ন-লোয়নননা হৌজিক ফাওবদা মওঙ কয়াগী লীলা কয়া থোরক্তুবা নত্তে। খরদং পল্লবদা— একাঙ্কী, লঘু নাট্য, নুক্কড় গীতি নাট্য, চাংয়েং লীলা অসিনচিংবা পনবা য়াই। মখোয়সিগী মরমদা মখাদা শন্নপ্না ইরি।

**একাঙ্কী** ঃ- মসিবু মৈতৈরোন্দা 'অঙ্ক অমগী লীলা' ইংরাজীদা 'ৱান এক্ট প্লে' হায়রগা খঙনৈ। অঙ্ক অমখক্তা ওইবা; মক ওইবা ৱারী অমত্তদা য়ুম্ফম ওইবা; মিনিট তরাদগী পুঙ্খায়মুক্কী মনুংদা শান্নবা; থৌদোক-ৱাথোক অমসুং পাত্র পংয়াম য়ামদনা, অইবনা পাল্লিবা ৱাফম অমত্তমক উৎপনি। থোইদোকপা ঈথিল অমগা লোয়ননা ৱারী হৌগৎলি। অদুগা খৌরাংবা, অঙকপা অমসুং খঙনীংবগী ৱাখলগী খোঙচৎকা লোয়ননা চরম সীমা হায়বদি ক্লাইমেক্সতা খঙলোই লোইশিল্লি। মসিদা সংস্কৃতকী রূপক ব্যায়োগ, ভাণ, বীথী, প্রহসন অমসুং উপরূপক নাট্যরাসক, রাসক, গোষ্ঠী, উল্লাপ্য, কাব্য, শ্রীগদিত, বিলসিকা অমসুং প্রেঙ্খণ অসিনচিংবা একাঙ্কীগী মনুংদা থম্বা য়াই।

**লঘু নাট্য** ঃ- মসিবু মৈতৈরোন্দা 'লীলা মচা' ইংরাজীদা 'শোর্ট প্লে' হায়রগা খঙনৈ। মসি চাউরাক্লা মিনিট ৪৫ দগী পুঙ অমগী মনুংদা শান্নবা লীলানি। অঙ্ক হায়বদি সীন নৎত্রগা দৃশ্যগী অককন্নবা মশীং লৈত্রবসু য়ামদে। মসিদা উৎলিবা পান্দম মেসেজসু অমত্তনি। মপাঙ্গোঙগী মীৎকী কুম্মৈ উৎপগী মহুত্তা নুংগী ওইবা উৎপদনা হেন্না চান্নবা লীলা মওঙনি। অয়াম্বা লঘু নাট্য খুদিংমক তরম সীমাদা চপ লেপ্তুনা লোইশিনগল্লি। মসি একাঙ্কীগা মান্নবা মশক কয়া য়াওবা থেংনরবসু একাঙ্কীগী অঙ্ক নৎত্রগা এক্ট অমনা ফাজিন পুনশিন্দুনা থম্বা অদুদগীদি নাঙ্গোকচবা ঙম্মী। তৌবতবু হৌরম খুদিংমক্তা তেনশিন-পীকশিনবা লীলানি। মসিগী খূদম ওইনা শ্রীভাসকী *দূতবাক্যম, কুর্ণভার* পনবা য়াই।

**নুক্কড়** ঃ- মৈতৈরোন্দা 'লম্বী লীলা' ইংরাজীদা 'স্ট্রিট প্লে' হায়রগা খঙনৈ। লমলোং, কৈথেল, মী তিনবা মফম, লম্বীগী মতাইনচিংবদা চাউরাক্লা মিনিট ২০ মুক শান্নবা লীলানি। পাত্র মশীং য়ামদে। সমাজদা করিগুম্বা ৱাফম মচা অমতমক পীনবা উৎপনি। প্রারম্ব অমসুং প্রয়ত্নগুম্বগী খোঙজেলদা লাক্লগা লীলাগী চরম সীমাগী মতাংদা লীলা লোইশিল্লি। মসিদা ফিজেৎ-লৈতেং, ফম্বাক্লচিংবা য়াওদে। ৱারী ৱাতাইনা মপূঙ ওইবা লীলানি।

**গীতি-নাট্য** ঃ- 'গীতি-নাট্য' বু 'সংগীতিকা' হায়নসু খঙনৈ। ইংরাজীদা 'ওপেরা' গা মান্নৈ হায়না লৌনরি। মসি শৈরেংগী মওঙদা ইবা ঈশৈনা মপূঙ ওইবা লীলানি। মসি দৃশ্যকাব্য অমদা চঙলিবা মচাক কার্য়গী অবস্থা, অর্থ প্রকৃতি সন্ধিনচিংবা য়াওই। জগোই অমসুং চোলোম্নচিংবনা হেন্না মরু ওই। ডাইলোগ য়াওবনা বেলে (Ballet) হায়দুমকসু নত্তে। পাত্র খুদিংমক সংগীতকী জ্ঞান লৈবা তাই। মখলসিগী লীলাদা কালিদাসকী *মালবিকাগ্নিমিত্র* পনবা য়াই।

চাংয়েংলীলা ঃ- হান্নগী চৎনরকপা নাট্যশাস্ত্রগী চৎন-পথাপপু থুগাইরক্তুনা হায়বদি অকরুবা নাযক লৈতবা, ৱারী পরীং মযেক শেংফাত্তবা, থৌদোক লেংশিনবদা নীংতম্বা মওঙ লৈ। মসিদা রসকী থাজবগী ৱাংমদা লৈদুনা মরু ওইবা অপাম্বা ৱাফম অদু অতেনবা মতমগী মনুংদা উৎলন্নগা চবম সীমাদা চপ লেপথোক্তুনা লীলা লোইশিনবগী মওঙ লৈ। মসি মীপূম হুপ্পা য়েংবা নুংঙাইবা লীলাদি নত্তে। লীলাসিগীদমক অখন্নবা ভাবোক চঙই।

# দৃশ্যকাব্যগী মচলশিং

## কথাবস্তু

মসি দৃশ্যকাব্যগী য়াঙলেন শরুনি। মসিবু মৈতৈলোন্দা ৱারী পরীং হায়না খঙনৈ। মসিগী মখল অহুম থোক্না খায়দোক্লম্মী। মদুদি —

(ক) **প্রখ্যাত** (অফাউবা ময়ান্না খঙনরবা ইতিহাসকী ৱারীনি)।

(খ) **উৎপাদ্য** (কল্পনানা শাগৎপা ৱারীনি)।

(ক) **মিশ্র** (ইতিহাস অমসুং কল্পনা অনীগী য়ানশিন্নবা ৱারীনি)।

## দৃশ্য অমসুং সূচ্য

মীৎমাঙদা পুথোক্তুনা উৎপা যাবা অমসুং উৎপা কান্নরোইদবা ৱারী পরীংদা মশক অনীখকসু লৈরি। মদুদি — দৃশ্য অমসুং সূচ্য হায়রিবসিনি। দৃশ্য হায়বদি উৎপা য়াবা উৎলিবা শরুক অদুতবু হায়বনি। সূচ্য হায়বনা পাউদম পীদুনা ময়ামদা খঙহনবগী মওঙনি। থোইদোক্না উৎলুবগী কান্নবা লৈতবা, উৎলুরগসু হেন্না মতম মাঙহনবা, অদুনা পাত্রনা ৱারী শাবদা নৎত্রগা সূত্রধারনা ঈশৈনচিংবা শক্তুনা খঙহনববু সূচ্য হায়রিবসিনি। মসি তশেংনা উৎত্রবসু খঙহন্দবা য়াদ্রবা মশক অমনি। মখাদা সূচ্য মখল মথং মথং উৎলি।

**বিস্কম্ভকঃ-** লীলা হৌরকপদা থোকখ্রবা নৎত্রগা থোক্লক্কদবা থৌদোক ৱাথোক্কী ৱাফম খরা খঙহনবগী থবক অসি ময়ায় ওইবা থাক্কী পাত্র নৎত্রগা অনেম্বা থাক্কী পাত্রশিংনা পাঙথোক্লে। অসিগুম্বা ৱাফম খরা খঙহনবগী থবক অসিবু বিস্কম্ভক কৌই।

**চূলিকা ঃ-** পাত্রনা ফম্বাক্তা থোক্তুনা মীয়াম মমাঙদা ৱা ঙাংবগী মহুত্তা মনুংদগী হায়বদি ফিজং মরুমদগী ঙাংদুনা করিগুম্বা ৱাফম অমা ভাবোক্তা খঙহনববু চূলিকা কৌই।

**প্রবেশক** ঃ- বিস্কম্ভকুম্না লীলা হৌরকপদা নত্তবা লীলাগী অচৌবা অঙ্ক লোইরকপা অমসুং অঙ্ক অমগী হৌগৎলকপগী থোক্লক্কদবা থৌদোক ৱাথোক ৱাফম খরা ময়ায় ওইবা নৎত্রগা অনেম্বা পাত্রনা পাঙথোকপবু প্রবেশক হায়রগা খঙনৈ।

**অঙ্কাবতার** ঃ- লীলাদা লেপ্তুনা চত্থরিবা অঙ্ক অমা মতাং অমদা লেপ্লুরগা মথংগী অঙ্কদা অমুক মখা চত্থরকপবু অঙ্কাবতার কৌই। অঙ্ক অমদা লৈরিবা পাত্র অদু মপান্দা থোক্লুরগা অমুক হন্‌জিল্লক্তুনা মখোয়গী অভিনয় ৱাঙাংনচিংবদু মথংগী অঙ্কদসু উৎলববু খঙনৈ।

**অঙ্কমুখ নৎত্রগা অঙ্কাস্য** ঃ- অঙ্ক অমগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা মথংগী লাক্কদৌরিবা অঙ্কগী উৎকদৌরিবা হীরম অমসুং মীওইগী মাংজৌননা পাউ পীবগী মওঙনি। হায়বদি পাত্র অনীনা ৱারী শান্নরম্বদগী অমনা "হয়েংদি বারুণী নুমিৎনি কারুসি" হায়বা মতাংদা অঙ্ক লোইশিনখ্রগা মথংগী অঙ্কদা বারুণী কাবগী মওঙ উৎপবুনি।

মথক্তা শন্না উৎলিবা সূচ্যশিং অসি লীলাদা লোইনা য়াওগনি হায়বগী অকক্নবা ৱাফম লৈতে। কথাবস্তু ময়েক শেংনা লাহোকপদা অসিগুম্বা শীজিন্নবা য়াবা অকৃপ্পা মীৎয়েং লৈ হায়বগী ৱাতনি।

## কার্য্যগী অবস্থা মঙা

দৃশ্য কাব্যগী কথাবস্তুগী মতাং অসি লাহোকপদা কার্য্যগী অবস্থা হায়বসি চিত্থবা য়াদ্রবা মচল অমনি। কার্য হায়বদি ৱারী অদুগী ফল, অইবনা পীনিংলিবা পাউজেল অদুবুনি। লীলাগী থৌদোক্কী পরীং অমা ৱারী হৌবদগী লোইবফাওবদা তাংথক নাইনা মথং-মথং পুখৎলকপগী মথৌ তাই। অসূন্না তাংথক নাইনা মথং-মথং পুখৎলকপা অসিদা অবস্থা মঙা চঙই। মসিবু কার্য অবস্থা মঙা হায়রগা খঙনৈ।

মদুদি — প্রারম্ভ, প্রয়ত্ন, প্রাপ্ত্যাশা, নিয়তাপ্তি অমসুং ফলাগমনি।

**প্রারম্ভ** — মসিবু আরম্ভ হায়নসু কৌনৈ। লীলা অহৌবগী তাংথক ৱারী হৌরকপগী মতাংনি। দৃশ্যকাব্যগী ফল অসি করিনো হায়বদু ফোঙদোকপগা লোয়ননা করম্বা মওঙদা চৎথরক্কদবা লীলানো হায়বদু তাকই। মতাং অসিগী অকক্নবা দৃশ্য অমসুং অঙ্ক লৈতে।

**প্রয়ত্ন** — মসিবু য়ত্ন হায়বদি হোৎনবা হায়নসু কৌনৈ। ফল ফংননবা হোৎনরকপদা পাঙথোকপা থৌরমনি।

**প্রাপ্ত্যাশা** — ফল ফংনবা হোৎনরকপদা মুন্নরকপা, য়েৎনরকপা, থিনগায়বা কয়া অদুবুনি।

অপনবা মযাম অসিনা ফল ফংবগী মতাংদা খঙ্গানবা ৱাখল থোক্কবা পল্লেপফম অমা খঙদনা লৈবকপা মতাংনি। মতাং অসি ফল ফংবা ফংদবা অযৌবী থাক্তা যেৎনবকপগী মতাংনি।

**নিয়তাপ্তি** মরুবম্বা, যেৎনবম্বা অপনবা পীবম্বা পূন্নমক মবায চাযথবক্তুনা ফল ফংগদৌবে হায়বগী ঈঙ্গিৎ উবা মতাংনি।

**ফলাগম** ফং[illegible] ২ যবদি জয ওইবা মতাংনি। মূর [illegible] যেৎনবম্বা, অপনবা [illegible] পূন্নমক লূপশিনখিদুনা অকবনা [illegible] মতৈ [illegible]ংবা মতাংনি। মসিবু ফলাগম হায়না খঙনৈ।

## অর্থ-প্রকৃতি

দৃশ্য কাব্যগী ফলগী মাযকে [illegible] অদুবু অর্থ প্রকৃতি কৌই। অবস্থানা থৌওঙগী ফিভম অদুবুনি [illegible] প্রকৃতিনা থৌওঙগী ফিভম অদদা [illegible] অর্থগী বিধি অদুবুনি। শম্না [illegible] কার্য [illegible] অবস্থাগী থৌদৌ থৌওঙ [illegible] অদু পূন্না পীবিব [illegible] অদুবুনি। [illegible] লিনসি [illegible] অদদগী ফ[illegible]। মসিসু মখল মঙা থোকৈ

মদুদি — বীজ, বিন্দু, পতাকা প্রকরী অমসুং কার্য।

**বীজ** হায়বদি মূল নৎত্রগা মরু হায়বনি। মসিনা দৃশ্যকাব্যগী মরুনি। মসিনা পোকথাবক্তুনা চাউখৎলগা লীলাগী মউ হায়বদি পান্বী মশা মবেং ওইগদৌরিবনি। মসিদা লীলাগী ফল ফুমদুনা লৈববনি।

**বিন্দু** — তাঙ্কক্কী ওইবা ৱাবী লোইবা মপূঙ ওইবা ৱাবীদি মখা চথবা অনাগী তাইনফমদা বিন্দু ওই। মসিনা ৱাবী অমগা অমগা মথং মনাউ নাইনা শন্নহল্লি।

**পতাকা** — দৃশ্যকাব্যগী ৱাবী মপূঙগা ঈবোযননা চৎমিন্নরিবা অমসুং ফল তান্না পুবদা মতেং ওইরিবা মশা ওইবা ৱাবী মশক অদুবু পতাকা কৌই।

**প্রকরী** — দৃশ্যকাব্যগী ৱাবী পবীংদা মতাং অমগীদমক ৱাবী মচা মচা যাওবকপবু প্রকরী কৌই।

**কার্য** — ফল নৎত্রগা পম্বুং হায়না খঙনবা যাই। নাযকনা তাল্লিবা মতাং অদু ফংববু কার্য হায়না খঙনৈ। মসি মপূঙ ওইবা ৱাবী পবীং অদুগী অরোইবা শরুকনি।

**অইবনা অর্থ**-প্রকৃতিশিং ময়েক শেংনা ইদুনা থম্বা নত্তে। লীলাগী ৱারীগী খোঙয়াঙদা মতাং অসিদা অসিগুম্বা মতাং লৈ হায়না য়াৎপা ৱাখলগী পঙ্খে অমনি। মসি অইবা অমসুং ক্রিটিকশিংনা খঙদবা য়াদ্রবা মরু ওইবা মচাক অমনি।

## সন্ধি

**সন্ধি** হায়বদি চুংশিন্নবা নৎত্রগা তাইশিন্নবা হায়বনি। কার্য়গী অবস্থাগা অর্থ প্রকৃতিগা অনী অসি পুনশিন্নবা নৎত্রগা চুংশিন্নবগী মওঙবুনি। কার্য়গী অবস্থাগা অর্থ-প্রকৃতিগা দৃশ্যকাব্যগী ৱারী পরীংদা ঈরোয়নদুনা চৎমিন্নে। অসুন্না পুন্না চুংশিন্নদুনা চৎমিন্নববু সন্ধি কৌই। মসিসু অকক্লবা মফম মতম চপ চানা উৎপা য়াবা মচল নত্তে, শকউদবা মচল অমনি। মসিগী মখল মঙানি।

মদুদি — মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ , বিমর্শ অমসুং নির্বহ্ণনি।

**মুখ** — প্রারম্ভ কার্য়াবস্থাগা বীজ অর্থ-প্রকৃতিগা অনীগী চুংশিন্নবা মওঙবু মুখ সন্ধি হায়না খঙনৈ। মসিনা রস কয়ামুক পোকহনবগী মরূ হুলহল্লি।

**প্রতিমুখ** — প্রয়ত্ন কার্য়াবস্থগা বিন্দু অর্থ-প্রকৃতিগা চুংশিন্নববু প্রতিমুখ হায়না খঙনৈ। সন্ধি অসিগী মতাংদা লীলাগী ফল ফংগদবসু মানবা ফংলোইদবসু মানবা তথক-তথকপা মওঙদা লৈ।

**গর্ভ** — কার্য়াবস্থা প্রাপ্ত্যাশাগা অর্থ-প্রকৃতি পতাকাগা চুংশিন্নববুনি। মতাং অসিদনি লীলাগী ফল ফংবগী লম্বীদা অপনবা, অথিংবা অয়েৎপা লৈনা লৈনা ফল ফংবা য়াবগী ঈঙ্গিৎ উরকপা মতাংনি।

**বিমর্শ** — নিয়তাপ্তিগা প্রকরীগা চুংশিন্নববু বিমর্শ হায়রগা খঙনৈ। মতাং অসিদা ফল ফংলকপা য়াবগী ময়েক লারকই।

**নির্বহণ** — ফলাগমগা কার্য়গা চুংশিন্নদুনা ফল ফংলবা মতাংবু নির্বহণ হায়রগা খঙনৈ। লীলাগী অরোইবা মতাংনি।

## বৃত্তি

নায়ক-নায়িকানা করিগুম্বা থৌরম অমদা মরু ওইবা রস অমা পোকহল্লক্রবদি থোইদোক্পা থৌরম অদুবু বৃত্তি কৌই। মসিগী মখল মরি লৈ।

মদুদি — কৈশিকী, সাত্বতী, আরভটী অমসুং ভারতীনি।

**কৈশিকী** — বৃত্তি অসি শৃঙ্গার রস অমসুং নায়িকা প্রধান ওই। অপাম্বা পোকহন্নবা ঈশৈ, জগোই, নীংথিজনা ফিজেৎ-লৈতেংবগী থৌরম অয়াম্বা নায়িকানা পাঙথোকই।

মসিদা নায়িকাগী লমচৎনা ঙম্না লমচৎ য়েক্লে।

**সাত্বত্ত্রী** — বৃত্তি অসিদা নায়ক নায়িকাগী উইনকনবা, তৌবা ঙম্বা, ওইজবা থাদোকপা, পূকচেল তিংবা, অৱাবগী অকিবা লৈতবা, অদ্ভুত রসনা প্রধান ওইবা বৃত্তিনি।

**আরভটী** — মায়া, ইন্দ্রজাল, লাল, শাউবদগী থোরকপা হাৎন-শুনবা ফূনবনচিংবা তমথীবা থৌবমবু খঙনৈ। রৌদ্র রস অমসুং বীভৎস রসনা প্রধান ওই।

**ভারতী** — অককৃবা রস অমনা প্রধান ওইগনি হায়বগী নিয়ম লৈতে।

## নায়ক

দৃশ্যকাব্যদা মরূ ওইবা নৎত্রগা মপূঙ ওইবা নুপাগী শক্তম লাংলিবা লীলাগী পরীংবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা পুদুনা চৎলিবা নেতা হায়বদি মরু ওইবা পাত্রবু নায়ক কৌই। নায়ক অসি ভারতকী *নাট্যশাস্ত্র* দা মখল মরি খায়দোক্নুনা নৈনরম্মী।

মদুদি — ধীরোদাত্ত, ধীরোদ্ধত, ধীরললিত অমসুং ধীরপ্রশান্তনি।

**ধীরোদাত্ত** — ধীর হায়বদি অতপ্পা, উদাত্ত হায়বনা পূকচেল চাউবা হায়বনি। ঈংবা তপ্পা পূকচেল চাউবা, চীং লেম্বা, ঙাকপী হৈবা ৱাশক চেৎপা নায়কনি। মশাদা চাউথোকপা লৈজদবা নোল্লুকপা গুণশিং অসি চেনবা নায়ক মখলনি।

খূদম — রামচন্দ্র, যুধিষ্ঠির।

**ধীরোদ্ধত** — ধীর হায়বদি অতপ্পা অদুগা উদ্ধত হায়বনা থোইচৎনবা নাপল তৌবা হায়বনি। পূনশিল্লগা ধীরোদ্ধত, ঈংবা তপ্পা থৌনা শক্তি লৈবা নাপল তৌবা শাউগনবা শাথীবা নায়কনি।

খূদম - রাবণ, পরশুরাম।

**ধীরললিত** — ধীর হায়বদি অতপ্পা, ললিত হায়বনা অথোৎপা পূনশিল্লগা ধীরললিত হায়বনি। ঈংবা তপ্পা, থম্মোয় য়াম্না থোৎপা, নুংঙাইবা পামজবা, কলা বিদ্যাদা পূক্নীং লুপচবা নায়কনি।

খূদম — দুষ্যন্ত, বৎসরাজ।

**ধীরপ্রশান্ত** — ধীর হায়বদি অতপ্পা, প্রশান্ত হায়বনা অঈংবা, পূনশিল্লগা ধীরপ্রশান্ত মথক্কী নায়ক মখল অসি নত্তবা অচম্বা গুণনা তিনবা, '়পেনথোকপা, অৱা - নুংঙাই, অমাঙ-অতোংদা পূকচেল চাং অমদা লৈবা ঙম্বা মীচম ক্ষেত্রিয়, ব্রহ্মণ নৎত্রগা বৈশ্য ওইবা নায়ক মখলনি।

খূদম — *মালতী-মাধব* দা মাধব মখলসিগী নায়কনি।

সংস্কৃত সাহিত্যগী পরম্পরাদা শৃঙ্গার রসনা পুবা নায়কশিংদি মথক্কী মখল মরি অসি অমুক্কা মখল মরি/মরি খায়দোক্কুনা তরাতরুক থোক্লা লৈ। মসি অতোপ্পা হায়বদি শৃঙ্গার নত্তবা রসশিংদদি শুপ্পগী মথক্কী মখল মরি অসিদমক লৈ।

শৃঙ্গার রসনা পুবা নায়ক মখলশিংদুদি — অনুকূল, দক্ষিণ, শঠ অমসুং ধৃষ্টনি
।

**অনুকূল**— নায়ক্লা মাগী নায়িকাতবু খঞ্জবা অতোপ্পা নায়িকাগী ৱাখল লামশিন্দবা নায়কপু অনুকূল কৌই।

খূদম — রামচন্দ্র।

**দক্ষিণ** — নায়কনা নুপী লোল্লগা নুপী পূম্বদা চপ মান্ননা নুংশিনা য়ানবা চৎপা ওম্ববু দক্ষিণ নায়ক কৌগনি।

খূদম — শ্রীকৃষ্ণ।

**শঠ** — নুপী ময়াম লোল্লগা মপান্দা চপ মান্নবা মীৎয়েংদা য়েংবা মাল্লবসু মনুংদদি নুপী অমত্তদা হেন্না নুংশিবা থম্বা নায়কপু শঠ নায়ক কৌগনি।

খূদম — নিংথৌ উত্তানপাদ।

**ধৃষ্ট** — নায়িকাদা লাল্লুরবসু চিংনদবা, নায়িকানা ইকায়বা পীরবসু ইকায়বিদবা, মরাল ফাববসু চেনবা অদুগুম্বা নায়ক অদুবু ধৃষ্ট নায়ক কৌই।

খূদম — শ্রীকৃষ্ণ।

## নায়িকা

নায়ক অমগী চান্নবী নুপী শৃঙ্গার রসনা তিনবী নুপীবু নায়িকা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা নায়িকা অসিবু মখল অহুমথোক্লা খায়দোকই। মদুদি — স্বকীয়া (মশাগী নুপী) , পরকীয়া (অতোপ্পগী নুপী), সাধারণী (মশাগী অকক্লবা নুপা থমদবী)।

**স্বকীয়া** — নোল্লুক্লা চৎপী, পূক্লীং তিংবী, ময়ুমগী থবক্তা পূক্লীং চঙবী, মপুরোইবা নীংবী নুপী অদুবু স্বকীয়া নায়িকা হায়না নাট্যদা খঙনৈ। মসিবু অমুক মখল অহুমথোক্লা খায়দোক্লি। মদুদি — মুগ্ধা (লুহোংবা কুইদ্রিবী), মধ্যা (লুহোংবা খরা কুইববা) অমসুং প্রগলভা (লুহোংবা য়াম্না কুইরবী)।

**পরকীয়া** — ৱাগদা মশা কৎথোক্লবী লুহোংদুনা লৌদ্রবী অদুগা নায়ক্লা মনুংদা নুংশি মবী থমদুনা মীখা পোন্না লৈবী নুপী অদুবু পরকীয়া নায়িকা হায়না খঙনৈ। মসিসু (জ)

মখ ৭ অমি থোক্না লৈ। মদুদি — **পরোঢ়া কুলটা** (মন্না লৈনা লৈনা অতোপ্পগা নুংশি মন্না থম্বী ও ঙবী) অমসুং **কন্যকা যাত্রদিনিরতা** (লৈশা লৈশানা ওক্কবী নুপী)।

**সাধারণী** – জগোই-ঈশৈদা থোইদোক্না হৈ-শিংলবী, মাগীনি হায়বা অরেপ্পা নুপা থমদবী, শেল পাগদবা নুপা অদুদতা নুংশিবা উৎপী নুপীবু সাধারণী নায়িকা হায়না খঙনৈ।

মথক্কী নায়িকা মখল অসি নত্তবা তোঙান-তোঙানবা মীৎয়েং কয়ামরুমদগী নায়িকাবু মখল কযামরুম খায়দোক্লুনা লৈরি। জাৎ নৎত্রগা **শাওঙ-শাদাগী** মওঙ য়েংলগা নায়িকা মখল মরিথোক্না খায়দোক্লে। মদুদি - **পদ্মিণী** (থম্বালগুম্বী), **শঙ্খিনী** (মোইবৃঙগুম্বী), **চিত্রিণী** (লাইগুম্বী) অমসুং **হস্থিণী** (শামুগুম্বী)। খম্বনবা লীচৎকী মীৎয়েংদগী খায়দোকপা নায়িকা মখল অহুমসু লৈরি। মদুদি — **ধীরা** (নায়ক্কী মশাদা অতোপ্পী নায়িকা অমগী নুংশি খুদম ফঙবদা করেম্নদুনা শাউবা উৎপী, **অধীরা** (নায়কনা মরুম্বী থম্বগী খুদম শংবদা তপথবা ঙমদদুনা শাউরবী), **ধীরাধীরা** (নায়কনা মরুম্বী থম্বগী খুদম থেংনবদা করেম্ননা অমদি অমুকসু অপাননা ঙাংদুনা শাউবা উৎলিবী)।

ফিভম অমদি নাক-য়েৎ অকোয়বগী মওঙ মতুং ইন্না মথক্তা পনখ্রিবা নায়িকা মখল স্বকীয়া, পরকীযা অমসুং সাধারণী মখল অহুম অসিবু বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী ভক্তি সাহিত্যিকশিংনা মখল নিপান/নিপান খাযদোক্লুনা য়াম্না কুপ্না নৈনরি। অদুগুম্বা মখল নিপান অদুদি

(ক) **স্বাধীন ভর্তৃকা** (মপুবোইববু নায়িকা মশাগী খুদুমনুংদা থম্বা ঙম্বী।

(খ) **বাসকসজ্জা** ( মযুম মকৈ অমসুং মশাবু লৈতেংদুনা কেনা নায়কপু ঙাইরিবী)।

(গ) **বিরহোৎকনঠিতা** (নায়কপু শোয়দনা লাক্লগনি হায়না ঙাইবদা লাক্কবদগী মপূক্কীং লাংতক্লনা ঙাইরিবী)।

(ঘ) **খণ্ডিতা** (নায়ক্না অতোপ্পী নুপী অমগীদা অহিং লেপ্লুরগা অয়ুক্তা নায়িকাগী মনাক্তা লাকপদা তথি-তথি ঙাংবী)।

(ঙ) **কলহান্তরিকা** (নায়ক্না খৎনথোক্লুনা তোঙান্না লৈহৌরগা কোন্না তকশী শোন্দুনা লৈবী)।

(চ) **বিপ্রলব্ধা** (নায়ক্না উনসি হায়নবা মফমদা চৎলগা লৈরমদবদগী ব্বারবী)।

(ছ) **প্রোষিতভর্তৃকা** (নায়ক্না লংফৈদা লৈখিবদগী ব্বাজবী)।

**অভিসারিকা** (নায়কপু হায়রবা মফম অমদা উন্নবা চৎলিবী)।

অসিগুম্বা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী নায়িকা মখল নিপান অসি অমুক মখল অমমমগী মখল নিপান/নিপান থোক্লা খায়দোক্তুনা মখল হুমফুমরিবু কুপ্না নৈনরি। অদুবু মতাং অসিদদি নৈনদ্রে।

## নর্মসচিব

লীলা অমদা পাত্রগী অকক্লবা মশীং লৈতে। লীলা লীলাগী মতুং ইন্না পাত্র মশীং লেপ্লে। অদুবু মরু ওইবা পাত্র হায়রবদি নায়ক-নায়িকা, প্রতিনায়ক/খলনায়ক অমসুং নর্মসচিব অসিনি। নর্মসচিব হায়বদি শৃঙ্গার অমসুং হাস্য রসনা যুম্ফম ওইবা নায়ক্কী মতেং পাংবা পাত্র হায়বদি মীশকপু নর্মসচিব কৌই। মসিগী মখল মরি শুই। মদুদি - (১) **পীঠমর্দ**, (২) **বিট**, (৩) **বিদূষক** অমসুং (৪) **চেটক**।

**১) পীঠমর্দ** – চীং লেম্বা নায়ককা লোয়নবা মরূপ অমনি। নয়কপু থাক মথং মথং পুখৎলকপদা মাগী চাউববা থৌদাং লৈ। মহাক্না নায়ক্কীদমক নায়িকাশিংবু হরাওহনবা ঙম্বা শক্তি লৈ।

**(২) বিট** – নায়ক্কী মরু ওইবা মরূপ অমনি। কামশাস্ত্রগী কলাদা হৈশিংবা হরাও তয়াম্বা পাম্বা পাত্র অমনি।

**৩) বিদূষক** — ফাগি হৈবা, লৌশিং চাউবা, ঙাংবা শকপদা অথিংবা অপনবা লৈতনা হেক্তা ঙাংবা, অচিৎ-অকোম মনুং হুঞ্জিন্না খঙবা ঙম্বা নায়ক্কী চানরবা মরূপনি।

**৪) চেটক** — লীলাদা নায়ক অমসুং নায়িকা অনীবু উন্নহনবদা থোইদোক্লা হৈ-শিংবা নায়ক্কী চান্নরবা মরূপনি।

**প্রতিনায়ক** নৎত্রগা **খলনায়ক** – নায়ক্কী মায়োক্তা লৈবা নায়ক্কী য়েক্লবনি। লীলাদা মাগী মফম চাউনা লৈ। বস্তুগী থাক মথং-মথং পুখৎলকপদা নায়ক্কা মূক্নরিবসি মহাক্কনি।

## অভিনয়

লীলাদা পাত্রগী হকচাংগী শাখেক (শাখা), কয়াৎ (অঙ্গ) তরুক হাযবদি কোক, খূৎ, খ্বাঙ, থবাক নাকল অনী অমসুং খোঙ, অদুগা কয়াৎকী শরুকশিং হায়বদি মীৎ, পীশুম, নাতোন, চীনবান, খজাই অমসুং খদাঙ অসিগা শান্নরিবা লীলা অদুগা শাগোন্ননা চৎমিন্নদুনা হীরম কয়াবু মওঙ কয়ামুক্তা পাত্রনা খঙহনববু অভিনয কৌই।

শ. পংনা দৃশ্যকাব্যদা পাত্রনা বাকম খবা ফোঙদোক্লবা শীজিন্নরিবা হকচাংনা লেং-ওৎপগী পাংথিজবা মওঙবু অভিনয কৌই। মসিগী মখল মরি লৈ। মদুদি — (ক) আঙ্গিকাভিনয়, (খ) বাচিকাভিনয়, (গ) **আহার্যাভিনয়** অমসুং (ঘ) **স্বাতিকাভিনয** ।

(ক) আঙ্গিকাভিনয – হকচাংগী কযাৎশিংনা লেং-ওৎতুনা **করিগুম্বা** খূদম নৎত্রগা মওঙ অম অভিনয় তৌদুনা তাকপবু আঙ্গিকাভিনয কৌই।

**(খ) বাচিকাভিনয়** - পাত্রনা কবিগুম্বা ভাব অমব্ বা ঙাংদুনা **ঈশৈ শক্তুনা** নুংগী ভাব ফোঙদোক্লিবা অভিনযবু বাচিকাভিনয কৌই।

**(গ) আহার্যাভিনয়** - লম-লমদুগী মীওঙগী চান্ননবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা মওঙ মালহন্নবা তৌবা অভিনযনি। লীলাদা খোইবী শাবদা ফনেক্কী মহুত্তা শারী, খোঙগ্রাওনচিংবা শেৎলুববদি চান্নদবা হাযবদু ওইগনি। অদুনা চান্নবা ফিজেৎ হায়বসি যাম্না মরু ওইবা অমনি।

**(ঘ) স্বাতিকাভিনয়** — পাত্রগী নুংদা ফাওবা **ৱাখলগী ফিভমনি।** তু-চুংবা, নিংদোল চোংবা, কোকচাউবী কাবা অসিনচিংবসি স্বাতিকনি। মসি ফোঙদোকপদা পাত্রনা মশা নিকপা, মথবাক্তা মখূবাক্লা নমজবা, মকোক পায়বা, ফিনা হুমাঙ নপথোকচবা পার্শ্বেশিং শীজিন্নবা তঙাই ফদে।

## (খ) শ্রব্য কাব্য

পারগা নৎত্রগা তাবগা থম্মোযদা বসকী নুংঙাইবা মহাও ফংহনবা ঙম্বা কাব্য অদুবু শ্রব্য কাব্য কৌই। শ্রব্য কাব্যগী মখল অনী শুই। মদুদি — **(অ) প্রবন্ধ কাব্য** অমসুং (আ) **মুক্তবা কাব্য**।

**অ) প্রবন্ধ কাব্য** — পুন্সিগী অৱা- নুংঙাই , অফ-ফত্ত, দোষ-গুণ অমদি ঘটনানচিংবগী ৱারী পরীং লৈবা, ৱাবী ৱাখোঙ অদু মাঙ-তুং শন্নহনবা মরী অমা নাইবা পদ্য অদুবু প্রবন্ধ (লেংশিল্লবা) কাব্য কৌই। মসিগী মখল অনী থোক্লা লৈ। মদুদি — **মহাকাব্য** অমদি **খণ্ডকাব্য** ।

**মহাকাব্য** — মীওইবা পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই থৌদোক থৌরম ঘটনা কয়া পাক-শনবা শক্তমবু পাক-চাউনা বর্ণন তৌবা কাব্যবু মহাকাব্য কৌই। মহাকাব্য অমা ওইবদা ভাবতকী আচার্যশিংগী মশা মশাগী মত কযামরুম পুথোক্লবম্মী। মহাকাব্যগী মতাংদা মশা মশাগী মত পীবম্বা আচার্যশিংদি — ভামহ, দণ্ডী, বিশ্বনাথ, রুদ্রট, হেমচন্দ্রনচিংবা পনবা য়াই। ভারতকী মীৎয়েং মতুং ইন্না চাউবাক্লা যানববা মহাকাব্যগী মচলশিংদি— ৱারীগী

অহৌবদা মঙ্গলাচরণ য়াওগদবনি; ইতিহাস-পুরাণনচিংবগী অফাউবা ৱারীদা য়ুম্ফম ওইগদবনি; প্রকৃতি বর্ণন মপূঙ ফানা মতাং চানা তৌগদবনি; ৱারীগা চান-চুনবা মিংথোল থোনগদবনি; শৃঙ্গার, বীর নৎত্রগা শান্তরসনা মপূঙ ওইবা রস ওইরগা অতৈ রসনা মতেং পাংবা মশা ওইনা হাপকদবনি। নায়ক মখল মরিগী মনুংদা অমনা ওইগদবনি; সর্গ নাইনা ইগদবনি সর্গ নিপান্দগী তরামঙাগী মনুংদা ওইগদবনি; ছন্দ নাইনা ইবা হায়বদি পন্দুপ খুদিংগী তোঙান তোঙানবা ছন্দ শীজিন্নগদবনি; অফববু থাগৎপা ফত্তববু থাদবা ওইগদবনি অমসুং ধর্ম, অর্থ , কাম. মোক্ষ মরি অসিগী মনুংদা অমদা য়ুম্ফম ওইগদবনি। মথক্তা পল্লিবা অকুপ্পা নিয়মশিং অসি ইন্দবা অইবসু য়াওদবদি নত্তে।

**খণ্ডকাব্য** — পুন্সিগী শরুক অমত্তং শন্দোক্লা নৈনবা কাব্যবু খণ্ডকাব্য হায়না খঙনৈ। খণ্ডকাব্যদা নৈনরিবসি পুন্সিগী শরুক অমত্তং ওইজরবসু বর্ণনগী শক্তি য়ান্না মপূঙ ফাবা মগুণ চেনবা ওই। মহাকাব্য অমদা চঙলিবা মচল খুদিংমক খণ্ডকাব্যদসু চঙই। তৌবতবু ৱারীগী পরীংদা খরা পীকশিনবতনি। অমরোমদা অমুক মহাকাব্যগী মচেৎ অমবু খণ্ডকাব্য কৌরুবদি অরানবা ওইগনি। অনীমক তোঙান-তোঙানবা মশাগী য়ুম্ফম অমমম লৈজে।

**(আ) মুক্তক কাব্য** - ৱারী লীশাং শীৎনা চত্থবা নত্তবা চোইনা চোইনা তাবা, ইচম চম্বা কাব্য কাঙলোনগী অ ফা-অপুন লৈতবা শৈরেংবু মুক্তক কাব্য হায়না কৌনৈ। খূদম ওইনা চাউবগী ' *থায়নগী শৈরেং* ' ডাঃ কমলগী ' *লৈ পরেং* ' অসিনচিংবা। অদুগা ঈশৈগী মওঙদা লেংবা মুক্তক কাব্যবুনা গীতিকাব্য হায়না খঙনৈ।

খূদম — *গীতগোবিন্দ*।

মুক্তক কাব্যবু অমুক মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লি। মদুদি — (ক) **রসময় মুক্তক কাব্য** অমসুং (খ) **সূক্তিময় মুক্তক কাব্য** ।

**(ক) রসময় মুক্তক কাব্য** — থম্মোয়দা অপান্নবা য়ৈবা, ভাব অমদি রসকী নাক-য়েৎ তেন্তক তেন্তক্লা শেমগৎপা, অপাবা অমসুং অতাবগী থম্মোয়বু ঙইহাক্কী ওইনা নুংঙাইবা পীবা ঙম্বা কাব্য মখলনি।

**(খ) সূক্তিময় মুক্তক কাব্য** — থম্মোয়দা ৱাহৈনা অপান্নবা য়ৈবদগী মথাদা য়ৈবনা হেনবা, লৌশিং অমদি পাউতাক্কী ওইবা ৱাখলনা মপূঙ ওইবা শৈরেংবু খঙনৈ। মুক্তক কাব্যদি মশানা পরেং অমা-অনীদমক ওইগল্লি, তেল্লবসু মশানা অদুমক মপূঙ

ফাঙ্জে। খৃদম ওইনা কবীবগী শৈবেং অমত্তং যেংসি ঃ-

লেপমিন্নববদা গুরুগা গোবিন্দগা অনী, খুরুমগনি হান্না কনাবু।

গোবিন্দবু মশক খঙহনবা গুরুনি, খুরুমজগনি হান্না মহাকপু।

**(৩) পূক্লীং হূবা হায়বদি রমণীয়তাগী মীৎয়েংদা কাব্যগী মখল ঃ-** কাব্য পাবদা নৎএগা তাবদা গুণ, বীতি, অলঙ্কাব, বস অসিনচিংবনা পূক্লীং হূবা ঙম্বগী শক্তি পোকহল্লি শক্তি অসিগী মীৎযেংদা কাব্যগী মখল অহুম থোক্লা খাযদোকপা যাই। মদুদি

(ক) **ধ্বনি কাব্য** নৎত্রগা **উত্তম কাব্য**

(খ) **গুণীভূত কাব্য** নৎত্রগা **মধ্যম কাব্য**

(গ) **চিত্রকাব্য** নৎত্রগা **অবব কাব্য**

**(ক) ধ্বনি কাব্য** – কাব্যদা ধ্বনিনা মপূঙ ওইবা কাব্যবু ধ্বনি নৎত্রগা উত্তম কাব্য হাযনা খঙনৈ। মসিনা কাব্যশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী অথোইবা কাব্যনি হাযনা শীংথানৈ।

**(খ) গুণীভূত কাব্য** – ধ্বনিদা যূম্ফম ওইদবা কাব্য অদুবু গুণীভূত কাব্য নৎত্রগা মধ্যম কাব্য হাযনা খঙনৈ। মসিবু মযায ওইনা ফবা থাক্কী কাব্যনি হাযনা শীংথানৈ।

**(গ) চিত্রকাব্য** - ধ্বাহৈ-বাতা ফজহন্নবা লৈতেংগীদমক ইবা কাব্য অদুবু চিত্রকাব্য নৎত্রগা অবব কাব্য হাযনা খঙনৈ। মসিবু হন্থবা থাক্কী কাব্যনি হাযনা আচার্যশিংনা শীংথানৈ।

অনীশুবা পন্দুপ

# রস সম্প্রদায়

ভারতকী ওইনা খ্বাইদগী লিরবা লাইরিকশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা *ঋগ্‌বেদ* দা রসকী অর্থবু ঈশিং, শঙ্গোম অমদি সোমরসকী অর্থদা শীজিন্নরম্মী। অদুগা 'নাট্য' শেমগৌদা *ঋগ্‌বেদ*দগী ৱারী পরীং, *সামবেদ*দগী ঈশৈ, *যজুর্বেদ* দগী অভিনয়, *অথর্ববেদ* দগী রস লৌখৎলগা 'নাট্যবেদ' শেমখিবগী ৱাফম ফংনবনা *অথর্ববেদ* দা রসকী মরমদা কূপ্না য়াওরম্মী হায়বসি তশেংলবা ৱাফমনি।

বেদকী মতুংদা রস সম্প্রদায়গী মরূ ওল্লম্বা কবিদি বাল্মীকিনি। মহাক্কা তমাসা তুরেল মপানদা হরাওনা কেনদুনা শান্নজরিবা ক্রৌঞ্চ উচেক মতে মনাওগী মনুংদা শাদানবনা তেন্না ক্রৌঞ্চ লাববু হাৎলবদা খংহৌদনা মুনিগী মচিন্দগী শাদানবদা 'নপুঙ্গি চুপ্পা নুংঙাইবা ফংলনু' ৱাফম অসি কবিগী থম্মোয়দা ফাওখিবা অদুগুম্বা অৱাবা মশক অদুনা থম্মোয় তিন্নবা মীশিংগী থম্মোয়দা য়ৌহন্নবা কবিগী খুত্তগী রামায়ণ থোকখিবনি।

বেদ উপনিষদকী মতমদগী ভরত মুনিগী মমাঙ ফাওবদা রসকী মরমদা চাউরাক্না পল্লম্বা থেংনরবসু রস হায়বসি করিনো হায়বগী অশেংবা সিদ্ধান্তদি উবা ফংদে। অদুবু ভরত মুনিনা মাগী *নাট্যশাস্ত্র* পুথোরক্লুনা লাইরিক্কী তরুকশুবা অমসুং তরেৎশুবা অধ্যায়দা রস অমসুং ভাবকী মরমদা কূপ্না নৈনরম্মী। রসতা নত্তনা অলঙ্কার, গুণনচিংবগী মরমদা ফাওবা পল্লম্মী। *নাট্যশাস্ত্র*গী তরুকশুবা অধ্যায়দা রস পোকপগী মরমদা অসুন্না ইরম্মী ঃ-

বিভাবানুভাবব্যভিচারিসংয়োগাদ্রসনিষ্পত্তিঃ

বিভাব, অনুভাব অমসুং ব্যভিচারিভাব অহুম অসিনা পূনশিল্লগা রস পোকই হায়রিবনি। ৱাফম অসি ভরত মুনিদগী হৌরগা ১৭শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা পণ্ডিতরাজ জগন্নাথ ফাওবদা রসনা কাব্যগী অত্মানি হায়না য়ান্নবা হায়বদি ভরত মুনিবু শৌগৎপা পণ্ডিত কয়ামরুম থোরকই। পণ্ডিতশিংসিগী মনুংদা ভট্ট লোল্লট, শঙ্কুক, ভট্ট নায়ক,

অভিনবগুপ্ত পনবা যাই। মখোয় মরি অসিনা মশা মশাগী ওইবা শৌগৎৱা ৱা (বাদ) অমমম পুথোক্লুরম্মী। মখোযগী মতুংদা আনন্দবর্দ্ধন, রাজশেখর, মম্মট, বিশ্বনাথ, জগন্নাথনচিংবা পণ্ডিতশিংনা রসকী মরমদা শৌগৎপা লাইরিক অমসুং ব্যখ্যা কয়া তৌবম্মী। পণ্ডিতশিংসিগী মনুংদসু পণ্ডিত জগন্নাথকী মতপু থোইদোক্লা মপূঙ ফাবা ওই হায়না যানদুনা লাক্লি। পণ্ডিত জগন্নাথনা মাগী *সাহিত্যদর্পণ* দা ঃ-

বিভাবেনানুভাবেন ব্যক্ত: সঞ্চারিনা অথা।
রসতামেতি বত্যাতি: স্থায়িভাব: সচেতসাম।

লীলা য়েংলিবা নৎত্রগা কাব্য পারিবা ভাবোক নৎত্রগা পাঠকশিংগী থম্মোয়দা লৈরিবা স্থায়িভাব অদুনা কাব্যদা য়াওরবা বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী ভাবকা তিন্নরগা হায়ফম খঙদ্রবা মনুংঙাই অমা ফাওই, মদুবু রস কৌই। ৱাফম অসিনা তাকপদি রস থোকপগী মতাংদা পোৎচঙ মরি হায়বদি স্থায়িভাব, বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারী/ব্যভিচারি তঙাযফদনা চঙলে। অদুনা অহানবদা মখোয় মরি অসি মশক তাক্লি।

**স্থায়ীভাব** — মীওইবগী থম্মোয়দা মতম পূন্নমক্তা লেঙদনা তুমদুনা থম্মোয়নুংদা ভাব কয়ামকম লৈ, মদুবু স্থায়িভাব হায়না কৌই। ভাব খূদিংমক অয়াম্বা মতমদা তূমদুনা লৈ। উন্না মৈশা ফংলগা মনিল ওইরকপগুম্না মীওইবনা কাব্য পাবা, তাবা নৎত্রগা য়েংবদা খূদক্তা নোক্লিংবা কপনিংবা, শাওনীংবা, তুক্কৎচবনচিংবা ফাওরম্নগা অমুক হন্থরক্কুনা হান্নগী ফিভমদা হঞ্জিন্দুনা লৈ। অসিগুম্বা তূমদুনা লৈবা পূক্নীংগী ফিভম হায়বদি ভাবপু স্থায়িভাব হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা স্থায়ীভাব অসিবু ভরত মুনিগী মতুং ইন্না রতি, হাস, শোক, উৎসাহ, ক্রোধ, ভয, জুগুপ্সা অমসুং বিস্ময় হায়না মখল নিপান থোক্লা খায়বম্মী। অদুগা অমুক তুংদা লাকপা পণ্ডিতশিংনা নির্বেদ, স্নেহ নৎত্রগা সন্তান-বিষযক রতি অমসুং ঈশ্বব-বিষয়ক রতি হাযনা মখল অহুমগা হাপচিন্দুনা স্থায়িভাব মখল তরামাথোই শুবম্মী।

**বিভাব** – থম্মোযনুংদা তূমদুনা লেঙদনা লৈরিবা স্থায়িভাবপু অখন্নবা মওঙ অমদা য়াকায়হন্দুনা ফোংদোকহন্নবগী মবম ওইবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদুবু বিভাব কৌই। ইশম শম্না স্থাযিভাবপু হৌদোকলিবা ভাবপু বিভাব কৌই। লীলাদা মতৌ মান্নবা শাদুনা থোর্বাক্লবা পাত্র/পাত্রীশিং অমদি প্রকৃতিগী পোৎলমশিং অসিনা ভাবোক্কী থম্মোয়দা লৈরিবা স্থায়িভাবপু হৌগৎহল্লি। অসিগুম্বা পাত্র/পাত্রীশিং অমসুং নাক-য়েক অসিবু রস পোক পগী মবম ওইবনি হায়দুনা বিভাব কৌনৈ।

বিভাব অসি অমুক মখল অনী থোক্লা লৈরি। মদুদি — ক) **আলম্বন বিভাব** খ) **উদ্দীপন বিভাব।**

**ক) আলম্বন বিভাব** — কাব্যদা য়াওরিবা পাত্র অদু হেক উবদা নৎত্রগা মাগী মরমদা তাবদা নুংশি-নুংঙোলনচিংবা ভাবশিং পোকহনবা অদুগুম্বা পাত্রশিং অদু আলম্বন বিভাব কৌই। শন্না করিগুম্বা ভাব অমা পোক্লনবগীদমক মরম ওইরিবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদু আলম্বন বিভাবনি। খুদম ওইনা *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* দা দুষ্যন্তনা শকুন্তলা উবদা মথম্মোয়দা নুংশি ঈথক হৌরকই। অদুনা মতাং অসিদা শকুন্তলাসি আলম্বননি।

আলম্বন বিভাব অসি অমুক মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লি। মদুদি- **(অ) বিষয় রূপ আলম্বন অমসুং** (আ) **আশ্রয় রূপ আলম্বন** অনী অসি অসূন্না মশক তাকপা য়াই। মদুদি — লীলাদা নায়ক নায়িকা অনীগী নুংশিনবা উরগা ভাবোক্কী পূক্লীংদা শৃঙ্গার রস পোক্লকই। মতাং অসিদা ভাবোক্লা য়েংবদা লীলাগী নায়ক অদুদা নায়িকানা নুংশিরে হায়না লৌরকপা মতাংদা নায়ক অসি বিষয় রূপ আলম্বননি। অদুগা নুংশিরিবা মীওই নায়িকা অদুবুনা আশ্রয় রূপ আলম্বননি। অমরোমদা অমুক নায়িকারোমদগী য়েংলগা নুংশিরিবসি নাযিকানা নায়কপুনি হায়না লৌরকপা তারগনা নায়িকানা বিষয় রূপ অদুগা নায়কনা আশ্রয় রূপ ওইগনি।

**খ) উদ্দীপন বিভাব** — কাব্যদা যাওরিবা পাত্র/পাত্রীশিং অদুগী মফমদা ইহুলশিং হেনগৎনবা ফিজেৎ, ব্বাঙাং-শাঙাং, প্রকৃতিগী পোৎলমশিং থাবল, লীরি শীৎপা নুংশিৎ, লৈগী মনম অসিন চিংবনা স্থায়িভাবপু মপূঙ মরৈ ফাহল্লক্তুনা নোয়খৎহল্লবদি উদ্দিপন বিভাব হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা শকুন্তলাগী ব্বাঙাং-শাঙাং, ব্বাহৈ-ব্বাতা, উমঙগী হৈ-লৈগী নুংশিরবা মনম খুদিংমক উদ্দীপন বিভাবনি। মবমদি দুষ্যন্তগী মফমদা মসিনা হেন্না নুংশিবগী মচাক ওইরি।

উদ্দীপন বিভাব অসি অমুক মখল অনী থোক্লা খায়দোক্লি। মদুদি- অ) **আলম্বন গত** (আলম্বনগী ওইবা) অমসুং আ) **বাতাবরণ** গত (অকোয়বা নাক-য়েৎকী ওইবা) নায়ক নায়িকাগী ব্বাঙাং-শাঙাং মীৎয়েং-নায়েং অসিনচিংবসি আলম্বন গতনি। অদুগা মপানগী থরো-থম্বাল খোইমুগী খোঞ্জেল অসিনচিংবনা বাতাবরণ গতনি।

**অনুভাব** — কাব্যদা নায়ক নৎত্রগা নায়িকানা মখোয়গী নুংশি-নুংঙোলনচিংবা ভাবশিংদু ফাওরকপদগী মপানথোংদা ফোংদোরক্লিবা মওঙ-মতৌ অদুবু অনুভাব

কৌই। ইশম শন্না পূক্লীং ইহুল ফোঙদোকপা আশ্রয়গী অভিনয়বু অনুভাব হায়বা য়াই। খূদম ওইনা অকনবা ৱাঙাং-শাঙাংগা লোয়ননা নাকন্দা য়াম্লিবা থাঙ শৎলকপা উবদা শাউবে হায়না খঙনরি। মসিগুম্বসি অনুভাবনি।

অনুভাব অসি মখল মরি থোক্লা লৈ। মদুদি — ক) **আঙ্গিকানুভাব** খ) **বাচিকানুভাব** গ) **আহার্য্যানুভাব** অমসুং ঘ) **সাত্বিকানুভাব।**

ক) **আঙ্গিকানুভাব** — কাব্যদা পাত্রনা চৎলিবা, মখোঙ থীনবা, পীশুম শূকপা, মখূৎ হাইবা অসিখিবিক হকচাং কয়াৎকী ওইবা অঙ্গিকানুভাবনি।

খ) **বাচিকানুভাব** — কাব্যদা পাত্রশিংনা ঙাংনে-শান্নরিবা ৱাহৈ-ৱাঙাংগী ওইবা থৌওঙবু বাচিকানুভাব কৌই।

গ) **আহার্য্যানুভাব** — কাব্যদা পাত্রশিংনা শেৎলিবা নিংথৌগী ফিজোল, রাণীগী ফিজোল, চাক্লিবগী ফিজোল অসিনচিংবগী মওঙ অসিবু আহার্য্যনুভাব কৌই।

ঘ) **সাত্বিকানুভাব** — কাব্যদা পাত্রশিংনা মথক্কী অনুভাব অহুম অসি নত্তবা মতোমতা হোৎনরুবা তৌদনা ফাওজরকপা মওঙবুনি। তু চুংবা, মমায় ঙাঙবা, হুমাঙ তারকপা অসিনচিংবা আশ্রয়গী হকচাং কয়াৎকী অহোংবা মওঙবু সাত্বিকানুভাব কৌই।

সাত্বিকানুভাব অসি অমুক মওঙ নিপান লৈ।

মদুদি — i) **স্তম্ভ** (উংবা নৎত্রগা তিংদম তাবা), ii) **স্বেদ** (হুমাং কাংবা, iii) **রোমান্চ** (তু চুংবা), iv) **স্বর ভঙ্গ** (খোন নিকপা নৎত্রগা নুংসা স্বর হোনবদা কায়রকপা, v) **কম্প** (তনিক-তনিকপা), vi) **বৈবর্ণ্য** (কুচু ওনবা), vii) **অশ্রু** (পি তাবা) অমসুং viii) **প্রলয়** (চপ য়ূংনা ৱাখল লূপ্তুনা লৈখিবা নৎত্রগা ৱাহুবা)।

**সঞ্চারী** নৎত্রগা **ব্যভিচারি ভাব** — সঞ্চারী হায়বদি লোয়ননা চৎমিন্নবা হায়বনি। শন্না আশ্রয়গী থম্মোয়দা হৌরকপা স্থায়ীভাব অদুবু হেন্না মপূঙ ফাহন্নবগীদমক মতম খরদং মতেং পাংবা ওইনা লোয়ননা চৎমিন্নরম্লগা খূদক্তা অমুক মাঙখিবা পূক্লীং ঈহুল অদুবু সঞ্চারী ভাব কৌই। খূদম ওইনা নায়ক অমসুং খলনায়ক অনী শাওনরক্তুনা লাউনরকপদা ক্রোধ হায়বা স্থায়িভাব হৌগৎলক্লবনি। নায়কনা মতম খরগী মমাঙদা খলনায়কনা উশিত্তুনা হায়খিবা অদু নীংশিংলক্তুনা অমুক্তা হেন্না ঈনোৎ হাপতুনা শাওরক্তুনা ক্রোধ স্থায়িভাব পু হেনগৎহল্লি। মতাং অসিদা হেনগৎহল্লিবসি 'নীংশিংবা' অসিনি। অসুন্না নায়ক্কী অশাওবদি অদুম লৈরি অদুগা 'নীংশিংবা' হায়বদুদি শাওরিঙৈ ঙাইহাক্তং লৈরম্লগা মাঙখ্রে নৎত্রগা লূপশিনখ্রে।

অসূন্না ঙাইহাঙ্ঙ্গীদমক লৈরম্বা 'নীংশিংবা' অসিবু সঞ্চারীভাব কৌগনি।

**সঞ্চারীভাবকী মশীং অসি ৩৩ শুই। মখোয়শিংদুদি ঃ-**

১) নির্বেদ — পূক্নীং হন্দোকপা, ইহে হৈনীংদবা মওঙনি।

২) আবেগ — থম্মোয় ফৃকপা থক্কৎপা মওঙবুনি।

৩) দৈন্য — তোঙ্খবা পীকপগী মওঙবুনি।

৪) শ্রম - হোৎনবা নোম্বগী অৱাবা চোকথববুনি।

৫) মদ — ময়াই কাবগী মওঙবুনি।

৬) জড়তা — খঙ্গানবা নৎ এগা ফর্কাচিনবগী মওঙবুনি।

৭) উগ্রতা — কন্থা োকপা নৎত্রগা অকন-অবীং শীংনবা যান্না শাথীবা মওঙনি।

৮) মোহ — অচুম অৱান খঙলক্তবা মওঙনি।

৯) শঙ্কা — লৈতাদবা হাযবনি।

১০) চিন্তা - অবাবা নুংনাংবা বাখল পুবগী মওঙনি।

১১) গ্লানি - পূক্নীং হিকথবা খোযজঙদবা মওঙনি।

১২) বিষাদ - থৱায বাবা থৌনা হনবগী মওঙনি

১৩) ব্যাধি খম্মোয শাকপা পূক্কিঙ মৈচাকপুনি।

১৪) আলস্য থবক তৌনিংদবা তঙ্খবা হাযবনি।

১৫) অমর্ষ - পামদবা মওঙদগী খাঙঙমদবা মওঙবুনি

১৬) হর্ষ - পূক্নীং হবাঙবা, নুংঙাইবা হাযবনি।

১৭) গর্ব - পোঙবা নাপন তৌবা হাযবনি।

১৮) অসূয়া - কল্লক মীহৌবা, অতোপ্পগী অফবা চাউখৎপা উবগা খাঙবা ঙমদবা মওঙনি।

১৯) ধৃতি— পূকচেল ঈংবা অৱা - নুংঙাই চাং মান্ননা লৈবা ঙম্বা মওঙবুনি।

২০) মতি— অফ-ফত্ত খংলকপা লৌশিং লাকপবু খঙনৈ।

২১) চাপল্য — পূক্নীং তায়াং তশোইবা, তথক তথকপা লৈতাদবগী মওঙনি।

লীলাদা নাক-য়েৎ উৎপা য়াদবা ওইনা য়েৎলি। অদুবু তরামাথোইশুবা শতাব্দীদা অভিনবগুপ্ত অমসুং মধুসূদন সরস্বতীনা শান্তরসকী মরমদা য়াম্না কন্না শৌগৎলম্মী। মতম অসিদগী শান্ত রস অসি ময়াম্না য়ানদুনা লাকপনা অভিনবগুপ্ত অমসুং মধুসূদন সরস্বতীনা শান্তরস পুথোক্লম্বনি হায়বা ফাওবা য়াওনরকই। অদুগা তরামবিশুবা শতাব্দীদা কবিরাজ বিশ্বনাথনা 'বাৎসল্য' রস অসি অমুক হাপচিন্দুনা রসপু মখল তরানি হায়না লৌনরকই। অসুম্না রস মখল তরা অসি য়ানদুনা লাকপনা তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা রূপগোস্বামীনচিংবনা ভক্তিরস হায়বা অমগা হাপচিন্দুনা রসপু মখল তরামাথোইনি হায়রম্মী। মসিগী মথক্তা অমুক রসপু মখল খরগা অমুক হাপচিল্লক্তুবা নত্তে, অদুবু মখোয়দু য়ানদদুনা অকনবা ৱাফম পুখৎলক্তুবনি। অদুগা শান্ত, বাৎসল্য অমসুং ভক্তি রস অহুম অসিগী ৱাফম পুখৎলকপদা য়েৎনখিদবা নত্তে। অদুবু অচুম্বা মশক ওইবনা য়ানরক্লি।

## শৃঙ্গার রস

নুপা-নুপী, শাবী শানৌগী মক্ত্রবা নুংশি-নুংঙোলগী ঈহুলদগী পোক্লকপা রসপু শৃঙ্গার রস কৌই। শৃঙ্গার রসকী মরু ওইবা মখল অনী লৈ। মদুদি— ১) সংয়োগ শৃঙ্গার অমসুং ২) বিয়োগ শৃঙ্গার।

**১) সংয়োগ শৃঙ্গার** — হায়বদি নায়ক নায়িকা অনী উন্নরিঁঙে মতমগী নুংশি-নুংঙোলগী নুংঙাইবা ফিভমদগী পোক্লকপা রস অদুবু সংয়োগ শৃঙ্গার নৎত্রগা সম্ভোগ শৃঙ্গার হায়না খঙনৈ।

**২) বিয়োগ শৃঙ্গার** — হায়বদি নায়ক-নাযিকা অনীনা কায়নরবা মতমদা ওইবা নুংশি-নুংঙোলগী অৱাবা ফিভমদগী পোক্লকপা বস অদুবু বিয়োগ নৎত্রগা বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার কৌই। বিয়োগ শৃঙ্গারবু মখল অহুম থোক্লা খায়দোক্তুনা লৈরি। মদুদি— ক) পূর্বরাগ খ) মান অমসুং গ) প্রবাস।

**ক) পূর্বরাগ** -- নায়ক-নায়িকা উন্নদ্রিঁঙেগী মমাঙদা পাউ তানবা, অয়েকপা লাইয়েক্লচিংবা উবদগী থুংননীংবগী মশকপু পূর্বরাগ হায়না খঙনৈ।

**খ) মান** — নুংশিবা হেনগৎনবগীদমক য়ানীং য়ানীংনা নিঙাই তৌনদুনা ওইনবা মওঙবু খঙনৈ।

**গ) প্রবাস** — অরাপ্পা মফমদা চৎনখিবদগী কায়নবগী অৱাবা মশকপু প্রবাস হায়রগা খঙনৈ।

শৃঙ্গার রস অাসগী মচলশিং ঃ--

স্থায়ীভাবনা রতি স্থায়ীভাবনি।

বিভাব ১। আলম্বন নায়ক নংত্রগা নায়িকানি।

২। উদ্দীপন (ক) আলম্বনগত নায়ক নৎত্রগা নায়িকাগী ফিজেৎ-লেৎ শাঙ্গা শাজাংবুনি।

(খ) বাতাবরণ গত হাওন মঙাল লীবি লীবি শীৎপা নংশিং নৎত্রগা প্রকৃতিগী পোৎলমশিং।

অনুভাব সংযোগকী ফিভমদা আশ্রয়না নংশিনা ঙাংবা, য়েংবা, কোনবা, চুপ্পা অসিনাচিংবা।

বিয়োগকী ফিভমদা আশ্রয়না মপ তান বৃক ওনবা চিন্তা তৌবা, তেংথাবা অসিনাচিংবা

সঞ্চারীভাব শৃঙ্গার রসিক মতম দা সঞ্চারী ভাব মখল খুদিংমক হাপ্পা যাই। অতৈ রসশিংদাদি লোয়নমক হাপ্পা যাদে।

সঞ্চারী ভাব অসি শৃঙ্গার রসতুবা অতে রসশিংদা শুনা যাওবা ওইথোকদে মদম শৃঙ্গাররদাদি মসি খুদিংমক যাওবা ঙম্মনী ওইথোকপা নে। মরম অসিনা শৃঙ্গার রস অতে রসশ দগী পাক চাউবা ঙেল্লি অমসু মসি 'রসরাজ (রস নিংথৌ) হায়না কাওবা কৌনে।

শাইনা বিষ্ণুনি মচুনা অশংবনি।

## হাস্য রস

কবিওম্বা শকফম কায়বা • হৈরণা নাত চাদবা সাধারণ মীয়ামদগী তোপ তোপ্পা মওউ মপ্রী, ফিজেৎ লেৎ, বাত শতা, অসিনাচিংবা উক তাকবা অমদি পান বদগী থম্মোয়দা নোকরু লণী হৈক। অমা যাওরকই মদুবু হাস্য রস কৌই হাস্য রস অসি মশক তরুক লৈ। মদুদি

১) স্মিত - মোমোন নোকপবু খঙনৈ।

২) হসিত চিনবান কাঙদুনা যা উনা নোকপবু খঙনৈ।

৩) বিহসিত নুংশিবা খোঙ্খোক্কা লোয়ননা তপ্পা নোকপবু খঙনৈ।

৪) অবহসিত — কন্না নৎরগা চঙখোন্না মখোল থোক্না নোকপবু খঙনৈ।

৫) অপহসিত যান্না কন্না পি তাবা মখৈ নোকপবু খঙনৈ।

৬) অতিহসিত - মখোল শিথনা পূক্লি তিংনা থবো থবো ওনবা মখৈ নোকপবু খঙনৈ।

**হাস্য রসকী মচলশিং ঃ --**

স্থায়ীভাবনা হাসনি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** -- শকফম কায়রবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক।

**২। উদ্দীপন** — ৱাঙাং-শাঙাং, শাজৎ, ফিজেৎ-লৈতেং।

**অনুভাব** — আশ্রয়না মোমোন নোকপা, হৌনা নোকপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** -- চাপল্য, হর্ষ, ঔৎসূক্য অমসুং অবহিৎথা অসিনচিংবনা ওই।

লাইনা প্রমথনি, মচুনা - অঙৌবনি ।

## করুণ রস

নুংশিজবা মীশক শিখি-মাঙখিবা নৎত্রগা পামদবা-নুংশিদবা পোৎশক ফংবদগী অৱাবা, নুংঙাইতবা ফিভম ফাওরকপবু করুণ রস কৌগনি।

**করুণ রসকী মচলশিং ঃ--**

স্থায়ীভাবনা শোক হায়বদি নুংঙাইতবনি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — শিখিবা নৎত্রগা মাঙখিবা মীশক্লচিংবা।

**২। উদ্দীপন** -- শিখিবা মীদুগী পোৎলোইবা, অস্থি, শ্রাদ্ধনচিংবা থৌরমশিং।

**অনুভাব** — ঈশ্বর নিন্দা তৌবা, তেংথাবা, উংবা, ৱাষ্ট্বা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — নির্বেদ, চিন্তা, গ্লানি, স্মৃতি, শ্রম, ব্যাধি, বিষাদ, আবেগ, দৈন্য অসিনচিংবনা ওই।

লাইনা যমনি, মচুনা লমখুনু মর্চুনি।

## রৌদ্র রস

মঙক কনবা ফিভম, ঙাকপীফম লৈত্রবা মবাল, মায়থীবা ফংবা, মীগী মাঙনবা তৌবা, ঈথকথোংবশিংগী মফমদা নিন্দা তৌবনচিংবদগী ঙাংথোবক ইবা ৱাফমশিং তারগা পুক্নীংদা অশাওবা পোক্লকপা অদুবু রৌদ্র বস কৌই।

**রৌদ্র রসকী মচলশিং ঃ --**

স্থায়ীভাবনা ক্রোধনি

**বিভাব - ১। আলম্বন** — য়েক্লবা, মবাল লৈবা, মঙক কনবা অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** — নাপন তৌবা বাঙাঙ, লম হেনবা শাজৎ অসিনচিংবা।

**অনুভাব** - ময়া ক্রক ক্রক চিকপা, খূৎলাই থাঙ্গৎপা, মমিৎ শুকপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** - মদ, গর্ব, বিতর্ক, অমর্ষ, স্মৃতি, উগ্রতা, চাপল্য, আবেগ অসিনচিংবা।

লাইনা ব্দ্রনি, মচুনা অঙাংবনি।

## বীর রস

নুংশিবা কন্নবা অমসুং যেক্লবা মাঙহন্নবগীদমক পাঙথোকপা থৌনা ফবা থবক্কী বর্ণনদগী পোক্লকপা বস অদুবু বীব বস কৌই। বীব বস অসিগী মখল মবি শুই। মদুদি - ১) **যুদ্ধবীর** (লানদা থৌনা ফবা), ২) **দয়াবীব** (থৌজাল তৌবিবদা থৌনা ফবা), ৩) **দানবীব** (পীনহৈবা দান তৌবদা থৌনা ফবা) অমসুং ৪) **ধর্ম্মবীব** (ধর্ম্ম লৈবা মীনুংশি খঙবদা থৌনা লৈবা)।

**বীর রসকী মচলশিং ঃ --**

স্থায়ীভাবনা উৎসাহনি।

**বিভাব** ১। **আলম্বন** যেক্লবা, অতোনবা, চঙজবকপা অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** —লানগী থৌবাঙ, মীকপ মীবাউখোল, ধর্ম্ম-কর্ম্মগী মবমদা পাবা নৈনবা অসিনচিংবা।

**অনুভাব** – খূৎলাই পাযদুনা লান চঙবা, অবা-অনা কোকহন্নবা হোৎনবা, পূকচেল চাউবা উৎপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** - গর্ব, ঔৎসূক্য, উগ্রতা, হর্ষ, স্মৃতি, মবণ অসিনচিংবা।

লাইনা মহেন্দ্রনি, মচুনা অঙাঙবনি।

## ভয়ানক রস

অকিবা শক্তম, মবাল লঙশিল্লুবগী দণ্ডিগীদমক যেক্লবগী থৌরাঙ উবদা পূক্লীংদা অকীবা পোকপা বর্ণনদগী থোবকপা বসপু ভযানক বস কৌই।

**ভয়ানক রসকী মচলশিংদি ঃ --**

স্থাযীভাবনা ভয়নি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** - যেক্লবা নৎত্রগা তমথীবা মী, শাহীং চাবা শা-উচেক, মৈহৌ লাংপোক, ভূত, হিংচাবা অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** — অমম্বা অহিং, মীরাওখোল তাদ্রবা উমঙ অসিনচিংবা।

**অনুভাব** — হকচাং নীকপা, হুমাং অনপ্পী কাবা, খঙহৌদনা ঈশিং চৎপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — ত্রাস, দৈন্য, আবেগ, চিন্তা, মরণ অসিনচিংবা।

লাইনা কালনি, মচুনা অমুবনি।

## বীভৎস রস

অপুম-অশা, মনম নমথীবা, য়েংবদা হঙ্গোইনীংঙাই ওইবা অমোৎপা পোৎশকশিংগী বর্ণনদগী পোকপা বসপু বীভৎস রস কৌই।

**বীভৎস রসকী মচলশিং ঃ –**

স্থায়ীভাবনা জুগুপ্সানি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — হঙ্গোইনীংঙাই ওইরবা দৃশ্য, মীশক নৎত্রগা পোৎশক অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** — মনম নমথীবা, অপুম্বা অসিনচিংবা।

**অনুভাব** — নাকোং মেনবা, নাতোন মেনবা, মায লৈথোকপা মীৎ উইশিনবা, তিন শীৎপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** – মোহ, আবেগ, গ্লানি, ব্যাধি, মরণ অসিনচিংবা।
লাইনা মহাকালনি, মচুনা নিম মচুনি।

## অদ্ভুত রস

ওইথোক্তবা, অমুক্তা উখিদ্রিবা পোৎ উরু তারুবদগী পৃক্লীংদা ঙকপা ফংবা মওঙ অমা ফাওরকপসি অদ্ভুত রসনি।

**অদ্ভুত রসকী মচলশিংদি ঃ--**

স্থায়ীভাবনা বিস্ময়নি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — ওইথোক্তবা থৌদৌ, অঙকপা দৃশ্য অসিনচিংবা।

২। **উদ্দীপন** — অঙকপগী মবমদা তাবা নৎত্রগা উবনচিংবা।

**অনুভাব** — মীৎ লঙখৎলগা য়েংবা, য়া কাবা, শংত্রিক যেংবা, খোন ফাইবা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** — আবেগ, হর্ষ, বিতর্ক অসিনচিংবা।

লাইনা গন্ধর্বনি, মচুনা নাপুনি।

**শান্ত রস**

নানা সংসাব অসিগী নু অমসুং পানগী তত্ত্ব পুন্নমক খঙলক্তুনা মশাদা অপাম্বা মিহৌবা থাদোক্তুনা ঈশ্বরনী মফমদা চঙজবক্তুনা ব্রাখল লূপ্পগী বর্ণনদগী পোকপা বসপু শান্ত বস কৌই।

**শান্ত বসকী মচলদি ঃ**

স্থায়ীভাবনা নির্বেদ নৎত্রগা শর্ম্নি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** – কনানা কনাসু নত্তে, পূন্নমক মাঙখিগদবনি হায়না ফাওবকপা বাখল, ঈশ্বরগী লেঙদ্রবা মগুণ অসিনচিংবা।

**২। উদ্দীপন** তীর্থ দর্শননা বাখল, মুনিশিংগী আশ্রম অসিনচিংবা।

**অনুভাব** যোগ সাধন তৌবা, মালা চৎপা অসিনচিংবা।

**সঞ্চাবীভাব** হৃষ, বিষাদ, মতি বিবোধনচিংবা।

লাইনা নাবাযণনি, মচুনা থাজনী মচুনি।

**বাৎসল্য রস**

মথকথোংবশিংনা মখাথাবশি বু মচা মশু ওইবগী নুংশিবা মতৌ উবদগী, তাবদনী পোক্লকপা বসপু বাৎসল্য বস কৌই।

**বাৎসল্য রসকী মচলশিং ঃ**

স্থায়ীভাবনা স্নেহ নৎত্রগা সন্তান বিষযক বর্তিনি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** মচা মশু, শিষ্য, অঙাং অসিনচিংবা।

**২। উদ্দীপন** আলম্বনগী নংশিবা শাজৎশিংনা উদ্দীপননি।

**অনুভাব** খুবাক খূবা মোমোন নোকপা, নুংশিনা কোনবা অসিনচিংবা।

**সঞ্চারীভাব** হৃষ, আবেগ মোহ, শঙ্কা, গর্বনচিংবা।

লাইনা গৌউানি, মচুনা অঙৌবা অমসুং নাপু তিন্নবা মচুনি।

**ভক্তি রস**

ঈশ্বরগী মফমদা থাজদুনা কৎথোকপা, চঙজবা, মপান্থোংগী কান্নবা অপাম্বা থম্মুদনা ঈশ্বর মহাত্মা নকশিন্না নৎত্রগা মঙোন্দা তিঞ্জনীংবগী ওইবা বর্ণন পোক্লকপা বসপু ভক্তি বস হায়না খঙনৈ।

**ভক্তি রসকী মচলশিং ঃ--**

স্থায়ীভাবনা ঈশ্বর বিষয়ক রতি হায়বদি ঈশ্বরগী মফমদা লৈবা নুংশিববুনি।

**বিভাব — ১। আলম্বন** — ঈশ্বর মহাক্লা আলম্বননি।

**২। উদ্দীপন** — ঈশ্বরগী মতীক-মগুণ, মঙান্না উদ্দীপননি।

**সঞ্চারীভাব** — হর্ষ, গর্বনচিংবা সঞ্চারীভাবনি।

## রস নিষ্পত্তি নৎত্রগা রস বাদ

*নাটাশাস্ত্র* দা ভরত মুনিনা রস পোকপগী মরমদা 'বিভাবানুভাবব্যভিচার্যসংযোগাদ্রসনিষ্পত্তি' হায়বদি বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারীভাবনা পূনশিল্লগা রস পোকই হায়বসিগী মবমদা মতুংদা লাকপা আচার্য মীবনা তোঙান তোঙানবা বাদ হায়বদি ৱাপু ( Interpretation ) পুথোক্লুনা নৈনবম্মী। মখোয় মখোযগী ওইবা ৱাপু অমগা অমগা মান্নদনা অর্থ তৌনবকই। হায়রিবা বাদশিংদুদি - (১) ভট্টলোল্লটকী **উৎপত্তিবাদ,** (২) শঙ্কুককী **অনুমিতিবাদ,** (৩) ভট্টনায়ক্কী **ভুক্তিবাদ** অমসুং (৪) অভিনবগুপ্তগী **অভিব্যক্তিবাদ** নৎত্রগা **ব্যঞ্জনাবাদ** ।

**(১) ভট্টলোল্লটকী উৎপত্তিবাদ** -- ভরত মুনিগী রস সূত্রবু ইহান হান্না বাদ অমা ওইনা শন্দোক্লা অর্থ হল্লম্বসি চাউরাক্লা মাপন-তরাশুবা শতাব্দীদা ভট্টনায়কনি। মহাক্লা তশেংনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোক্লুনা নৈনরম্বদি উবা ফঙদে। লোল্লটনা রস পোকপগী মরমদা রস অসি অশেংবা নায়ক নৎত্রগা নায়িকাদা পোক্কদবনি। অদুগা লীলাদা মতৌ তল্লিবা পাত্র/পাত্রীদা মদুগী মমি তম্বনি হায়বদি রসকী মঙাল লৈ হায়বগী ৱানি। মসিদা লীলা য়েংলিবা নৎত্রগা কাব্য পারিবা, তারিবা মীগী ৱাফমদি ইপন পল্লমদ্রে। খূদম ওইনা হায়ববদা রস অসি নহানৱাইগী অশেংবা দুষ্যন্ত অমসুং শকুন্তলাগী মফমদা শৃঙ্গার অসি পোকখিবনি। মথংদা অমুক কালিদাসকী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* দৃশ্যকাব্যদা মরু ওইবা নায়ক-নায়িকাগী শক্তম লাংলিবা মীওই অদুদা রসকী মঙাল লৈবগী ৱাফম অসিনি। মহাক্কী মত্তা ভাবোক্কী ৱাফমদি ইপন পল্লমদরে। ভট্টলোল্লটকী বাদ ( Interpretation ) অসি তুংদা লাকপা বিশ্বনাথনচিংবা আচার্যশিংনা য়ানখিদে।

**মহাক্কী** অসিগুম্বা মত অসি তুংদা লাকপা অলঙ্কারিকশিংনা য়ানবা হায়বদু ওইখিদে।

**(৩) ভট্টনায়ক্কী ভুক্তিবাদ** — ভট্টনায়কনা স্থায়িভাবতগীনা রস ওইরকপা ফাওবদা তাঙ্কক অহুম লাল্লবা মতুংদা রস ফংগদবনি হায়রম্মী। হায়রিবা তাঙ্কক অহুম অদুদি – অবিধা, ভাবকত্ব অমসুং ভোজকত্বনি। মতাং অসিদা অবিধাগী অর্থদি ৱাহৈগা অর্থগা পুন্না খঙবনি। শন্না পাবা অমসুং অর্থ খঙববুনি। ভাবকত্বনা নাট্যদা শক্তম লাংলিবা মীওই অদু লনাই ওইনা লৌবগী মহুত্তা ময়ামগী ওইবা ইচম চম্বা মীওই ওইরকপা সাধারণ হায়বনি। অদুগা ভোজকত্বনা ময়ামগী ৱাখল অদু লৌশিন্দুনা মহাও লৌবা ঙম্বা অদুবুনি। খূদম ওইনা ভাবোক্লা লীলা অদু পারগা নৎত্রগা য়েংলগা মদুগী অর্থ অফবনি নৎত্রগা ফত্তবনি হায়না খঙলকপবুনি। মথংদা লীলাদা দুষ্যন্তগী শক্তম লাংলিবা পাত্র অদু হৌজিক্কী ওইবা মীওইনি হায়না লৌদদুনা দুষ্যন্তমক্তি হায়না খল্লকপবুনি। অসূম্না খল্লকপা অসিদগী রসকী থাক য়ৌরকইবনি।

**ভট্টনায়ক্কী ভুক্তিবাদকী ৱামচং ঃ-**

**(ক)** রস হাকথেংনরিবসি হায়বদি নুংঙাইবা ফংলিবসি ভাবোকনি;

**(খ)** রস তান্না পুখৎপদা খোঙথাং অহুম লৈ। মদুদি – অবিধা, ভাবকত্ব, অমসুং ভোজকত্ব;

**(গ)** লনাইগী ৱাখল থাদোক্তুনা ময়ামগী ওইথোকহনবা;

**(৪) অভিনবগুপ্তগী অভিব্যক্তিবাদ** – মসিবু 'ব্যঞ্জনাবাদ' হায়নসু খঙনৈ। অর্থনা থক্তোরপা হায়বদি হায়বনা অমা হায়রগা খঙনবনা অমবুনি। মহাক্লা ভরতকী রসসূত্রবু মরীক চুন্না শন্দোক্লা তাক্লমদুনা ঙসি ফাওবদা ময়ান্না য়ানদুনা চৎলি। মহাক্লা কাব্যবু তারিবা, য়েংলিবা, পারিবা খুদিংমক্কী থম্মোয়দা তুমদুনা পূক্লীং ঈহুল স্থায়ীভাব অসি লৈ। হায়রিবা স্থায়ীভাব অসি বিভাব, অনুভাব অমসুং সঞ্চারীভাবনা তুমদুনা লৈরিবা স্থায়ীভাবপু হৌদোক্লুই। অসূম্না স্থায়ীভাবপু হৌদোক্লুবদা সহৃদয়শিংনা মশামক্কী ওইবা ৱাখল কাউথোক্তুনা মী পূন্নমক্কী ওইবা ৱাখল ফিভমদা লাকই। খূদম ওইনা রস অসি ভাবোকনা দৃশ্যকাব্যদা পাত্র পাত্রীশিংগী অভিনয়, ৱাঙাং-শাঙাং উরগা য়েংলিবা ভাবোক্লা ঐ নিংথৌনি, ঐ ফম্নাইবনি, ঐ পুরোহিতনি, ঐ মীনাইনি হায়বা ৱাখল কাওথোকখিদুনা পূন্নমক অমত্তা ওইনা রসকী মতুং ইন্না কপ্পুনা নৎত্রগা লোক্তুনা রস ফংজৈ।

অভিনবগুপ্তগী **অভিব্যক্তিবাদকী বামচং ঃ-**

(ক) সংযোগকী অর্থবু ব্যঙ্গ্যব্যঞ্জকভাব হায়বদি ফোঙদোক্লবা পোৎকা ফোঙদোক্লিবা পোৎলমগা অনীগী মরী অমনি হায়না লৌই;

(খ) নিষপত্তিবু ব্যঞ্জনা ওইনা;

(গ) রস অসি থাক্তোরক্পনা উৎথোরকপনি।

## সাধারণীকরণ

কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসতা সাধারণীকরণগী বাফম অসি ভরত মুনিনা হৌদোক্লম্বা রস পোকপগী মরমদা য়াওরিবা 'নিষ্পত্তি' হায়বা বাহৈ অসিগী অর্থ তোঙান তোঙান্না নৈনরবপনি। বাহৈ অসিগী অর্থদি মীগী মীগী হায়বা বাখল থাদোক্লগা পূন্নমক অমত্তা হায়বদি মযামগী ওইবগা হায়বগা বাখল মওঙবুনি। 'সাধারণীকরণ' হায়বা বাহৈ অসি সংস্কৃত আচার্যশিংগী মনুংদা ভট্টনায়কনা ইহান হান্না শীজিন্নবা হৌখি। মহাক্না রস ওইবকপা ফাওবদা লম্বীগী থেঙ্খাঙ অহুম লৈ হায়না পীরম্মী। মহাক্না হায়বগী মতুং ইন্না (ক) অবিধা হায়বদি য়েংবা, পাবা অমসুং অর্থ খঙববু ওইনা লৌই। (খ) ভাবকত্বনা কাব্যদা য়াওরিবা পাত্র/পাত্রী অদু লনাই ওইনা লৌবগী মহুত্তা ময়ামগী ওইনা ইচম চম্না সাধারণ ওইবা মওঙদা লৌববুনি। (গ) ভোজকত্বনা ময়ামগী ওইবা বাখলদু লৌশিন্দুনা মহাও ফংববুনি। অসূন্না লনাইগী ওইবা বাখলদগী ময়ামগী ওইথোকহনবা মওঙ অসিবু সাধারণীকরণ হায়রিবসি। ইশম শন্না মতৌতম্বা অমসুং তম্মীংবগী বাখল অদু মাঙখিদুনা উরিবা নৎত্রগা তারিবা অদু অশেংবা পোৎশক অদুমকনি হায়না খন্দুনা অমত্তা ওইবগী বাখল পোকহনবগী মওঙ অদু সাধারণীকরণনি। অদুগা মদুদগী ফংলকপা নুংঙাইবদুনা রসনি। মসিগী মতুংদসু অমুক অভিনবগুপ্তনা ঈস্থল অমা পোক্লবগী মরম ওইরিবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অমসুং ঈস্থল পোক্লিবা মীশকপু সাধারণীকরণনা তৌবদগী স্থায়ীভাব অসি মফম মতমগী অপূনবদগী নাম্থোকহল্লি। অদুগা স্থায়ীভাব অসি লনাইগী ওইবা মরী পূন্নমক্তগী নাম্থোকই। সাধারণীকরণ হায়রিবা অসি লনাইগী লান্দুনা পূন্নমক্তা পাল্লবা মওঙ অদুবুনি।

মথক্কী সাধারণীকরণগী মত অনীসিগী মতুংদা বিশ্বনাথনা পুল্লপ পুনশিল্লগা মাগী মত পীদুনা নৈনরম্মী। মহাক্কী মত্তা সাধারণীকরণ হায়বগী অর্থদি অসাধারণ ওইবা পোৎপু সাধারণ ওইহনবা হায়বনি। হায়বদি লনাইগী ওইবা পোৎ নৎত্রগা বাখলবু ময়ামগী ওইহনবনি। খরগা হেন্না শন্দোক্না হায়রবদা রস অসি কনাগী মফমদা লৈগদগে নৎত্রগা লৈফম থোকপগে হায়বসিগী মতাংদা ভারতকী আচার্যশিংনা

য়েৎনখিদবসু নণ্ডে। ভট্ট লোল্লটনচিংবা আচার্য খরনা রস অসি কবিনা মতৌ তমদুনা কাব্য ইবগী মচাক থোরকফম ওইরিবা নায়ক-নায়িকাদা লৈফম থো কই হায়না মত ফোঙদোক্লরম্মী।

অতোপ্পা মত অমনা দৃশ্যকাব্যদা রস অসি অশেংবা নায়ক-নায়িকাগী শক্তম লাংদুনা ষ্টেজদা কুমলিবা নট-নটীশিংগী মফমদা লৈগদবনি হায়না মত ফোঙদোক্লরম্মী। অদুগা অমুক অতোপ্পা মত অমনা রস অসি কাব্য পারিবা, তারিবা অমসুং য়েংলিবা ভাবোকশিংগী মফমদা লৈগদবনি হায়বা অসিনি।

মথক্কী মত অহুম অসিগী শুপচিনবা খূদম অমত্তং য়েংলবদা হরিশ্চন্দ্র নাটকতা হরিশ্চন্দ্রনা বিশ্বামিত্রগী মফমদা লৈজবা পূন্নমক কৎথোক্লল্লগা মী অশিবা পোৎলোইবগী থবক তৌদুনা লৈখি। মতমদুদা কায়নদুনা মীনাই ওইনা লৈখ্রবী মাগী নুপীনা লিন্না চিক্লুনা শিরবা মচানুপা রোহিদাসকী অশিবা হকচাং পোলাং অদু পুরক্লুনা সংস্কার তৌবিনবা হায়জবা মতাং অদু করুণ রসনা মপুঙ ওইনা চপ যুংনা লৈবা মতমনি। মথক্কী অহানবা মত অসিগী মতুং ইন্না খূদম অসিদা য়েংলবদি অশেংবা নহানব্বাইগী হরিশ্চন্দ্র অমসুং মাগী নুপী মহারাণীগী মফমদতা করুণ রস অসি লৈগনি অতৈ মীওইশিংগী ম ফমদা লৈফম থোক্তে হায়বসিনি। অনীশুবা মত অসিগী মতুং ইন্না খূদম অসিদা য়েংলবদি রাজা হরিশ্চন্দ্র অমসুং মাগী নুপী মহারাণীগী মতৌ তমদুনা রঙ্গমঞ্চ (ষ্টেজ) দা কুমদুনা শক্তম লাংলিবা নট-নটীগী মফমদতা রস অসি লৈগনি হায়বসিনি। অদুগা অহুমশুবা মত অসিগী মতুং ইন্না খূদম অসিদা কাব্য পারিবা, তারিবা নৎত্রগা য়েংলিবা ভাবোক পূন্নমক্কী থম্মোয় অসি হরিশ্চন্দ্র অমসুং মাগী নুপী মহারাণীগী মতৌ পারুরগা, তারুবগা নৎত্রগা য়েংলুরগা চপ যুংনা করুণ রসতা লূপ্তুনা লৈ। হায়বদি দৃশ্য কাব্য অসি পাবিবা, তারিবা অমসুং য়েংলিবা ভাবোকশিং অসি তোঙান তোঙানবা মখলগী মীওইশিং - নিংথৌ, ফম্নাইবা, লাইরবা, নুপী অঙাং খাক্তনা য়েংলিবনি। অসিগুম্বা মতাং অসিদা ঐ নিংথৌনি, ঐ ফম্নাইবনি, ঐ লাইরবনি, ঐ নুপীনি, ঐ অঙাংনি হায়বা মপানগী ওইবা ব্বাখল থাদোক্লদুনা মনুংগী ওইবা ব্বাখল অমদা চপ যুংনা মখোয় মখোয়গী ব্বাখলদা চঙদুনা করুণগী ওইবা মনুংঙাই অদু ফংজে। শম্না হায়রবদা রস অসি ভাবোকশিংগী মফমদা লৈগনি হায়বা অসিনি।

মথক্কী ব্বাফম অহুম অসি নৈনবদগী ফংলকপা মহৈ ওইনা ভারতকী পণ্ডিত অয়াম্বনা য়ানদুনা লৈরিবা ব্বাফমদি সাধারণীকরণ হায়বসি অশেংবা নাযক-নায়িকাদা তুংশিন্দুনা লৈরম্বা রতিনচিংবা স্থায়ীভাব অদুগা ভাবোকশিংগী থম্মোয়দা লৈরিবা

স্থায়ীভাব অসিগা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নদুনা চপ মান্ননা নুংঙাইমিন্নবা অদুবুনি সাধারণীকরণ হায়বসি।

## রসাভাস

রস অমদা চঙবা পোৎচঙ মচল শুনা য়াওরবসু করিগুম্বা ওইথোক্তবা মরমদগী ওসকী থাক য়ৌবমদনা হন্থরকপবু রসাভাস কৌই। 'আভাস' হায়বদি অশেংবা নত্তবা মমি ওইবা হায়বনি। মসি অশেংবা রস তরামাথোইমক্কী থাক য়ৌবা ঙমদবা মওঙদা মখল তবামাথোই থোক্লা লৈ। মদুদি —

ক) শৃঙ্গার রসাভাস — চৎনবীগী ৱা্মদা নুংশি মীৎয়েং থম্বনচিংবা। খূদম ব্রহ্মানা মচানুপী মোহিনীদা নুংশি মীৎয়েং য়েংলুবা।

খ) হাস্য রসাভাস — খুরন্নীংঙাই ওইবা মীশকতা নোক্লবনচিংবা। খূদম - উত্তরনা কৌরবকী তেঙ্গোলবু নোক্লবা।

গ) করুণ রসাভাস — তাইবঙপান মনুং মপান মশক খঙলবা মীনা সংসার ত্যাগ তৌখিবদা অৱাবা উৎপা। খূদম — মহাপ্রভুনা সংসার ত্যাগ তৌখিবদা মমা শচীনা ৱাজবা।

ঘ) রৌদ্র রসাভাস — মথক থোংবা অহল নৎত্রগা অশোনবদা মতিং থোক্লা শাউজিল্লুবা। খূদম - ভরতনা মমা কৈকয়ীদা শাউবা।

ঙ) বীর রসাভাস — অনেম্বা অতোনবা মীওইশিংদা থৌনা ফবা উৎপা। খূদম - চাকনিবদা নিংথৌনা শাউবা।

চ) ভয়ানক রসাভাস — নায়কনচিংবা অচৌবা ধর্ম্ম লৈবা মীওইশিংদা অকিবা পোকপা। খূদম - মহাদেবপু উবদা কিবা।

ছ) বীভৎস রসাভাস -- যজ্ঞ নৎত্রগা বলিদানগী শা-ঙাদা হঙ্গোইবা পোকপা। খূদম - জন্মেজয়গী সর্প-যজ্ঞদা হঙ্গোইবা।

জ) অদ্ভুত রসাভাস — যাদু মিৎত্রংনচিংবগী থৌওঙদা অঙকপা পোকপা। খূদম - যাদুগরনা মী হাৎলগা হিংগৎহনবদা অঙকপা পোকপা।

ঝ) শান্ত রসাভাস — ৱাখল পীকপা মীওইশিংনা মায়া লাংদগী পূক্নীং হন্দোকপা। খূদম - ফত্তবা দাকু অমনা খঙহৌদনা অরান খূভম্নচিংবগী ৱাখলদা পূক্নীং লূপশিল্লকপা।

ঞ) বাৎসল্য রসাভাস — মথক থোংবা অহনশিংদা মচা-মশুগুম তৌরকপা। খুদম - অনাবা মপাবু মচাগুম্না তৌরকপা।

ত) ভক্তি রসাভাস — শারোই-ভারোই ফত্তবা লাইশিংদা থাজবা অমসুং চঙজবগী মওঙ । খুদম - তান্ত্রিকশিংনা ভূত-প্রেৎ লোয়নদুনা লৈবা।

**অপূর্ণ রস ঃ-** কবিনা মাগী কাব্যদা রসকী বর্ণন তৌবা মতমদা বর্ণন তৌরিবা রস অদু পুখৎলকপদা বিভাবনচিংবা পুন্নমক লৈনা লৈনা করিগুম্বা অৱাৎপা অমদগী সহৃদয়/ভাবোক নৎত্রগা অপাবা/অতাবা/অয়েংবগী থম্মোয়দা রস অদু থুক লাউনা পালহনবা ঙমদনা হায়বদি রসকী ক্লাইমেক্স য়ৌহনবা ঙমদনা হন্থরকপবু খঙনৈ।

**ভাবাভাস ঃ-** কবিনা মাগী কাব্যদা কর্বিগুম্বা অমা বর্ণন তৌবা মতমদা মওঙ কায়না উৎলোইদবা তৌরোইদবা মতাংদা বর্ণন তৌবকপবু ভাবাভাস কৌই। খুদম ওইনা হায়রবদা সাধুশিংনা মীগী অ ফবা উরগা কল্লক মীহৌরকপা পোকহল্লকপা, ওজা গুরুনা লমচৎ ফৎলক্তবা অসিনচিংবা।

**মরুপ ওইবা রস ঃ-** করিগুম্বা বস অমগী বর্ণনগী মনুংদা অতোপ্পা বস অমা পুশিল্লক্তুনা বর্ণন তৌবদা অকায়বা থোক্তবা হেন্না মপূঙ ফাহনবা মওঙবু খঙনৈ। খুদম ওইনা শৃঙ্গার রসকী মতাংদা দুষন্ত শকুন্তলা অনী নুংশি ৱাবী শারিঙৈদা অতোপ্পা নোক্লিংবা য়াবা ফাগি-জুগাই কযা পুশিল্লক্তুনা হাস্য রসকা য়ানশিন্নবদা অকায়বা লৈতবা হেন্না মপূঙ ফাহন্নবগী মরম ওইবা মওঙবু খঙনৈ।

**য়েক্কবা রস ঃ-** মথক্কী অসিগুম্না চুংশিন্নকবদা অকাযবা ওইগদবা হেক পূনশিল্লুবদা কাব্য অদু মশক থোক্লোইদবা অমত্তা ওইশিল্লু য়াদবা মওঙবুনি। খুদম ওইনা রৌদ্র রসকী মতাংদা *মহাভারত* তা ভীমনা দুর্যোধনদা গদা হাইগৎপা মতমদা শৃঙ্গাব রস হায়বদি নুংশি-নুংঙন পুশিল্লুবা য়াদবা মওঙবুনি।

## অহুমশুবা পন্দুপ

# অলঙ্কার সম্প্রদায়

### অলঙ্কার শীজিন্নবগী পরম্পরা

অলঙ্কার হায়বা ৱাহে অসি 'অলম' হায়বদি 'লৈতেং' 'কার' হায়বনা 'ওইবা' হায়বা ৱাহে অনী পুনশিল্লগা শেম্বনি। অসিগুম্বা অলঙ্কার অসি কাব্যদা য়াম্না মরু ওইবা থাদোকপা য়াদ্রবা মচাক অমনি। অলঙ্কার শীজিন্নরম্বগী মতাংদা ভারতকী অরিবা লাইরিক *ঋগবেদ* নচিংবদা অলঙ্কার মরাং কায়না য়াওরবসু অনীশুবা চহীচাদা ভরত মুনিনা মাগী *নাট্যশাস্ত্র* দা অলঙ্কাব মখল মরি – উপমা, রূপক, দীপক অমসুং যমক ময়েক শেংনা পল্লম্লবসু, চপ চাবা চহীচা খংদ্রবসু ভট্টমুনিগী মমাঙদা লৈরম্বা মহার্ষি ব্যাসকী *বিষ্ণুধর্মোত্তব পুরাণ* দা অলঙ্কার মখল তরানিপান পুথোক্লম্লবসু, মরি-মঙা শুবা চহীচাদা লৈরম্মী হায়না থাজনরিবা ভট্টমুনিনা শব্দালঙ্কার অমসুং অর্থালঙ্কাব পুন্না মখল কুন্থরানিপান পুথোক্তুনা শীজিন্নরম্লবসু, অলঙ্কার হায়বসি করিনো হায়বদু মশক মুন্না তাক্লমদে। অদুবু তরেৎশুবা চহীচাদা ভামহনা মাগী *কাব্যালঙ্কার* দা অলঙ্কাব মখল কুন্থরানিপান পুথোক্লম্মী অমসুং 'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্' হায়বদি ৱাহেগা অর্থগা অনীসি তিন্নরগা কাব্য ওইরকই হায়না ময়েক শেংনা পল্লি। অদুগা অমুকসু 'নকান্তমপি নিভূষং বিভাষিত্ বনিতা মুখম্' হায়বদি নুজাগী মায়থোঙনা ফজরবসু লৈতেং য়াওদ্রবদি কৈদৌঙেদা লময়ৌনা ফজবনি হায়নরোই। অদুনা অলঙ্কার য়াওদ্রবদি কাব্যসু ফজবা ওইবা ঙমদে। মতৌ অসুম্না ভামহগী মতুংদা লাকপা অলঙ্কারবাদীশিংনা ভামহগী থৌদাং খিবিক যেংলগা মহাকপু অলঙ্কার সম্প্রদায়গী লময়ানবনি হায়না ময়াম অমত্তা ওইনা য়ানখি।

মসিগী মতুংদা নিপানশুবা চহীচাগী অহানবা তঙ্খায়দা দণ্ডীনা মাগী *কাব্যদর্শ* দা "কাব্য শোভাকরান্ ধর্মান্ অলঙ্কারন প্রক্ষতে" হায়বদি কাব্যগী নীংথিবগী মরম ওইরিবা লম্বীশিংবু অলঙ্কার কৌই। অদুগা অলঙ্কার মখল কুন্থবাতরেৎখকসু পুথোক্লম্মী। মথংদা নিপানশুবা চহীচাগী ময়ায় ওইবা মতমদা বামন্না মাগী *কাব্যালঙ্কারসূত্রবৃত্তি* দা অলঙ্কার মখল কুন্থরানিথোই পুথোক্লম্মী। নিপানশুবা চহীচাগী অরোইবা তঙ্খায়দা উদ্ভটনা মাগী *কাব্যালঙ্কারসার সংগ্রহ* দা অলঙ্কার মখল নিফুমাথোই খকসু পুথোক্লম্মী। মাপনশুবা চহীচাগী অহৌবদা রূদ্রটনা মাগী *কাব্যালঙ্কার* দা অলঙ্কার মখল হুমফুতরুক

পুথোক্লম্মী। মাপনশুবা চহীচাগী অরোইবা শরুক্তা ব্যাসনা মাগী *অগ্নিপুরাণ* দা অলঙ্কার মখল কুন্থরামাথোই পুথোক্লম্মী। তরামাথোইশুবা চহীচাগী হৌগৎলকপদা লৈরম্বা ভোজরাজনসু মাগী *সরস্বতীকণ্ঠাভরণ* দা অলঙ্কার মখল হুমফুতরানিথোই পুথোক্লম্মী। তরামাথোইশুবা চহীচাগী ময়ায় ওইবা মতমদা লৈরম্বা মম্মটনা মাগী *কাব্যপ্রকাশ* তা অলঙ্কার মখল হুমফুতরামরি, তরানিথোইশুবা চহীচাদা রুয়্যক্কা মাগী *অলঙ্কার সর্বস্ব* দা অলঙ্কার মখল মরিফুনিথোই, তরাহুমদোইশুবা চহীচাদা জয়দেবনা মাগী *চন্দ্রালোক* তা অলঙ্কার মশীং চাম, তরাতরুকশুবা চহীদা অপ্পয় দীক্ষিতনা মাগী *কুবলয়ানন্দ* দা অলঙ্কার চামকুনহুমদোই, তরাতরেৎশুবা চহীচাদা জগন্নাথনা মাগী *রসগঙ্গাধর* দা অলঙ্কার হুমফুমাপন মচা খায়না নৈনরম্বগী রা ঐখোয়না থেংনৈ। অসূন্না অলঙ্কার নৈনবগী নৎত্রগা পুথোক্লম্বগী ৱারী পরীং অসিদা ভামহনা অলঙ্কারনা কাব্যগী অত্মানি হায়বা মত অসি দণ্ডীনচিংবা অলঙ্কারবাদী তুংইনবা খরনা তরাশুবা চহীচা ফাওবদি কন্না শৌগৎতুনা চৎনবা উই। অদুবু মতুংদা লাকপা অচার্যশিংগী ৱাখল্লোনদদি ময়াক খরা হন্থরকই অমসুং কাব্যগী অত্মাদি অলঙ্কারনি হায়বগী ৱাফম অসি য়ানরক্তে। তৌইগুম্বসুং অলঙ্কারগী মফমদদি কাব্যদা য়াম্না চাউনা থম্নরম্মী। হৌজিক ফাওবদা অলঙ্কার মশীং অসি পুল্লপ পূনশিল্লগা চনীমুক লৈবগী মত পীনরি।

মথক্তা পনখ্রিবা অলঙ্কারবাদীশিংগী মত খুদিংমকপু শুপচিল্লগা মতুংদা লাকপা পণ্ডিতশিংনা অলঙ্কারবু অসুন্না মশক তাকলি। মদুদি -- ৱাহে অমসুং অর্থগী ফজবা হেনগৎহন্নবগীদমক ৱাহৈ লৈতেং কয়া কাব্যদা হাপ্তুনা সহৃদয়শিংগী থম্মোয় শুম্নাৎপগী মচাক ওইরিবা ৱাহৈ লৈচনবু অলঙ্কার কৌই। অসিগুম্বা অলঙ্কার অসিগী মখলবু অনী থোক্লা অয়াম্বা পণ্ডিতশিংনা লৌনৈ। মদুদি -- **(অ) শব্দালঙ্কার** অমসুং **(আ) অর্থালঙ্কার**। অদুগা পণ্ডিত খরনদি অকুপ্পা মীৎয়েংলোমদগী মথক্কী অলঙ্কার অনী অসিগা লোয়ননা 'উভয়ালঙ্কার' (ৱাহৈ অমসুং অর্থ অনীমকপু মতম অমত্তদা পূন্না লৈদুনা ফজহনবা অদুগুম্বা মশক অদুবুনি) হায়বা মখল অমগা পূন্না অলঙ্কার মখল অহুমথোক্লা খায়দোক্লম্মী। অদুবু মসি অলঙ্কারিকশিংনা মখল অমা ওইনা লৌনদে।

## (অ) শব্দালঙ্কার

ৱাহৈ পরেংবু পূক্লীং হূনবগীদমক ময়েক, ৱাহৈ নৎত্রগা ৱাহৈ চলুনগী মখাপোনবা অলঙ্কারবু শব্দালঙ্কার কৌই। শব্দালঙ্কারদা ৱাহৈনা মরু ওই অমসুং য়াওরিবা নৎত্রগা লৈরিবা অখন্নবা ৱাহৈ অদু হোংদোক-হোংজিন তৌবা য়াদে। শব্দালঙ্কারগী মখল মশীং য়াম্মী। মরু ওইবা শব্দালঙ্কাব খরদং লৌখৎলি।

**অনুপ্রাস** (অনু + প্র + আস = মতুং ইন্না+ নক্লনা+ হন্না থম্বা)
খোঙ্লোক মান্নবা ব্যঞ্জন ময়েকশিং অদু নীংথিজনা অমগা অমগা নক্লনা হন্না হন্না শীজিন্নববু অনুপ্রাস কৌই।

খুদম -- থরো থম্বাল থারিক্ থানা।

শাৎলি ঈয়াইদা নীংথিনা।

মথক্কী শৈরেং পরেং অসিদা 'থ' ব্যঞ্জন ময়েক মরিরক অমসুং 'র' ব্যঞ্জন ময়েক অনীরক নক্ল-নক্লনা শীজিন্নদুনা তাবদা নুংঙাইবা অমা ফাওহনবা মরম্না অনুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

অনুপ্রাস অলঙ্কারগী মখল মঙা শুই। মদুদি — ক) বৃত্ত্যনুপ্রাস, খ) ছেকানুপ্রাস, গ) শ্রুত্যনুপ্রাস, ঘ) লটানুপ্রাস অমসুং ঙ) অন্ত্যানুপ্রাস।

ক) **বৃত্ত্যনুপ্রাস** (বৃত্তি + অনুপ্রাস = খোঙচৎকী + অনুপ্রাস)

শৈরেংগী খোঙচৎ মতুং ইন্না ব্যঞ্জন ময়েকশিং মথং-মনাউ কায়রবসু কায়দ্রবসু তাবদা নীংথিবা মওঙদা হন্না হন্না শীজিন্নববু বৃত্ত্যনুপ্রাস কৌই।

খুদম — মালংদা মলয়া মালংবনা মাল্লিকা-মাল্লতী,

মনমত মল্ল-মল্লদুনা মাইকৈশিন্না শিৎলক্লি।

শৈরেং পরেং অনী অসিদা 'ম' ব্যঞ্জন ময়েক মাপন, 'ল' ব্যঞ্জন ময়েক তরানিথোই, 'ত' ব্যঞ্জন ময়েক অনীরক লাকপা মরম্না বৃত্ত্যনুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

খ) **ছেকানুপ্রাস** (ছেক + অনুপ্রাস = হৈশিংবা + অনুপ্রাস)

অমদগী হেনবা ব্যঞ্জন ময়েকশিংবু হৈশিংনা তপ্নবা নৎত্রগা তপ্নদবা মওঙদা মথং মনাউ কায়দনা অনীরক হন্না হায়দোক্লবদি ছেকানুপ্রাস অলঙ্কার কৌগনি।

খুদম — নঙগী মীৎয়েং নঙগী ৱাঙাং

নঙগী সাথেক নঙগী ৱাখলদ

শৈরেং পরেং অনী অসিদা 'ন' ব্যঞ্জন ময়েক্লা অহানবা পরেংগী অহৌবা অমসুং অহুমশুবা, অদুগা অনীশুবা পরেংদসু অহৌবা অমসুং অহুমশুবদা অনীরক অনীরক হঞ্জিনবা মরম্না ছেকানুপ্রাস লৈরে।

গ) **শ্রুত্যনুপ্রাস** (শ্রুতি+ অনুপ্রাস = খোঙ্লোক্কী + অনুপ্রাস)

খোঙ্লোক তিন্নবা ব্যঞ্জন ময়েকশিংনা নীংথিবা মওঙদা হঞ্জিন-হঞ্জিন নক্লনা

থম্ববু শ্রুত্যনুপ্রাস কৌই।

খূদম — শুক্লবা, চিল্লবা তাইবঙসিদা
করিনো নঙনা নীংতম্লিবা?

শৈরেং মতেক অসিদা ভৌদগী থোকপা খোম্হোক্কী ব্যঞ্জন ময়েক 'শ' অমসুং 'চ' খৌরিদগী থোকপা 'ক', 'ঙ', য়াদগী থোকপা 'ল' অমসুং 'ত' ময়েকশিংনা হঞ্জিন হঞ্জিন নীংথিবা মওঙদা লাকপা মরম্না শ্রুত্যনুপ্রাস লৈরে।

**ঘ) লাটানুপ্রাস** (লাট + অনুপ্রাস = অর্থ তোঙানবা + অনুপ্রাস)।

ৱারিগুম্বা ৱাহৈ অমনা হঞ্জিন-হঞ্জিন শাযদুনা হঞ্জিল্লক্লবসু মতাংগী মতুং ইন্না অর্থ তোঙানহনবা অলঙ্কারবু লাটানুপ্রাস কৌই।

খূদম - অদুবু মমৌ অসিনা মচা পোক্তবা অসিনা
পেলহম্বা ঙমদে ঐহাকপু রত্নপোকপী মেদিনীনা।

শৈরেং মতেক অসিদা অহানবা পরেংদা 'অসিনা' হায়বা ৱাহৈ অসি অনীবক চপমান্ননা হঞ্জিল্লবসু অকোনবগী 'অসিনা' গী অর্থ 'মরম্না' হায়না লৌদুনা লাটানুপ্রাস অলঙ্কার ওইহল্লি।

**ঙ) অন্ত্যানুপ্রাস** (অন্ত্য + অনুপ্রাস = অরোইবগী + অনুপ্রাস)।

মরু ওইনা পদ্যগী পরেংশিংগী অরোইবদা খোম্হোক মান্নবা মওঙদা ময়েক লৈববু অন্ত্যানুপ্রাস কৌই।

খূদম — লাল্‌ফম্ মৈশা লাংখিদ্রে।
খাহি মনিল নাইখিদ্রে।
লানগী ঈরাং লৈখিদ্রে।

শৈরেং পরেং অহুম অসিদা 'দ' ব্যঞ্জন মযেক্না শৈরেংগী পরেং খূদিংমক্কী অরোইবদা খোম্হোক মান্ননা লৈবা মরম্না অন্ত্যানুপ্রাস অলঙ্কার লৈরে।

## যমক অলঙ্কার

খোম্হোক মান্নবা অর্থদি খেন্নবা ৱাহৈনা ৱাহৈপরেংগী মনুংদা হন্না হন্না শাজিন্নববু যমক অলঙ্কার কৌই।

খূদম — ফজৈদকো ফজৈদা, কৃষ্ণ নংগী কৃষ্ণসে।
ওহোক্লসু হৈখরে, নহাক্কী নখূৎ মচাদু।

শৈরেং মতেক অসিদা 'কৃষ্ণ' হায়বা ৱাহৈ অসি তোঙান-তোঙানবা অর্থদা অনীরক হন্না অহানবা অর্থনা কৃষ্ণ কৌবা আর্টিস, অনীশুবা অর্থনা জগৎকী মবুংগো শ্রীকৃষ্ণ হায়না লৌরি। মরম অসিনা মতাং অসিদা যমক অলঙ্কার লৈরে।

## শ্লেষ অলঙ্কার

করিগুম্বা শব্দ অমদা অর্থ অমদগী হেন্না তোঙান-তোঙান্না লৈববু শ্লেষ অলঙ্কার কৌই।

খূদম — বর পীনবিবা মহাদেবসু নহাক্লি
ঐনা নির্বিবা বরসু নহাক্লি।

মথক্কী খূদম অসিদা 'বর' হায়বা ৱাহৈ অনী অসিগী তোঙান তোঙানবা অর্থ হায়বদি অহানবা 'বর' গী অর্থনা ঈশ্বরদা নিজবা বর অনীশুবা 'বর' গী অর্থনা কন্যাগী মপুরোইবা বর হায়না অর্থ তোঙান্না লৌবনা শ্লেষ অলঙ্কার লৈরে।

## বক্রোক্তি (বক্র + উক্তি = নাকোয়ননা + হায়বা)।

করিগুম্বা ৱাহৈ অমা নাকোয়ননা হায়রকপনি খন্দুনা মদুগী অর্থসু নাকোয়ননা লৌবা অদুবু বক্রোক্তি অলঙ্কার কৌই।

খূদম — শিঙেল নপাও তাবদা খৌরাংদবা কনানো?

মতাং অসিদা 'খৌরাংদবা কনানো' হায়বা ৱাহৈ অসিনা পুরিবা অর্থদি 'খৌরাংদবা কনা অমত্তা লৈতে' হায়বা নাকোয়নবা অর্থ ফোঙদোক্নুনা বক্রোক্তি অলঙ্কার লৈহল্লি।

## পুনরুক্তিপ্রকাশ

করিগুম্বা মান্নদবা শব্দনা নৎত্রগা ৱাহৈ চবুন্না চুন্না ফজহন্নবগীদমক হঞ্জিন হঞ্জিন চপ মান্নবা অর্থদা শীজিন্নববু পুনরুক্তিপ্রকাশ অলঙ্কার কৌই।

খূদম -- চীংঙু বিধি নোংদম্বা, খোইয়ম বিধাতা ৱায়েনবা,

মতাং অসিদা 'চীংঙু বিধি নোংদম্বা' অমসুং 'খোইয়ম বিধাতা ৱায়েনবা' ৱাহৈ চবুন অনীমক অর্থ চপ মান্ননা হঞ্জিল্লকপা মরম্না পুনরুক্তিপ্রকাশ অলঙ্কার লৈহল্লি।

## পুনরুক্তবদভাস

করিগুম্বা শব্দ অমগী মতুংদা অর্থ মান্নবা অতোপ্পা ৱাহৈ অমা লাকপদগী হঞ্জিন্না হায়বা মানবা, থাঙ্গৈশেংনা হঞ্জিনবদি নত্তবা অদুবু পুনরুক্তবদভাস অলঙ্কার কৌই।

খূদম — চাইথবগী মতৌগুম ঈরুজখ্রে ধীরেন্দো।

মতাং অসিদা 'চাইথবা' অমসুং 'ঈরুজবা' ৱাহৈ অনীমক মহৌশানা অর্থ মান্নে।

তৌইগুম্বসুং মফম অসিদা শীজিন্নবগী মওঙ মতুং ইন্না হঞ্জিনলকপা মাল্লবসু থাঙ্গে শেংনা অর্থ হঞ্জিনবা নত্তবনা পুনরুক্তবদভাস অলঙ্কার লৈরে।

## (আ) অর্থালঙ্কার

ৱাহৈ পরেংদা অর্থগী ফজবা হেনগৎহনবা অর্থগী মখাপোনবা অলঙ্কার অদুবু অর্থালঙ্কার কৌই। অর্থালঙ্কার অসি তোঙান-তোঙানবা পণ্ডিতশিংনা খায়দোক্লম্বা মওঙশিং য়েংলগা ১২শুবা চহীচাদা আচার্য রুয়্যক্কা মাগী *অলঙ্কারসর্বস্ব* দা অলঙ্কারগী মশক-মওঙ (মুল তত্ব) য়েংলগা অর্থালঙ্কারগী কাঙলুপ্পু মখাগী অসূন্না খায়দোক্লম্মী ঃ—

**১। সাদৃশ্য-মূল নৎত্রগা সাধর্ম্য মূল** (মান্নবা মওঙনা মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কারশিং অসিদা পোৎশক অনীগী মান্নবগী মওঙ-মতৌ, লমচৎ শাজৎ উৎলি। মসিগী মনুংদা উপমা, রূপক, সন্দেহ, উল্লেখ, দীপক, উৎপ্রেক্ষা অতিশয়োক্তি, সমাসোক্তি অসিনচিংবা লৈ।

**২। বিরোধমূল** (ওন্ন-তৈনবা মওঙনা মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কারশিং অসিদা পোৎশক অনীগী লৈনরিবা মরী অদু ওন্ন-তৈনবা তিন্নবা য়াদবা মওঙদা উৎলি। মসিগী মনুংদা বিরোধাভাস, বিভাবনা, সম, বিশেষ ব্যাঘাত অসিনচিংবা লৈ।

**৩। শৃঙ্খলামূল** (মথঙ-মনাউ নাইবা মওঙনা মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কারশিং অসিদা অনী নৎত্রগা অনীদগী হেনবা পোৎশকশিং মথং-মনাউ নাইনা অমগা-অমগা পরেং ওইনা লৈবগী মওঙ উৎলি। মসিগী মনুংদা মরু ওইবা অলঙ্কার খরদং পল্লবদা - একাবলী, কারণমালা, মালাদীপক, সার অসিনচিংবা লৈ।

**৪। ন্যায়মূল** (মরম্না মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কারশিং অসিদা মরম্না মরু ওইদুনা কাব্যবু পূক্লীং হূহনবগী মশক উৎলি। কাঙলূপ অসিগী মরু ওইবা অলঙ্কার খরদং পল্লবদা অনুমান, প্রতীপ, পরিসংখ্যা, যথাসংখ্য, সমুচ্চয়, সমাধি অসিনচিংবা।

**৫। গূঢ়ার্থপ্রতীতিমূল** (মনুংগী অর্থ খংবনা মরু ওইবা) ঃ-

অলঙ্কারশিং অসিদা মপাম্থোঙগী অর্থগী মহুত্তা মনুং ওইবা অর্থ লৌববু উৎলি। কাঙলুপসিগী অলঙ্কার খরদং পল্লবদা - ব্যাজোক্তি, সূক্ষ্ম, মুদ্রা, স্বভাবোক্তি অসিনচিংবা।

## উপমা

তোঙান-তোঙানবা পোৎশক অনী অমগা-অমগা মান্নবা মতৌ চাংদম্নবা উৎপবু উপমা অলঙ্কার কৌই।

খূদম — থাজগুম ফজরবা মায়থোংনি।

মতাং অসিদা মাযথোংগী ফজবা অমসুং থাজগী ফজববা মওঙগা অনী অসি নক্লনা পুশিন্দুনা চাংদম্নবি। অদুনা মতাং অসিদা উপমা অলঙ্কার লৈরে।

উপমাগী মরু ওইবা কয়াৎ মরি লৈ। মদুদি — ক) উপমেয়, খ) উপমান, গ) বাচক শব্দ অমসুং ঘ) সাধারণ ধর্ম্ম।

(ক) চাংদম্নগদৌরিবা মীশক নৎত্রগা পোৎশক অদু উপমেয়নি।

(খ) চাংদম্নফম ওইরিবা মীশক নৎএগা পোৎশক অদু উপমাননি।

(গ) চাংদম্নবদা ফোঙদোক্লিবা বাহৈবু বাচক শব্দ কৌই।

(ক) চাংদম্নগদৌরিবা অমসুং চাংদম্নফম ওইরিবা অনীমক্কী মান্নবগী মতৌ অদুবু সাধারণ ধর্ম্ম কৌই।

কয়াৎ মরি অসিগী খূদম অমত্তং যেংসি ঃ-

থাজগুম ফজরবা মায়থোংনি।

মথক্কী ৱাহৈ পবেং অসিদা 'মায়থোং' হায়বসি চাংদম্নগদৌরিবা পোৎশক ওইবনা উপমেয়নি। 'থাজ' হায়বসিনা চাংদম্নফম পোৎশক ওইবনা উপমাননি। 'গুম' হায়বা ৱাহৈ অসিনা চাংদম্নবদা ফোঙদোক্লিবা ৱাহৈ ওইবনা বাচক শব্দনি। অদুগা চাংদম্নগদৌবিবা অমসুং চাংদম্নফম ওইরিবা পোৎশক অনীমক্কী মান্নবগী মতৌদি 'ফজবা' হায়বসিনা ওইবা মরন্না মসিবু সাধাবণ ধর্ম্মনি হায়না খঙগনি।

উপমা অলঙ্কাব অসি অমুক মক ওইনা মখল অনী থোক্লা লৈরি। মদুদি ঃ-

**ক) পূর্ণোপমা খ) লুপ্তোপমা।**

**ক) পূর্ণোপমা** — উপমাগী কয়াৎ মরিমক অমত্তা চিখদনা মপূঙ ফানা বর্ণন তৌববু পূর্ণোপমা কৌই।

খূদম — থাজগুম ফজরবা মায়থোং।

মতাং অসিদা উপমা কয়াৎ মবিমক হায়বদি মায়থোঙ = উপমেয়, থাজ = উপমান, গুম = বাচক শব্দ অমসুং ফজবা = সাধারণ ধর্ম্ম য়াওরি। মরম অদুনা পূর্ণোপমা অলঙ্কার ওইরে।

**খ) লুপ্তোপমা** -- উপমাগী কয়াৎ মরিগী মনুংদা অমা নৎত্রগা খর লোৎশিন্দুনা থম্বা অলঙ্কারবু লুপ্তোপমা কৌই।

খূদম -- থাজগুম্বা মায়থোং।

মতাং অসিদা মায়থোং = উপমেয়, থাজ=উপমান অমসুং গুম্বা=বাচক শব্দ অহুমসিতমক য়াওই, সাধারণ ধর্ম্ম য়াওদবা মরম্না লুপ্তোপমা ওইরে।

মথক্কী মরু ওইবা মখল অনী অসিতা নত্তনা উপমাগী মখল কয়া অমসু লৈরি, মদুশিং অদুদি নৈনজদ্রে।

## রূপক

করিগুম্বা পোৎশক নৎত্রগা মীশক অনীগী মান্নবগী মতৌদু হেনমনবদগী অমত্তনি হায়না উৎপদা লৈবা অলঙ্কারবু রূপক অলঙ্কার কৌই।

খূদম -- কৃষ্ণগী মায়থোং থম্বালসি য়েংঙু।

খূদম অসিদা কৃষ্ণগী মায়থোং (উপমেয়)বু থম্বাল (উপমান)গা অমত্তা ওইনা খেন্নবা লৈতনা লৌহন্দুনা রূপক অলঙ্কার লৈহল্লি।

রূপক অলঙ্কারগী মখল কয়ামরুম লৈ। মখোয়দুগী মনুংদা ক) সাঙ্গরূপক, খ) নিরঙ্গরূপক, গ) পম্পরিত রূপক।

## উৎপ্রেক্ষা

করিগুম্বা পোৎ অমা নৎত্রগা মীশক অমবু অতোপ্পা অমদা ওইবা য়াই নৎত্রগা মান্নবা য়াই হায়না কল্পনা তৌববু উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কাব কৌই।

খূদম -- থম্বাল মানবা মীৎস্না।

মতাং অসিদা 'মীৎস্না' উপমেয়বু 'থম্বাল' উপমান ওইনা নমদুনা 'মানবা' হায়বা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার লৈহল্লি।

উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার অসিগী মরু ওইবা মখল অনী লৈ। মদুদি - ক) বাচ্যোৎপ্রেক্ষা খ) প্রতীয়মানোৎপ্রেক্ষা।

**ক) বাচ্যোৎপ্রেক্ষা** -- 'গুম', 'মাল্লে', 'গুম্মী', 'ওইবমাল্লে' অসিনচিংবা ওইবা য়াবা খঙনবা ৱাহৈশিংনা খঙহনবা অলঙ্কারবু বাচ্যোৎপ্রেক্ষা অলঙ্কাব কৌই।

অমসুং উপমেয ওইগদবা 'নংগী শাজৎ' পু উপমান ওইনা বর্ণন তৌবনা প্রতীপ অলঙ্কার লৈরে।

## সন্দেহ

উপমেয় অমসুং উপমান য়াম্না মান্নমনবদগী মশক খঙবা ঙমদবা অদুগুম্বা চিংনবা মওঙ অদুবু সন্দেহ অলঙ্কার কৌই।

খূদম — ইমাঙদা উরিবা অঙৌব'সে হিমালয়গী মতোল্লা?

পদ্মাসনদা ফমদুনা ধ্যান তৌরিবা শিবরা?

মতাং অসিদা অঙৌবা পোৎশক উপমেয় অসি হিমালয়গী মতোন উপমান নৎত্রগা ধ্যান তৌরিবা শিব উপমান ওইরমগদ্রা হায়না চিংনবা লৈবনা সন্দেহ অলঙ্কার লৈরে।

## একাবলী

মথক-মথক্কী মরু ওইবা ৱাহৈগী থোইদোকপা মগুণবু মথং-মথং মখা-মখাগী ৱাহৈনা মাঙ-তুং তাইশিন্নবা অলঙ্কারবু একাবলী অলঙ্কাব কৌই।

খূদম — ঈশিং লৈরমদে থম্বাল শাৎতবা।

থম্বাল লৈরমদে খোইমু তোংদবা।

খোইমু লৈরমদে ঈশৈ শক্তবা।

ঈশৈ লৈরমদে পূক্নীং হূদবা।

মতাং অসিদা থম্বালনা মাঙগী ঈশিংগী, খোইমুনা মাঙগী থম্বালগী, ঈশৈনা মাঙগী খোইমুগী অমসুং পূক্নীংনা মাঙগী ঈশৈগী মথং-মনাউ নাইনা মগুণ ফোঙদোকপা মরম্না একাবলী অলঙ্কার ওইহল্লি।

## কারণমালা

ৱাহৈ পরেংদা মমাঙ-মমাঙগী পোৎশক্না মতুং-মতুংগী পোৎশক্কী মরম মথং মথং ওইহন্দুনা মরম পবেং অমা শেম্ববু কারণমালা অলঙ্কার কৌই।

খূদম — মহৈ হৈরগা জ্ঞান লৈরকই,

জ্ঞান লৈরগা নোল্লুক্না চৎলি।

নোল্লুক্না চৎপনা মীনা চানবি।

মতাং অসিদা মহৈনা জ্ঞান ওইবক্লবা, জ্ঞান্না নোল্লুকপা ওইবক্লবা, নোল্লুকপনা মীনা চানবা

(নুংশিনবা) ওইবরুবা মবম মথং-মথং ওইনদুনা পবেং শেম্বনা কারণমলা অলঙ্কাব লৈরে।

## দীপক

হায়নীংবা বাফম (প্রস্তুত) অমসুং নাকোয়ননা হায়রোইদবা বাফম (অপ্রস্তুত) অনীবু শাজৎ (ধর্ম্ম) অমত্তনা তিলহনবা অলঙ্কারবু দীপক অলঙ্কাব কৌই।

খূদম - নুপী অমসুং অঙাংদি মহৌশানা পঙবনি

মতাং অসিদা নুপী প্রস্তুতনি অমসুং 'অঙাং' না অপ্রস্তুতনি। অনী অসিবু 'পঙবনি' হায়বা শাজৎ (ধর্ম্ম) না তিনহন্দুনা কোনশিনবা মবন্না দীপক অলঙ্কার লৈরে।

## সমাসোক্তি

পোৎশক নৎত্রগা মীশক অমগী লমচৎ-শাজৎপু অপান্নবা হাযবগী মহুত্তা মান্নবা অতোপ্পা অমদা থৈজিন্দুনা হায়রগা পোৎশক নৎত্রগা মীশক অদুদা পালহনবা অলঙ্কাববু সমাসোক্তি অলঙ্কার কৌই।

খূদম – হে মলয়া নামিবা,
নীংথিবী নুজাগী থাখুমফিবু,
হাইদোক্কুনা হকচাং কয়াৎপূম্বা,
ঈথক কানা কোনবা হরাওনা,
করি পূণ্যনা ফঙলিবা নহাক্না।

মতাং অসিদা কনাগুম্বা নুপা অমনা কনাগুম্বী নুপীজা অমগী থাখুমফিবু হাইদোক্কুনা কোনবা মতৌদু নুংশীৎনা ফি-রোল হাইদোক্কুনা হকচাংদা যৈবা মতৌগা মান্নবদগী নুংশিৎতা থৈজিন্দুনা হায়রগা মচেক্না য়ৈদুনা নুপা অদুদা পালহনবা মরম্না সমাসোক্তি অলঙ্কাব লৈহল্লি।

## মরিশুবা পন্দুপ

# গুণ-রীতি সম্প্রদায়

সম্প্রদায় অসিগী মিংথোলদা 'গুণ' হায়বা ৱাহৈ অসি ইহান হান্না পল্লম্বা আচার্য়দি ভরত মুনিনি। গুণ হায়বসি করিনো অমসুং মসিগী থৌদাংগী মরমদা ভরত মুনিনা মাগী *নাট্যশাস্ত্র*দা কাব্যদা চঙগদবা গুণ অসি তরানি হায়না তাক্লম্মী, মদুদি ঃ-

১) **শ্লেষ** হায়বদি পাল্লিবা অর্থ অমগী ৱাহৈ কয়ামুক শীজিন্নবা,

২) **প্রসাদ** হায়বদি লায়না খঙবা য়াবা ৱাহৈ শীজিন্নবা,

৩) **সমতা** হায়বদি লৈতেংগা গুণগা চাং মান্ননা লৈবা,

৪) **সমাধি** হায়বদি উপমানচিংবনা ফোঙদোকপা অর্থ ময়াম শমজিন্না উৎপবুনি,

৫) **মাধুর্য়** হায়বদি হন্না হন্না হায়রবসু পূক্নীং অপেনবা লৈতনা নুংঙাইহববুনি,

৬) **ওজ** হায়বদি কন্থা-হৈথানবা ৱাহৈশিং শীজিন্নদুনা অৱাংবা বাখল ফোঙদোকপবুনি,

৭) **সৌকুমার্য়** হায়বদি হায়বদা লায়বা নীংথিবা অর্থ শাগোন্নরবা সন্ধি তৌরবা পরেংশিংবুনি,

৮) **অর্থব্যক্তি** হায়বদি পামজবা অর্থশিং লৌবা য়াবা পরেংশিংবুনি,

৯) **উদাত্ত** হায়বদি অকক্নবা অর্থ ময়াম পাক-শন্না য়াওবা ফজবা ৱাহৈশিংগী পরেংবুনি।

১০) **কান্তি** হায়বদি নীংথিবা ৱাহৈগী অর্থনা পূক্নীংগা নাকোংগা নুংঙাইহনবা শৈরেংবুনি।

মসিগী মতুংদা ভামহনা ভরতকী গুণ তরা অদু য়ানীংলমদে। অদুনা মহাক্না গুণবু মখল অহুম হায়বদি মাধুর্য়, ওজ অমসুং প্রসাদকী মরমদা পল্লম্মী।

**মাধুর্য়** — তাবদা খোয়থুম্নবা অমসুং থম্মোয় পেনবা, পূক্নীং হরাও-তুজুংনহনবা ৱাহৈ-ৱাতাশিংনা পোক হনবা কাব্যগী গুণ অদুবু মাধুর্য় হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা

মাধুর্য গুণ অসিগী ফীভম অসি শৃঙ্গার বসতা থোইদোক-হেন্দোক্লা লৈ।

**ওজ** থম্মোগদা অকনবগী ঈহন, থৌনা লিংজেন পোকহনবা কাব্যগী গুণ অদুবু ওজ গুণ কৌই। অসিগুম্বা ওজ গুণ অসিগী ফীভম অসি বীব বসতা থোইদোক হেন্দোক্লা লৈ।

**প্রসাদ** । মমব্ পাবদা অইনবগী বাখল অমদি পান্দম অদু অপাবা অমদি [illegible] হৌরাই লাযনা খ[illegible] দুবু প্রসাদ গুণ কৌই। গুণ অসি [illegible] রস খুদিংমক [illegible] বা লেত্রনা শীজিন্নবা যাবা মবন্না মাধুর্য অমসুং ওজ গুণদগী পাকশনবা হেল্লি। মসিব কনাগুম্বা আচার্যশিংনা গুণবাজ হায়না কাওবা [illegible]।

মথক্কী আচার্য অনী অসিগী মতুংদা [illegible] আচার্য বামণনাদি [illegible] গুণ [illegible] অসি যানী না উৎপগা [illegible] বাহেগী ওইবা গুণ অমসুং অর্থগা ওইবা গুণ [illegible] গুণ মখল তরা তরা পুন্না কুল শুহল্লম্মী। মথক্কী বামনগী বাফম অসি [illegible] যানাংদবগা লোগননা গুণ অসি ম ও৬ অমদা মখল অহুম থোক্লা হাযবদি ম[illegible] ওইব গুণ, মনুংগী ওইবা [illegible] অমসু অখন্নবা গুণ হাযনা খাযদোক্লম্মী। অদুগা [illegible] পল্লম্বা গুণগী মতাং অসি মম্মট, হেমচন্দ্র, বিশ্বনাথ অচার্যশিং অসিনা যান্না কন্না [illegible]। উৎলম্মী। মখোগনা ভবত, বামন, ভোজবাওনা পল্লম্বা গুণ মযাম অসি [illegible] পুথোক্লম্বা গুণ মখল অহুম অসিগী মনুংদা থম্বা যাই হাযনা মত ফোংদোক্লনম্মা অসূন্না গুণবু মখল অহুমনি হাযবসি অযাম্বা আচার্যশিংনা যানদুনা চংনবি।

মথক্তা পনখিবা গুণ অহুম অসি কাব্যদা চঙব্রা যাদ্রবা মচল অমনি। মসিগা ব সকা অপাননবা তৎন থানবা যাদ্রবা মবী অমা লৈনবিবনি।

'রীতি' হাযবা বাহৈ অসি সংস্কৃত ৱাহৈনি। মসিগী অর্থনা রীঙগতৌ চৎপগী অর্থ পুবা 'রীঙ' ধাতুদা 'ক্তিন' হাযবনা প্রতয তৌবগা শেম্নবনি। মসিনা পুবিবা অর্থনা 'লম্বী' হাযবনি। মসিবু আচার্য বামননা ৮ শুবা চহীচাগী অহানবা তাঙ্কক অদুবাইদা কাব্য নৈনবগী মনুংদা পুশিল্লক্কনা ফোঙদোকপগী লম্বী হাযবদি বাহৈ পবেং লেংশিনবগী মওঙ মতৌ শৈলী (Style) ওইনা লৌবকই। মহাক্না মাগী *কাব্যালঙ্কাবসূত্রবৃত্তি* দা "রীতিআত্মা কাব্যস্য" হাযবদি রীতিনা কাব্যগী থৱাযনি। মখা তানা অমুক্তা "বিশিষ্টা পদবচনা রীতি" হাযবদি অখন্নববা নীংথিজববা ৱাহৈনা ফোঙদোকপা নৎত্রগা লেংশিনবা গুণদা যুম্ফম ওইবা মওঙদু রীতিনি। মহাক্না গুণ অমসুং রীতি অনী অসি মতম পুন্নমক্তা তৎন-থানবা তৌদনা লোযনদুনতা লৈবা

**অমত্তমক** লৈব। ঋাদবা অমনি হাযবন্মী। অসূন্না মহাক্লা বীতিগী মবমদা যাম্না কুপ্পা পরিভাষা পীরম্বনা মহাকপু সম্প্রদায় অসিগী লমযানবনি হাযনা লৌনবি। মহাক্কী মমাঙদা রীতিগী মরমদা পল্লমদবা অচার্য লৈতবদি নত্তে। তৌইগুম্বসুং মখোযনা বামনগুম্না ময়েক শেংনা মচল শুনা পল্লমদবনা লমযানবগী মিংথোন পীবমদে।

আচার্য বামনগী মমাঙদা খৃষ্টগী চহীচা মঙাদা বানভট্টনা মাগী *হর্ষচবিত*তা কাব্যদা ফোঙদোকপগী মওঙ-মতৌ হাযবদি বীতিবু লমগী মীৎযেংদা মখল মবি থোক্লা খায়রম্মী। মদুদি ঃ-

১) **উদীচ্য** — অবাংলোমগী মীশিংনা অর্থ অনী অনী চৎপা ৱাহে যাওবা লোন্দা শীজিন্নবা।

২) **প্রতীচ্য** – নোংচুপলোমগী মী ওইশিংনা অর্থদমক পাম্নবা মওঙ।

৩) **দাক্ষিণাত্য** – মখাবোমগী মীওইশিংনা অলঙ্কাবদমক পাম্নবা মওঙ।

৪) **গৌড়** নোংপোক্কী মীওইশিংনা ময়েক্কী মাযকৈদা থবায যাওবা মওঙ।

৭শুবা শতাব্দীদা ভামহনা 'বীতি' বু 'মার্গ' হাযনা শীজিন্নদুনা মার্গ মখল অনীদমক পুথোক্লম্মী। মদুদি –

১) **বৈদর্ভ মার্গ** – বৈদর্ভ লৈবাক্কী কবিশিংনা শীজিন্নবম্বা পোৎ নৌবা ৱাহে-ৱাতা অর্থ মফোঙদোকপুনি।

২) **গৌড মার্গ** – নোংপোক অমসুং মখা মাযকৈবোমগী খোম্লোক্কী ওইবা তাবদা নুংঙাইবা অর্থ লৈতবা বাহৈ যাম্না যাওবা মফোঙদোকপুনি।

দণ্ডীনা ৮শুবা চহীচাদা ভামহনা পুথোক্লম্বা বৈদর্ভ মার্গ অমসুং গৌড মার্গ অসি শৌগৎপগা লোযননা গুণ ও বাগা তৎন থানবা যাদ্রবা মবীনি হাযবম্মী। অদুগা ৯শুবা চহীচা যৌবকপা মতমদদি বামননা বৈদর্ভ মার্গ অমসুং গৌড মার্গ অসিগী মথক্তা পাঞ্চাল প্রান্তবোমদা ফংবা খৃৎইগী মওঙ 'পাঞ্চালী' কৌবা অমগা হাপচিন্দুনা 'মার্গ' নৎত্রগা 'বীতি' বু মখল অহুম থোক্লা পুথোক্লম্মী। বামননা অসিগুম্নবা বীতি হাযবিবা ফোঙদোকপগী খৃৎই মওঙ অসিনা কাব্যগী অত্মানি হাযনা থাজবম্মী। রুদ্রটনসু বামননা হার্যাবিবা বীতি অহুম অসিগী মথক্তা 'লাটাযা' হাযবা (লাট লৈবাক্তা চৎনবা লোন্দা) মখল অমগা হাপচিন্দুনা বীতিবু মখল মরিনি হাযনা তাক্লম্মী। ১০শুবা চহীচাদা বাজশেখবনা বীতিবু প্রবৃত্তি অমদি 'বৃত্তি' গা অচেৎপা মবী লৈনৈ হাযনা মত ফোঙদোবকই। মহাক্লা বীতিবু বাঙাং-শাঙাংগী মওঙবুনি, প্রবৃত্তিনা ফিজেৎকী মওঙবুনি অমসুং বৃত্তিনা হবাও-তযাম্বা ফোঙদোকপগী মওঙ ওইনা লৌবি। অদুগা বীতিগী

মখলবুনা গৌডী, পাঞ্চালী অমসুং বৈদৰ্ভী অহুমসিদমক যানীংলম্মী। ১১শুবা চহীচাদা ভোজবাজনা হায়গী বৈদৰ্ভী, গৌডী, পাঞ্চালী বীতি মখল অসিদা 'আবন্তিকা' অমসুং 'মাগধী' হাযবা বীতি মখল অনী অসি হাপচিনবা পাম্লম্মী। অদুবু মতুং তাবকপা আচার্যশিংনা যানীংলমদে। ১১শুবা চহীচাদা কুন্তকনা বীতিবু মখল অহুমথোক্লা খাযদোক্লম্মী মদুদি ১) **সুকুমার মার্গ,** ২) **বিচিত্র মার্গ** অমসুং ৩) **মধ্যম মার্গ**।

১) সুকুমার মার্গ হাযবদি নস চেনবা থম্মোযদা খোযথুম্নবা অর্মাদি খঙবদা লাযবা মওঙগী খৃৎইবু খঙনৈ।

২) বিচিত্র মার্গ হাযবদি অলঙ্কারশিংনা যাওবা, বাক্যে বাতা খনা খন্দুনা থকৎহনবা শেম শাবা মওঙগী খৃৎইব খঙনৈ।

৩) মধ্যম মার্গ হাযবদি সুকুমার অমদি বিচিত্র মার্গ অনী অসি পুনা মাংনা যানশিন্নদুনা ইবা খৃৎইগী মওঙব খঙনৈ।

মথক্তা থমখিবা বীতিগী মবনদা ভামহদগী আচায কুন্তক ফাওনদা ... তোঙানবা আচার্যশিংনা মাগী মাগী মত অমসুং ... খাযদুনা বীতিবু মখল ... খোক্লা খাযদোক্লম্মী। অদুব হৌজিক যাওনদা মযাম্না যানবিবা বীতি মখল অসি অৰুমি। মদুদি বৈদৰ্ভী, গৌডী অমসুং পাঞ্চালী। অসিগুম্বা বীতি অমদি বীতিগী অমগু ওইনা লোযনদুনা লৌববা গুণ হাযবা কাব্যগী মচল অসি কাব্যগী থবাযনাক্লি হাযনা কাঙলূপ অমা কাব্য নৈনবোলদা বীতি নৎত্রগা গুণ বীতি সম্প্রদায হাযনা মযাম্না খঙনবিবাসনি। কাঙলূপ অসিগী বাখল্লোন গুণ বীতনা কাব্যগী থবাযনি হাযবসিমক্তি মযাম্না যানবা হাযবদুদি ওইদ্রে।

মঙাশুবা পন্দুপ

# ধ্বনি সম্প্রদায়

ধ্বনি হায়বা ৱাহৈ অসি সংস্কৃতকী 'ধ্বন' ধাতুদা 'ই' প্রতয় তৌরগা শেম্বা ৱাহৈনি। মসিগী মপাম্বোঙগী ওইবা অচম্বা অর্থদি খোঞ্জেলবুনি হায়বদি থোক্লিবা মখোল অদুবুনি। মসিবু সাহিত্য নৈনবগী লমদাংদা ইহান হান্না পথাপ অমা ওইনা হৌদোক্লম্বা আচার্যদি ৯শুবা চহীচাদা লৈরম্বা আনন্দবর্দ্ধননি। সাহিত্য নৈনবগী লমদাংদা আচার্য অসিনা লৌরিবা নৎত্রগা পুরিবা অর্থদি করিগুম্বা ৱাহৈ অমগী মপাম্বোঙগী ৱাহৈগী অশেংবা অর্থদু নত্তবা মনুংগী ওইবা হায়বনা অমা হায়রগা অর্থনা অমা ওইনা লৌবা থক্তোরকপা অর্থ অদুবুনি। মতাং অসিবু আনন্দবর্দ্ধননা মাগী *ধ্বন্যালোক* তা অসূন্না হায়রি ঃ-

> য়ত্রার্থ: শব্দো ৱা তমর্থমুপসর্জনী কৃতস্বার্থৌ।
>
> ব্যংক্ত: কাব্যবিশেষ: স ধ্বনিরিতি সুরিভি: কথিত: ।।

শব্দ অমসুং অর্থনা মখোয়গী অশেংবা অর্থ অদু নত্তবা ইতোপ তোপ্পা নুংগী থক্তোরকপা অর্থ অমা ফোঙদোক্লবদি মদুবু কাব্যদা ধ্বনি হায়না খঙনৈ। খূদম ওইনা ''নুমিৎ তারে'' হায়বা ৱাহৈ পরেং অসিদা ঐখোয়না অর্থ অনী থোক্লা লৌবা য়াই। মদুদি — অহানবদা নুমিৎ কৌবা গ্রহ অমা মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈখিদুনা মমশিল্লকপবু খঙনৈ। অদুগা অনীশুবা অর্থনা ইমুং-মাঙ্গোন লোইশিনবা, শান্নরিবা অঙাংশিংবু মখোঙ-মখূৎ হাম্বীদুনা লাইরিক পাহন্নবা থৌরাঙ তৌবা, সন্ধ্যাগী ধূপ-থাওমৈ থাদুনা লাইগী থৌরম তৌবা অসিনচিংবা থবকশিং পাঙথোক্লবা তাকপা অর্থ অসিবুনি কাব্যগী ধ্বনি হায়রিবসি।

আনন্দবর্দ্ধনগী মতুং ইনবা ওইনা ১১শুবা চহীচাদা অভিনবগুপ্তনা মাগী *ধ্বন্যালোক-লোচন* কৌবা লাইরিক অমা ইরক্তুনা আনন্দবর্দ্ধনগী ৱাফমবু শৌগৎলম্মী। মহাক্না ভরত মুনিগী রস অমসুং আনন্দবর্দ্ধনগী ধ্বনি অনী অসিগী মরী য়াম্না নকশিন্নহনখি। মসিমক্না ধ্বনিবু কাব্যগী জগৎতা আসন চাওনা ফঙলিবনি অমসুং মতুংদা লাকপা আচার্যশিংনা *ধ্বন্যালোক-লোচনু* বু আনন্দবর্দ্ধনগী *ধ্বন্যালোক* তগী হেন্না মরু ওইবা অমনি হায়বা ফাওবা য়ানখি।

অভিনবগুপ্তগী মতুংদা আচার্য মম্মটনসু মাগী *কাব্যপ্রকাশ* ইদুনা ধ্বনিবু য়াম্না কন্না শৌগৎলম্মী। মহাক্না অসুম্না ইরি ঃ-

ইদমুত্তমমতিশায়িনি ব্যঙ্গে বাচ্যাদ্ ধ্বনির্বুধৈঃ কথিতঃ।

শব্দগী মশাগী ওইবা অর্থ হায়বদি বাচ্যার্থগী মনুংদগী অতোপ্পা পূক্লীং হূবা অর্থ রমণীয়ার্থ থোক্লকুনা মশাগী ওইবা অর্থগা চাংদম্নরুবদা হেন্না পূক্লীং হূনা ফজনীংঙাই ওইবা চমৎকারপূর্ণ ওইবা মওঙবু ধ্বনি কাব্য হায়না কৌগনি।

মসিগী মতুংদা ১৪শুবা চহীচাদা বিশ্বনাথনা মাগী *সাহিত্যদর্পণ* ইদুনা ধ্বনিগী মরমদা নীংথিনা শৌগৎলম্মী।

বাচ্যাতিশায়িনী ব্যঙ্গে ধ্বনিস্তত্কাব্যমুত্তমম্।

অচম্বা অর্থদগী মচেক্লা য়ৈদুনা ফোঙদোকপা পূক্লীং শুম্বাৎনিঙাই ওইরবা কাব্য অদুবু ধ্বনি কাব্যনি হায়রম্মী।

অদুগা ১৭শুবা চহীচাদা পণ্ডিতরাজ জগন্নাথনা মাগী *রসগঙ্গাধর* ইদুনা ধ্বনিবু য়ানীংবা উৎলম্মী। মহাক্না ধ্বনি পথাপপু হায়বদি ধ্বনিনা শরুক য়াম্লবা কাব্যবু খ্বাইদগী অথোইবা উত্তম কাব্যনি হায়না ফোঙদোক্লম্মী।

## ধ্বনি মখল

হৌজিক ফাওবদা ভারতকী আচার্যশিংনা ধ্বনিবু মরু ওইনা মখল অনীথোক্না খায়দোকই – ১) **অভিধামূলক** অমসুং ২) **লক্ষণামূলক**।

১) অভিধামূলক – মসিবু বিবক্ষিতান্যপরবাচ্য হায়নসু খঙনৈ। ৱাহৈগী মশাগী ওইবা অচম্বা অর্থ হায়বদি বাচ্যার্থ চঙদবা য়াদবা ধ্বনি অদুবু অভিধামূলক ধ্বনি কৌই।

অভিধামূলক ধ্বনি অসি অমুক মখল অনী থোক্লা লৈরি। মদুদি –

ক) সংলক্ষ্যক্রম **ধ্বনি** অমসুং খ) অসংলক্ষ্যক্রম **ধ্বনি**

ক) সংলক্ষ্যক্রম **ধ্বনি** – মসিদা বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গার্থ য়ৌবা ফাওবদা মথং মথং ধ্বনি থোরকপগী অকোন-অহানগী মরী খঙবা ধ্বনি অদুবু সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি কৌই।

সংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি অসি অমুক মখল অনী থোক্না লৈরি।

মদুদি – অ) অলঙ্কার ধ্বনি অমসুং আ) বস্তু ধ্বনি।

অ ) **অলঙ্কার ধ্বনি** -- ফোঙদোক্লিবা পোৎলম অদুগী মশাগী অশেংবা মশক মওঙ অদু নত্তবা অতোপ্পা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া অলঙ্কার শীজিন্নদুনা ওইহনবা ধ্বনিবু অলঙ্কার ধ্বনি কৌই।

অ ) **বস্তু ধ্বনি** -- মশাগী অশেংবা বাফমদমক ফোঙদোকপা অলঙ্কার য়াওদবা ধ্বনিবু বস্তু ধ্বনি কৌই।

খ ) **অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি** -- মসিবু রসধ্বনি হায়রগসু খঙনৈ। মসিদা বাচ্যার্থদগী ব্যঙ্গার্থ য়ৌবগী মথং মথং ওইবা থাক খঙবা ঙমদবা, বাচ্যার্থ অমসুং ব্যঙ্গার্থ মতম চপ মান্ননা থোরক পগুম তৌবা মওঙবু অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি কৌই। মসি ধ্বনিশিংগী মনুংদা মরু ওইবা মখল অমনি। রসাত্মক কাব্য মখল পুন্নমক অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনিগী খূদম ওইনা লৌবা য়াই।

অসংলক্ষ্যক্রম ধ্বনি অসি মখল নিপান থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি ঃ রস, ভাব, রসাভাস, ভাবাভাস, ভাবশান্তি, ভাবোদয়, ভাবসন্ধি অমসুং ভাবশবলতা।

২) **লক্ষণা মূলক** -- মসিবু অবিবক্ষিতবাচ্য ধ্বনি হায়রগসু খঙনৈ। মসিদা বাচ্যার্থ হায়বদি ৱাহৈগী অচম্বা অর্থ অদু লৌদবা অতোপ্পা অর্থ অমা ওইনা লৌবা ধ্বনিবু লক্ষণামূলক ধ্বনি কৌই।

লক্ষণামূলক ধ্বনি অসি মখল অনী থোক্লা লৈ। মদুদি --

ক) অর্থান্তিরসংক্রমিতবাচ্য ধ্বনি অমসুং খ ) অত্যন্ততিরস্কৃতবাচ্য ধ্বনি।

ক) **অর্থান্তিরসংক্রমিতবাচ্য ধ্বনি** -- ৱাহৈগী অর্থনা মতাংগী মতুং ইন্না হায়বদি বাচ্যার্থনা মশাগী অর্থ তাকপগী মহুত্তা অতৈ অতোপ্পা অর্থ (ব্যঙ্গার্থ) তাক্লবদি মদুবু অথান্তরসংক্রমিতবাচ্য ধ্বনি হায়না কৌই।

খ ) **অত্যন্ততিরস্কৃতবাচ্য ধ্বনি** -- ৱাহৈগী মতাংগী মতুং ইন্না কান্নদবদগী বাচ্যার্থনা মশাগী অর্থ পুমথা থাদোক্তুনা পুমওন ওন্নবা অতোপ্পা অর্থ ( ব্যঙ্গার্থ) অমা থোকহল্লবদি মদুবু অত্যন্ততিরস্কৃতবাচ্য ধ্বনি হায়না কৌই।

মথক্তা নৈনখ্রিবা ধ্বনি মখলশিং অসি মরু ওইবা খরতং লৌখৎলগা নৈনবনি। মথক্তা নৈনখ্রিবশিং অসিগী মখল মচা মচা খায়দোক্তুনা ধ্বনিবু পুন্না মখল য়াঙ্খেমাথোই শুই হায়না পণ্ডিত রামদহিন মিশ্রনা মত পীরম্মী।

## তরুকশুবা পন্দুপ

# বক্রোক্তি সম্প্রদায়

কাব্য নৈনবগী মতাংদা বক্রোক্তি হায়রিবা সম্প্রদায় অসিগী মরু ওইবা লময়ানবা আচার্য়দি ১১শুবা চহীচাদা লৈরম্বা কুন্তকনি। 'বক্রোক্তি' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থদি 'বক্র' হায়বদি 'নাকোয়ননা' নৎত্রগা 'খোয়না' অদুগা 'উক্তি' না 'হায়বা' পূন্না 'নাকোয়ননা খোয়না হায়বা' হায়না অর্থ হনবা য়াই।

কাব্যশাস্ত্রগী ইতিহাসতা বক্রোক্তিবু নৈনবা হৌদোক্লম্বা আচার্য়দি ৭শুবা চহীচাদা লৈরম্বা ভামহনি। মহাক্না মাগী *কাব্যালঙ্কার* দা বক্রোক্তি হায়বা অলঙ্কার অসিনা অলঙ্কার পূন্নমক্কী হৌরকফম মরুনি হায়রম্মী। মহাক্না বক্রোক্তি য়াওদবা লোন্দা-পুদাদি চুম্নগী মীওইবনা অয়ূক-নুমিদাংদা ঙাংন-শক্নরিবা 'বার্তা' নি হায়না ফাওবা ফোঙদোক্লম্মী। তৌইগুম্বসুং মহাক্না মসিতনা কাব্যগী অত্মা ওইগনি হায়বগী ৱাফমদি পুখৎলমদে।

৮শুবা চহীচাদা লৈরম্বা আচার্য় দণ্ডীনসু বক্রোক্তি হায়বসি য়ারম্মী। মহাক্না সাহিত্যবু মখল অনী থোক্না খায়দোক্লম্মী। মদুদি ঃ- ক) স্বভাবোক্তি অমসুং খ) বক্রোক্তি।

ক) স্বভাবোক্তি — হায়বদি করিগুম্বা পোৎশক অমগী মশাগী অশেংবা শক্তম অদু চুম্না শীংথাবা মওঙবুনি।

খ) বক্রোক্তি - হায়বনা স্বভাবোক্তিদগী লাপথোরকপা হায়বদি পোৎশক অদুগী মশাগী অশেংবা ফিভম অদু তশেংনা হায়বগী মহুত্তা উপমানচিংবা অলঙ্কার কয়া শীজিন্নদুনা ফোঙদোকপা মওঙবুনি। মতাং অসিদা দণ্ডীনা লৌরিবা ৱাফমদি বক্রোক্তিবু চুম্নগী অলঙ্কার মখল অমা ওইনা লৌদে, অলঙ্কার ময়াম য়াওবা মফোঙদোক মওঙ অদুবুনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্নসু বক্রোক্তিনা কাব্যগী আত্মানি হায়বদি হায়রমদে।

আচার্য় বামননা (৮শুবা চহীচা) বক্রোক্তিবু চুম্নগী অখন্নবা অর্থালঙ্কার মখল অমা ওইনতা লৌরম্মী। য়াম্না পাক-চাউনা কোনশিল্লমদে। রুদ্রটসু বক্রোক্তিবু য়াম্না পাক-শন্না শব্দোক্না তাক্লমদে। মহাক্না বামনগী অর্থালঙ্কারগী মহুত্তা শব্দালঙ্কারনি হায়না বক্রোক্তিবু মশক তাক্লম্মী। ধ্বনিবাদী অমা ওইজরবসু ভোজরাজ ১১শুবা চহীচাদা লৈরম্বা আচার্য় অসিনা বক্রোক্তি অসি কাব্যগী ওইবা ৱাঙাংনি হায়না লৌই। মহাক্না 'বচন' বু মীয়ামগী ওইবা লোন্দা অমসুং 'বক্রবচন' হায়বনা কাব্যনি নৎত্রগা কাব্যগী লোন্দানি হায়না মত পীরম্মী। মতাং অসিদা মহাক্না 'বক্রতা' হায়না পল্লিবা অসিদি তশেংনা বক্রোক্তিবুনি। অদুম ওইনমক মহাকসু বক্রোক্তিনা কাব্যগী থৱায়নি হায়বদি হায়রমদে।

বক্রোক্তিবু ময়োল চোংখৎহন্দুনা মহৈ য়ালহল্লম্বা আচার্য়দি ১১শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা কুন্তকনি। মহাক্না মাগী লাইরিক *বক্রোক্তিজীবিত* কৌবা লাইরিক অমা ইদুনা বক্রোক্তিগী মফম অমা কাব্যশাস্ত্রগী মতাংদা অচৌবা ফিদা অমা কনবা ঙমলিবনি। মহাক্না বক্রোক্তিবু অসুম্না মশক তাক্লি ঃ

বক্রোক্তিরেব বৈদগ্ধ্যভঙ্গীভনিতিরুচ্যতে

বক্রোক্তি: প্রসিদ্ধাভিধানব্যতিরেকিণীন বিচিত্রৈবাভিধা,

বৈদগ্ধ্যং কবিকৌশলং, তস্য ভঙ্গীন বিচ্ছিতি:।।

অচম্বা ৱাঙাং হায়বসি অচম্বা মীশিংনা মখোয়গী বাখল ফোঙদোকপা মতমদা শীজিন্নে। অদুগা ফজবা অঙকপা গুণশিংনা তিল্লবা বাহৈ ৱাঙা, নাকোয়ননা হায়বা ৱাহৈ পরেং অদুনা অতাবা মীদা পুক্নীং হূবা নুংশিবা অপেনবা ফাওহনবা ঙম্বা অদু কবি ওইবা মীওইশিংনা মখোয়গী কাব্যদা শীজিন্নে। অদুগুম্বা থাইদোকপা গুণশিংনা তিল্লবা বাঙাংশিংদুবু বক্রোক্তি হায়না কৌই।

আচার্য় কুন্তকনা বক্রোক্তিবু মখল তরুক থোক্না খায়দোক্লুনা নৈনরম্মী। মদুদি — ক) বর্ণবিন্যাস-বক্রতা, খ) পদপূর্বার্ধ-বক্রতা, গ) পদপরার্ধ-বক্রতা, ঘ) বাক্য-বক্রতা, ঙ) প্রকরণ-বক্রতা অমসুং চ) প্রবন্ধ-বক্রতা।

ক) বর্ণবিন্যাস-বক্রতা --- কাব্যগী ৱাহৈশিংগী মনুংদা লৈরিবা বর্ণ হায়বদি ব্যঞ্জণ ময়েকশিংবু সহৃদয়শিংদা নুংঙাইহন্নবগীদমক লেঙশিনবগী মওঙবু খঙনৈ। মসিদা অনুপ্রাস, যমক অলঙ্কারনচিংবা শীজিন্নে। রসকা মতা চান্নবা তাবদা নুংঙাইবা পোকপা অসিনচিংবনা মগুণ ওই।

খ) **পদপূর্বার্ধ-বক্রতা** — পদগী শরুক অসি অনী থোক্লা লৈ। মদুদি — প্রকৃতি অমসুং প্রতয়। কুন্তকনা ৱাহৈগী অহানবা তশ্বায় প্রকৃতি অসিবু পূর্বার্ধ হায়না অমসুং ৱাহৈগী অনীশুবা তশ্বায়গী অরোইবা শরুক প্রতয় অসিবুনা উত্তরার্ধ হায়না কৌই। পদপূর্বার্ধদা কবিগী হৈশিংবা মতৌনা শরুক অসিদা বক্রতা হাপ্লগা লোয়ননা অর্থ মান্নবা ৱাহৈ, চৎনবী ৱাহৈ, বিশেষণ, সমাসনচিংবা, ভাব, লিঙ্গ মান্নমনবদগী খেন্নবা উরক্তবা মওঙগী মফোঙদোক উবা ফংই।

পদপূর্বার্ধ-বক্রতাগী মরু ওইবা মখল নিপান লৈ। মদুদি — ১) **রূঢ়িবৈচিত্র্য-বক্রতা**, ২) **পর্যায়-বক্রতা**, ৩) **উপচার-বক্রতা**, ৪) **বিশেষণ-বক্রতা**, ৫) **সংবৃতি-বক্রতা**, ৬) **বৃত্তি-বক্রতা**, ৭) **লিঙ্গবৈচিত্র্য-বক্রতা** অমসুং ৮) **ক্রিয়াবৈচিত্র্য-বক্রতা**।

গ) **পদ পরার্ধ-বক্রতা** — ৱাহৈ নৎত্রগা পদগী অনীশুবা তশ্বায় নৎত্রগা অরোইবা শরুক প্রতয়দা লৈবা বক্রতা অদুবুনি। মসিগী মনুংদা কাল, কারক, সংখ্যা, পুরুষ, বাচ্য, অব্যয়নচিংবা লৈরিবা বক্রতাগী মওঙশিংবু কোনশিল্লি।

কুন্তকনা পদপরার্ধ-বক্রতাবু মখল তরুক থোক্লা উৎলম্মী। মদুদি - ১) **কালবৈচিত্র্য-বক্রতা**, ২) **কারক-বক্রতা**, ৩) **সংখ্যা নৎত্রগা বচন-বক্রতা**, ৪) **পুরুষ-বক্রতা**, ৫) **উপগ্রহ-বক্রতা** অমসুং ৬) **প্রতয়-বক্রতা**।

ঘ) **বাক্য-বক্রতা** -- ৱাহৈপরেংদা লৈবা বক্রতা অদুবুনি বাক্য বক্রতা হায়রিবসি। কবিনা মাগী কাব্যদুদা মথম্মোয়নুংগী অপাম্বা অনীংবদু ফজনা থেক্ল-খোয়না প্রমাণ-পন্থৈ তৌদুনা পুথোকপা মওঙবুনি।

ঙ) **প্রকরণ-বক্রতা** — কাব্যদা শীংথানরিবা অখন্নবা হীরমশিং, মতাং মচা মচা অমসুং তাংকক্শিংবুনি। করিগুম্বা কাব্য অমগী ৱারীদা অহৌবদগী অরোইবা শরুক ফাওবদা মতাং কয়ামরুম মরী মরী ময়াম শীংথাই। থৌদোক ৱাথোক কযামরুমসু ইনৌ নৌনা কবি মশাগী কল্পনাদা শাদোং ওইরগা পুশিন্দুনা শীংথাই। মোইরাং কংলৈরোন্দা খম্বা-থোইবীগী ৱারীদা ইনৌ নৌনা কুঞ্জমালাগী ৱারী পুশিল্লকপা, অদুগা কালিদাসনা মাগী *অভিজ্ঞান শকুন্তলম* দা মহাভারততা পল্লমদবা দুর্বাসাগী শাপ, খূদোপ মাঙবনচিংবসি কবিগী অনৌবা কল্পনানা মতাং ময়াম থেৎচিল্লকপসি প্রকরণদা লৈবা বক্রোক্তিনি।

চ) **প্রবন্ধ-বক্রতা** — প্রবন্ধ হায়বদি লাইরিক মচেৎ নৎত্রগা তাংকক্ নৎত্রগা অধ্যায় নত্তবা মপূম হাযবনি। প্রকরণদা লাইরিক মচেৎ ওইনা, মতাং নৎত্রগা

তাংকক্ নৎত্রগা অধ্যায়দা লৈবা হায়বদি কয়াৎশিংদা বক্রতা লৈববু খঙনৈ। অদুগা প্রবন্ধ-বক্রতাদদি মচেৎ নৎত্রগা কয়াৎশিংদা লৈবা নত্তবা কাব্য মশা পূম্বদা হায়বদি কয়াৎ ময়ামশিং অসি পূনশিল্লবা অমত্তা ওইবা লাইরিক মপূম অসিগী পাক-চাউরবা বক্রতা অমা লৈরকপগী মওঙবু খঙনৈ।

অসূম্না কুন্তকনা বক্রোক্তিনা কাব্যগী আত্মানি হায়না মাগী অথৌবা মীৎযেং অমদি ৱাখলগী মহৈনা কাব্যশাস্ত্রগী লমখৈদা মাগী অচৌবা ফিদা অমদি ফংখি। তৌইগুম্বসুং মাগী মতুংদা কনাগুম্বা আচার্য অমত্তনা মতুং ইনবা থোক্লকখিদ্রে। মরম অসিনা কনাগুম্বা আচার্যনা বক্রোক্তিবু সম্প্রদাযগী থাক য়ৌবা ঙমদবা সিদ্ধান্তগী থাক্তা লৈবা অমনি হায়না মত পীনরম্মী।

তরেৎশুবা পন্দুপ

# ঔচিত্য সম্প্রদায়

সংস্কৃত বাহৈ 'উচিত' হায়বগী অর্থদি মফম চপ চাবা হায়বনি। অসিগুম্বা উচিত হায়বদি মফম মতা চপ চাবগী মওঙবু ঔচিত্য হায়না কৌই। কাব্যগী মচলশিংগী মনুংদা অমগা-অমগা অৰাৎ-অপা, অথোই-অহেন লৈহন্দনা মতীক মপা চপ চানা মান্নবা মওঙগী অর্থনি। মসিবু কাব্যশাস্ত্রগী লমদাংদা সম্প্রদায় অমগী থাক য়ৌহল্লম্বা আচার্য়দি ক্ষেমেন্দ্রনি। অদুবু মাগী মমাঙদা আচার্য কয়ামরুন্নদি ঔচিত্যগী মরু হুনবা হৌখ্রবনি। ভরত মুনিনা মাগী *নাট্যশাস্ত্র* দা ঔচিত্যগী মরমদা অসূন্না ফোঙদোক্রম্মী ঃ

অদেশজো হি বেষস্তুন শোভাং জনয়িষ্যতি
মেখলোরসি বন্ধে চ হাস্যায়িবোপজাযতে ।।

মতাং অসিদা পাত্র/পাত্রীশিংনা লম লম অদুগী মীওইশিংগা চান্ন-চুনবা ফিজেৎ শেৎ চাগদবনি। খ্বাঙগী লৈতেংবু হকচাংগী অতোপ্পা মফমদা পুশিন্দুনা লৈতেংবদা নোক্নবগী মশক ওইবা পাত্র ওইগনি। মতাং অসিদা পুবিবা ৱাফমদি নাট্যখক্তগী ৱাফম নত্তে। পোৎ পুন্নমক মফম-মতম চানা শীজিন্নরবা মতমদতা লৈতেং ওইবা পোৎ অমসুং মী অদুগী মগুণ হেনগৎলি। মথংদা ভামহনসু কাব্যগী মতাংদা কলাগী ওন্ন-তৈনবা দেশ-কাল কলাবিরোধী দোষকী মতাংদা মফম-মতম পক্কদববু হায়বদি চান্নদববু কাব্যগী চাউববা দোষনি হায়রম্মী। মহাক্না মখা তানা কাজল হায়বসি থোইদোক্না মুরবা অথীবা পোৎশক অমনি, অদুবু মফম চানা নুপীশিংদা য়েক্লবদি কাজলগী অমসুং নুপীদুগী মগুণ হেনগৎলি। আচার্য দণ্ডীনসু কাব্যদা মফম মতম চাদবা পক্কদববু দোষ ওইনা লৌরম্মী। রূদ্রটনসু অনুপ্রাস অমসুং যমক অলঙ্কার শীজিন্নবগী মফম-মতম চাবা চাদবগী মতাংদা শন্দোক্না তাক্লম্মী। মহাক্না কাব্যগী দোয খুদিংমক দোষ ওইদুনা কাব্যগী ফজবা মাঙহনবা নত্তে। দোষশিংসু মফম-মতম চানা শীজিন্নরবদি ফজবা মাঙবগী মহুত্তা মগুণ হেনগৎপা ওই হায়রম্মী।

ধ্বনি সম্প্রদাযগী লমযানবা আনন্দবর্দ্ধননা মাগী *ধ্বন্যালোক* তা ঔচিত্যগী মরমদা য়াম্না কূপ্পা নৈনদুনা মতীক চানা ঔচিত্য সম্প্রদাযগী য়ুম্ফম থোনবা হৌরম্লবনি। মহাক্না কাব্যগী কয়াৎ খুদিংমক্তা বাহৈ, ৱাহৈপবেং, অলঙ্কার, গুণ, প্রকরণ অমসুং প্রবন্ধগী

লমদাংদা মফম-মতম চাবা ঔচিত্য হায়বসি তঙাই ফদ্রবা থাদোকপা য়াদ্রবা মরীনি হায়রম্মী। মহাক্না ঔচিত্যবু অসূন্না মশক উৎলি ঃ-

অনৌচিত্যাদ্ ঋতে নান্যত্, রসভঙ্গস্য কারণম্।

ঔচিত্যোপনিবন্ধস্তু, রসস্যোপনিষত্ পরা ।।

মতাং অসিদা হায়রিবদি মতিক চাদবা (অনৌচিত্য) মতৌ অসিনা রস পোকহনবগী লমদাংদা অকায়বা হায়বদু ওইহল্লি। অদুনা কাব্যদা রস পোকহনবদা ঔচিত্য হায়বসি মরু ওইবা মচল অমনি হায়বা ৱাফম পুখৎলকখি। অসূন্না আনন্দবর্দ্ধনা ঔচিত্যগী মতাংদা অহকপা মীৎয়েং য়েংলল্লবসু ঔচিত্যনা কাব্যগী থৱায়নি হায়রমদবা মরন্না মহাকপু সম্প্রদায় অসিগী লময়ানবনি হায়নদি লৌরমদে।

অভিনবগুপ্তনসু ঔচিত্যগী মরমদা মাগী *ধ্বন্যালোক লোচন* দা অলঙ্কারগী ৱাফম অনী পুখৎলম্মী। মদুদি অহানবদা- লৈতেং ওইগদৌরিবা পোৎশক অদু লৈগদবনি, অনীশুবদা- লৈতেং অদু মফম-মতম মতীক চানা থম্বা অসিনি। মতাং অসিবু মহাক্না অসূন্না ফোঙদোক্লি ঃ-

তথা হ্যচেতনং শবশীররং কটককুণ্ডলাদ্যুপেতমপি নভাতি।

হায়বদি থৱায়না য়াওদ্রবদা ফিজেৎ লৈতেংদুনা করিসু কান্নবা লৈতে। হিংলবসু ফিজেৎ লৈতেংদ্রবদি ফজবা হায়বদু ওইবা ঙমদে। অসূন্না ঔচিত্যগী মচি ওইবা ৱাফমশিং কুন্তক, ভোজরাজ, মহিম ভট্ট নচিংবশিংনা কাব্যদা ঔচিত্যগী মফম অসি চাউনা লৈ হায়বগী ৱাফম পন্নরম্মী।

আচার্য ক্ষেমেন্দ্র অভিনবগুপ্তগী শিষ্যনি। ক্ষেমেন্দ্রনা মাগী গুরু অভিনবগুপ্তনা আনন্দবর্দ্ধননা ঔচিত্যগী মবমদা হায়রম্বা ৱারমশিং রস পোকহনবদা ঔচিত্য অসি মরু ওইবা মচন অমনি হায়বসি মহাকসু য়ারম্মী। অদুবু 'জীবিত' অমসুং 'অত্মা' অনীসিগী ৱাফমসি অভিনবগুপ্তনা মান্নে হায়না লৌজরবসু মহাক্তি খেন্ননা লৌরম্মী। মহাক্না ময়েকশেংনা অসূন্না হায়রি ঃ-

ঔচিত্যস্য চমৎ কারকারিণ শ্চারু চবর্ণে।

রসজীবিতভূতস্য বিচারম্ কুরুতে অধুনা।।

কাব্যগী ফজবগী মতৌবু ঔচিত্যনা মপূঙ ফাহল্লি। অসিগুম্বা ঔচিত্য অসি কাব্যদা য়াওদ্রবদি সহৃদয়শিংগী পূক্নীং চিংশিনবা ঙমদে হাযরম্মী। হায়বিবা চিংশিনবসিনা রসকী জীবিতনি। মহাক্না কাব্যদা রসকী মফম চাউনা হান্না থল্লগা ঔচিত্যগী ৱারম

অমুক পুখং লকপনি। রসনচিংবা কাব্যগী মচলশিংদা ঔচিত্য অসি মরু ওইবা অমা ওনখংপনি। হায়বদি রসনাচিংবা খুদিংমক ঔচিত্যগী ঙমখৈ মনুংদা থম্নবা হোৎনবনি। অমুকসু মহাক্না অসুম্না ফোঙদোকলি ঃ-

ঔচিত্যং রসসিদ্ধস্য স্থিরং কাব্যস্য জীবিতম্।

ঔচিত্য হায়বসি রসনা মহৈ (সিদ্ধ) ওইববা কাব্যগী লেঙনাইদ্রবা মশক্তি। ঔচিত্যগী বাফম অসি আনন্দবর্দ্ধন অমসুং অভিনবগুপ্তনা কুপ্না নৈনদুনা উৎলম্লবসু থবায়নি হায়বমক্তি হায়রমদে। অদুবু ক্ষেমেন্দ্রদি ঔচিত্যনা কাব্যগী থবায়নি হায়বগা লোয়ননা নাংথিবা নিয়ম শেমদোক্তুনা থম্লম্মী। মবম অসিনা মহাকপু ঔচিত্য সম্প্রদায়গী লময়ানবনি হায়রিবনি।

ক্ষেমেন্দ্রনা মাগী *ঔচিত্যবিচারচর্চা* দ অপৌবা মীৎয়েংদা ঔচিত্যবু মখল কুনতরেৎ থোক্লা খায়দোক্লম্মী। মদুদি– (১) পদ (২) বাক্য (৩) প্রবন্ধার্থ (৪) গুণ (৫) অলঙ্কার (৬) রস (৭) ক্রিয়া (৮) কাবক (৯) লিঙ্গ (১০) বচন (১১) বিশেষণ (১২) উপসর্গ (১৩) নিপাত (১৪) কাল (১৫) দেশ (১৬) কুল (১৭) ব্রত (১৮) তত্ত্ব (১৯) সত্ত্ব (২০) অভিপ্রায় (২১) স্বভাব (২২) সার সংগ্রহ (২৩) প্রতিভা (২৪) অবস্থা (২৫) বিচাব (২৬) নাম অমসুং (২৭) আশীর্বাদ।

অসুম্না আচার্য ক্ষেমেন্দ্রনা ঔচিত্যগী মরমদা য়াম্না কুপ্না পাক চাউনা নৈনরম্মী। মসিগী মহৈ ওইনা ঔচিত্যবু সিদ্ধান্ত পূম্নমক্তা য়াম্না মরু ওইবা তঙাইফদনা কাব্যগী মফম, মতম অমসুং মতীক চপ চানা শীজিন্নববতদা কাব্যগী মগুণ হেনগৎলি হায়বসি পূম্নমক্লা য়ানববা ৱাফমনি। তৌবতবু মসিমক্লা কাব্যগী থৱায়নি হায়বদি য়ানদে।

মথক্কী সম্প্রদায় তরুকমক অসি অপৌবা মীৎয়েংদা তোঙান-তোঙান্না উজরবসু অকুপ্পা মীৎয়েংদা য়েংলবদি মরী লৈনবা অমনা অমগী অৱাৎ-অপা মেনথোক মেনশিন তৌনবগী মওঙদা লৈবা ঙাক্তনি। মানা মানা পামজবা সম্প্রদায়গী মতুং ইন্না বসনা আত্মা ওইগনি, অলঙ্কারনা আত্মা ওইগনি, ধ্বনিনা আত্মা ওইগনি হায়বগী ৱাতনি। মখোয়না পুখৎনরম্লিবা ৱাফম খুদিংমক কাব্যদা চঙদবা য়াদবা মচল ঙাক্তনি। অদুনা কাব্যদা সম্প্রদায় তরুকমক্কী মফম চাউনা লৈ। অসিগুম্বা সম্প্রদায় তরুক অসিবু মীৎয়েং অমরোমদা মওঙ অনীদা য়েংবা য়াই। মদুদি -- (১) অলঙ্কার, গুণ-রীতি অমসুং বক্রোক্তি সম্প্রদায় অগুম অসি মপাম্বোঙগী ফোঙদোকপগী মায়কৈদা ওনশিনবা হায়না থম্বা য়াই। (২) রস, ধ্বনি অমসুং ঔচিত্য সম্প্রদায় অগুম অসিনা মনুংগী ওইবা ঈহুল হকথেংনবগী মায়কৈদা ওনশিনবা হায়না থম্বা য়াই।

## নিপানশুবা পন্দুপ

# শব্দ শক্তি

কাব্য শাস্ত্রগী ধ্বনি সম্প্রদাযদা যূস্ফম ওইবা কাব্যদা শীজিন্নবিবা মরু ওইবা ৱাহৈশিংগী মঙল হাযবদি শব্দশিংগী শক্তি অমমম লৈ। মসিবুনি শব্দ শক্তি হাযবিবসি। হায়বিবা শব্দ শক্তি অসি মমুৎ তানা খঙদ্রবদি ধ্বনি সম্প্রদায়বু মশক খঙবদা মমুৎ তাবা ৱাৎকনি লোযননা কাব্যদা শব্দ শক্তিগী মফম যাম্না চাউনা লৈ। মসিনা কাব্যদা তোপ-তোপ্পা মচু মৎেক মহাও অমা হাপ্লিবনি। কাব্যবু মমুৎ তানা খঙবদা শব্দ খঙবগী তঙাইফদবা লৈ। শব্দ অদু খঙলবা মতুংদা অথসু খঙগদবনি। অদুগা শব্দনা করি অর্থ থোকহনবা ঙম্বগে হাযবা শক্তি অমা শব্দশিংদা লৈ। অসিগুম্বা শব্দ অমসুং অর্থ অনীগী মরী অদুবু শক্তি হাযনা খঙনৈ। অসিগুম্বা শক্তি অসি অমুক শীজিন্নবগী মখা পোন্না তোঙান তোঙানবা মান্নদবা অর্থদা চৎহনবা যাই। খূদম ওইনা 'সুন্দরনন্দা কে যাম্না লৈ' মতাং অসিদা কে অসিগী অর্থ অসি যাম্না শাথীবা মখোঙ মরি পানবা শা অমবু খঙনৈ। অদুগা অমুক 'আশুতোষ মুখার্জী বেঙ্গলগী কৈনি' হাযবা অসিদনা কৈগী অর্থ অসি মখোঙ মরি পানবা শাগী মহুত্তা থৌনা ফবা কেগুম্না মরীল খা য়া মীশক অমা ওইনা অর্থ লৌনি। অসুম্না শব্দপনা শব্দ শক্তি হাযবসি শব্দ অমগী মশাদা চেল্লিবা তোঙান-তোঙানবা অর্থ ফোঙদোকপগী পাঙ্গ ওইবা শক্তি অদুবুনি

অহানবদা মথক্তা পানবা শব্দ অসি মখল অহুম থোক্লা লৈ। মদুদি (১) বাচক শব্দ (২) লক্ষক শব্দ অমসুং (৩) ব্যঞ্জক শব্দ। অসিগুম্বা শব্দ মখল অহুম অসিগী অমুক অর্থ মশা মশাগী লৈজে। মদুদি মথং শীৎনা - (১) বাচার্থ (২) লক্ষ্যার্থ অমসুং (৩) ব্যাঙ্গার্থ। অমুকসু মথক্কী শব্দগী অর্থ থোকহনবদা শক্তি অসিসু অহুম থোক্লা লৈবি। মদুদি— (১) অভিধা (২) লক্ষণা অমসুং (৩) ব্যঞ্জনা।

### (১) অভিধা

কবিগুম্বা ৱাহৈ অমগী খ্বাইনা তোযনা মযাম্না খঙনবা শব্দ কোশনচিংবদা য়াওবা অচম্বা ৱাহৈবু বাচক শব্দ হাযনা খঙনৈ। অসিগুম্বা ৱাহৈ অসিগী অচম্বা অর্থবু বাচ্যার্থ হাযনা কৌই। অদুগা অর্থ অসিগী শক্তিবুনা অভিধা শক্তি হাযনা কৌই।

খূদম — সুন্দরবন্দা কৈ য়ান্না লৈ।

মতা অসিদা মব ওইবা বাহৈ 'সুন্দববন' অমসুং 'কৈ' অনী অসিনা মশাগী অচম্বা অর্থ মযান্না খঙনবদগী ৱাংমা লান্না হায়বদি 'সুন্দরবন' জঙ্গল অমগী মমিং 'কৈ' শা অমগী মমিংদগী হেন্না অতোপ্পা অর্থ থোক্তবা মরম্না সুন্দববন অমসুং কৈ অসি বাচক শব্দনি, মসিগী অর্থ জঙ্গল অমসুং মখোঙ মরি পানবা যান্না শাথীবা শা অসিনা বাচ্যার্থনি, অদুগা শব্দ অসিনা থোকহল্লিবা অচম্বা অর্থগী শক্তি অসিনা অভিধা শক্তিনি।

অভিধা শক্তি অসি মখল অহুম থোক্লা লৈরি, মদুদি — (ক) রূঢ়, (খ) যৌগিক অমসুং (গ) যোগরূঢ়।

(ক) রূঢ় — কবিগুম্বা বাহৈ অমগী অপূনবা শক্তম অদু মচেৎ তানা খায়দোকপদা অর্থ লৌবা য়াদবা অদুবু রূঢ হায়না খঙনৈ।

খূদম — 'শন' হায়বা (মখোঙ মরি পানবা শা) ৱাহৈ অসি 'শ' অমসুং 'ন' তোঙান্না খায়দোকপদা মশাগী হান্নগী অর্থ মাঙই।

(খ) যৌগিক — কবিগুম্বা বাহৈগী অপূনবা শক্তম অদু মচেৎ তানা খায়দোক্লবসু তোঙান তোঙানবা মশা-মশাগী অর্থ অমমম লৈজবা অদুবু যৌগিক কৌই।

খূদম - 'থৌনা-ফবা' (মরীল লৈবা) ৱাহৈ অসি থৌনা অমসুং ফবা ৱাহৈ অনীনা পূল্লগা শেম্বনি। মসি তোঙান-তোঙান্না খায়দোক্লবসু মশা-মশাগী অর্থ অমমম লৈজে।

(গ) যোগরূঢ় — কবিগুম্বা বাহৈ অমবু যৌগিককী মওঙদা শেম্বা অর্থদনা রূঢ় ওইবা অদুবু যোগরূঢ় হায়না খঙনৈ।

খূদম — উশোয় (ৱা অনৌবা), ৱাহৈ অসি 'উ' অমসুং 'শোয়' হায়বা ৱাহৈ অনী পূল্লগা উ অনৌবা হায়না অর্থ লৌবগী মহুত্তা ৱা অনৌবা ওইনা লৌবনা যোগরূঢ় লৈরে।

অভিধা শক্তি অসি কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনা মথক্কী অসূন্না খায়দোকপগী মহুত্তা অসূন্না (ক) অমমমগী মিং খঙনবা— হিমালয়, গঙ্গা, নোংশা, রাম অসিনচিংবা, (খ) গুণগী মিং খঙনবা— অচৌবা, অশাংবা, ফজবা অসিনচিংবা, (গ) থবক্কী মিং খঙনবা-

- উবা, পাইবা, য়েংবা অসিনচিংবা অমসুং (ঘ) কাঙলূপকী মিং খঙনবা — অঙাং, শা, উচেক, মী অসিনচিংবা মখল মরি ওইনা খায়দোক্কুনা থম্নরম্মী।

## (২) লক্ষণা

করিগুম্বা ৱাহৈ অমগী মশাগী অশেংবা অকক্কবা অর্থনা লৌশিনবা য়ারক্তদুনা মতাংগী মতুং ইনবা অতোপ্পা খ্বাইনা খঙনবা থক্তোরকপা অর্থ অমা ফোঙদোক্লিবা শব্দবু লক্ষক শব্দ হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা ৱাহৈ অসিগী থক্তোরকপা অর্থবুনা লক্ষ্যার্থ হায়না খঙনৈ। অদুগা লক্ষ্যার্থ অসিগী শক্তিবু লক্ষণা শক্তি হায়না কৌই।

খূদম — আশুতোষ মুখার্জী বেঙ্গলগী কৈনি।

মতাং অসিদা 'কৈ' হায়বা ৱাহৈ অসিগী অর্থ অসি ইচম চম্বা অভিধা শক্তিনা পীবা অর্থ মখোঙ মরি পানবা শা অমগী মহুত্তা য়াম্না থৌনা ফবা কৈগুম্না মরীল খাবা মীশক অমা ওইনা অর্থ লৌবি। অসিগুম্বা অর্থ মরৌ অসিবুনি লক্ষণা শক্তি হায়রিবসি।

লক্ষণা শক্তি অসি মখল অনী থোক্লা লৈ, মদুদি — (ক) ৰূঢ়ি লক্ষণা অমসুং (খ) প্রযোজনবতী লক্ষণা।

(ক) ৰূঢ়ি লক্ষণা — ৱাহৈ অমগী লক্ষ্যার্থ লৌবদা চৎনবী ময়াম্না খঙনবা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা লক্ষণা ওইরকপা অদুবু ৰূঢ়ি লক্ষণা কৌই।

খূদম — রাজপতরায পঞ্জাবকী নোংশানি।

মতাং অসিদা 'নোংশা' হায়বা ৱাহৈ অসি শাথীবা শা অমগী অর্থ লৌদদুনা নোংশাগুম্না শাথীবা থৌনা ফবা বীর অমা ওইনা লৌরি। মরম অদুনা মসি ৰূঢ়ি লক্ষণানি।

ৰূঢ়ি লক্ষণা অসি অমুক মখল অনী থোক্লা লৈরি, মদুদি — গৌণী ৰূঢ়ি লক্ষণা অমসুং শুদ্ধা ৰূঢ়ি লক্ষণা। মসিগী মশক মখা তানা নৈনদ্রে।

(খ) প্রয়োজনবতী লক্ষণা -- করিগুম্বা ৱাহৈ অমগী লক্ষ্যার্থ লৌবদা থোইদোকপা মরম অমনা পাম্বৈ ওইদুনা অর্থ তাহন্নবা শেম্লকপা লক্ষণাবু প্রয়োজনবতী লক্ষণা কৌই।

খূদম — গঙ্গাদা তাবা গোয়ালা খুঙ্গং।

মতাং অসিদা গঙ্গাগী ঈমায়থক্তা খুঙ্গং তাবা য়াদবা মরম্না গঙ্গা শব্দনা গঙ্গা মপান্দা তাবা খুঙ্গংগী লক্ষ্যার্থ লৌরি। ৱাহৈ অসি মতাং অসিদা গঙ্গা মপান্দা তাবা মফম অদুগী

ঈংবা অমসুং শেংবগী থোইদোকপা মরম অমদগী শীজিন্নরকপনি। মরম অদুনা মসিদা প্রযোজনবতী লক্ষণা লৈরে।

প্রয়োজনবতী লক্ষণা অসিগী মরু ওইবা মখল অনী লৈ, মদুদি—(অ) গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা অমসুং (আ) শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা।

মথক্কী গৌণী প্রয়োজনবতী লক্ষণা অমসুং শুদ্ধা প্রয়োজনবতী লক্ষণা অসিগী মখল মচা মচা মশা ওইনা কয়ামরুম খায়দোক্তুনা লৈরি। অদুবু মতাং অসিদা নৈনদ্রে। আচার্য বিশ্বনাথনা প্রয়োজনবতী লক্ষণা অসিবু মখল ৮০ থোক্লা খায়দোক্তুনা য়াম্না কুপ্না নৈনরম্মী।

## (৩) ব্যঞ্জনা

করিগুম্বা রাহে অমগী বাচ্যার্থ অমসুং লক্ষ্যার্থ অনীনা মথং মথং ভাব মপুঙ ফানা লৌশিনবা ওল্লক্তবদগী নাকোয়নবা অর্থ থোকহল্লিবা শব্দবু ব্যঞ্জক শব্দ কৌই। অদুগা অসিগুম্বা ব্যঞ্জক শব্দগী অর্থ অসিবুনা ব্যঙ্গার্থ হায়রগা খঙনৈ অমসুং ব্যঙ্গ্যার্থগী শক্তিবুনা ব্যঞ্জনা শক্তি হায়না কৌই।

খূদম — নঙ ঙসিদি মায়থোং মকা লাম্না উই।

হোয়, ঐগী মায়থোং ঙসিদি মিংশেলনি।

মথক্তা ফোঙদোক্লিবা রাহে পরেং অনী অসিদা অহানবা পরেংদা "নঙ ঙসিদি য়াম্না নুংঙাইবা মাল্লি" হায়বনি। অনীশুবা পরেংদনা পাউখুম ওইনা হায়রকইবা "নঙমক্লি নুংঙাইরিবদি" হায়না খুম্বনি। রাফম অসি অনীমক্লা হায়বদা পন্নবা নত্তে পূমতোপ তোপ্পা অর্থ, বাচ্যার্থ অমসুং লক্ষ্যার্থ নত্তবা, মখোয় অনীমক অর্থ ফোঙদোকপা লেপখ্রবা মতুংদা ব্যঙ্গার্থ ওইনা লৌরকপা অর্থনি।

ব্যঞ্জনা শক্তি অসি মখল অনী থোক্লা লৈ, মদুদি—(ক) শাব্দী ব্যঞ্জনা অমসুং (খ) আর্থী ব্যঞ্জনা।

(ক) শাব্দী ব্যঞ্জনা— অকক্লবা রাহে অমদা য়ুম্ফম ওইবা রাহে অদু অতোপ্পা অর্থ মান্নবা রাহে অমনা মহুৎ শিনবদা অকায়বা লাকপা ব্যঞ্জনাবু শাব্দী ব্যঞ্জনা কৌই।

খূদম — (মথক্কী খূদম অসিগা মান্নে)।

শাব্দী ব্যঞ্জনা অসি মখল অনী থোক্লা লৈরি, মদুদি—(অ) অভিধা মূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা, (আ) লক্ষণামূলা শাব্দী ব্যঞ্জনা। মখল অনী অসি অমুক কুপথনা নৈনদ্রে।

(খ) আর্থী ব্যঞ্জনা — অকক্লবা রাহেদা য়ুম্ফম ওইদবা অতোপ্পা অর্থ মান্নবা রাহে অমনা মহুৎ শিনবা য়াবা ব্যঞ্জনাবু আর্থী ব্যঞ্জনা কৌই।

খূদম — লেঙলক্লে ব্রজগী লম্বীদা
　　　　　থৌরক্লে দোলাইদো, মঙালমক্তা তাদুনা
　　　　　ইঙান ঙাম্লে তাইবঙসে।

মতাং অসিদা কৃষ্ণগী দোলাইনা মালেম পুমঙান ঙানবগী অর্থ থোক্লি। অমুক্তা বাচ্যার্থনা চোংখিদুনা 'কৃষ্ণগী দোলাইবু নুমিৎকুম লংই' হায়বা ব্যঙ্গার্থ থোকহল্লি। মফম অসিদা ব্যঙ্গ্যার্থ অসি অকক্নবা ৱাহৈ অমত্তগী মখা পোন্দবা মরম্না আর্থী ব্যঞ্জনা ওইরে।

আর্থী ব্যঞ্জনা অসি মখল অনী থোক্লা অমুক লৈরি, মদুদি — (অ) অভিধামূলা আর্থী ব্যঞ্জনা অমসুং (আ) লক্ষণা মূলা আর্থী ব্যঞ্জনা। অদুবু মতাং অসিদা মখা তানা কূপ্না নৈনদ্রে।

শব্দ শক্তিগী মখল অসি অপৌবা অমসুং অকূপ্পা মখল মচা কয়ামরুম থোক্লা লৈরি অমদি মখলশিংসিগী মিংথোলগী মতাংদা নৈন মীওইশিং অমগা অমগা মত মান্নদে। তৌইগুম্বসুং শব্দগী শক্তি অহুম, শব্দ অহুম অমসুং শব্দগী অর্থ অহুম অসিগী মতাংদদি পূন্নমক অমত্তা ওইনা য়েৎনবা লৈতনা য়ানরবা ৱাফমনি।

# মাপন শুবা পন্দুপ

## ছন্দ

### ছন্দ হৌরকপা

ছন্দ হাযবা বাহৈ অসিগী হৌনকফম মরুদি সংস্কৃতনি। মসি সংস্কৃতকী বেদাঙ্গ তরুক্কী মনুংদা (শিক্ষা, নিরুক্ত, ব্যাকরণ, জ্যোতিষ, ছন্দ) অরোইবা বেদাঙ্গনি। ছন্দ শীজিন্নবগী মতাংদা যাম্না শাংলবা ইতিহাস অমা লৈ। *ঋগবেদ* গী সূক্তদা উচ্চারণগী মথং মনাও লাকপা অমসুং লৌনশিনবগী মরমদা যাম্না কুপ্না মযেক শেংনা উৎলি। বৈদিক সাহিত্যদা লোনশিংগী উচ্চারণ শেংনা পাবগী মতাংদা কুপ্না নৈনবা উবা ফংই। ব্রাহ্মণশিংনা মশাগী কান্নবা লৌখৎলগা তৌদুনা বেদ মরি (*ঋগবেদ, যজুর্বেদ সামবেদ অথর্ববেদ*) অমসুং বেদাঙ্গ তরুকমক মযেক শেংনা তমদুনা খঙগদবনি। বেদাঙ্গশিং মনুংদসু শিক্ষানা হেন্না মরু ওইনা তম্বগী বাখম পল্লি। মসিদা উচ্চারণগী মরমদা কুপ্না নৈনবম্মী। মরমদি ব্রাহ্মণশিংনা বেদগী মন্ত্রশিং পাবা মতমদা উচ্চারণনচি বদা অশোয়বা লৈহনবা যাবমদে। শিক্ষা হায়বিবা বেদাঙ্গ অসিগী মনুংদা অক্ষর নংত্রগা বর্ণ স্বর, মাত্রা, বল, সম অমসুং সন্তানগা মরমদা কুপ্না মীৎযেং চঙলম্মী। সংস্কৃততা অসিগুম্বা অকুপ্পা মীৎযেং অসি নংত্রবদি কবিগুম্বা হায়নাঙলিবা বাহৈগী অর্থ অদু ওন্নদুনা অতোপ্পা অর্থ অমা ওইনা লৌবা যাবগী ফিভম কযামরুম লৈবকই। অসিগুম্বা উচ্চারণগী ওইবা মওঙ অসি ছন্দগী হৌবকফমনি হায়বদা মতীক চাববা বাফমনি।

আচার্য যাস্কনা মাগী *নিরুক্ত*দা 'ছন্দ' হাযবা বাহৈ অসি 'ছদ' ধাতুদগী শেমখিবনি হায়না ফোঙদোক্লম্মী। মসিগী অর্থনা কুপশিন্দুনা থম্বা, ঙাক শেন্দুনা থম্বা অমসুং পুক্নীং নুংঙাইহনবনচিংবগী অর্থবু খঙহল্লি। অসুম্না ছন্দগী মরমদা লাইরিক কযাদা অমসুং নিরুক্তকার যাস্কনা নৈনবা হৌবল্লবসু অকুপ্পা মওঙ ছন্দবু ছন্দ ওইনা পাক শন্না নৈনবমদে। ছন্দগী মরমদা যাম্না কুপ্না পাক শন্না শাস্ত্রগী থাক যৌনা নৈনবম্বদি সম্রাট অশোক্কী গুরু, পাণিনিগী মনাও পিঙ্গল হায়বিবা আচার্য অসিনি। মহাক্না তৌবম্বা থৌদাং যেংলগা মহাকপু ছন্দশাস্ত্রগী লমযানবা অমনি হায়না লৌনবি। মহাক্না বৈদিক ছন্দদগী লৌকিক ছন্দদনা হেন্না মরু ওইনা থরায যাওনা লৌবম্মী। মসিগী মতুংদা

হেমচন্দ্রনা *ছন্দোৎনুশাসন* কেদারভট্টনা *বৃত্তরত্নাকর* অমসুং ১৫শুবা শতাব্দীদা গঙ্গাদাসনা মাগী *ছন্দোমঞ্জুরী* ইরমদুনা ছন্দশাস্ত্রগী য়াম্না কূপ্পা অমসুং ফজবা ইতিহাস অমা শাগৎলম্মী।

### ছন্দগী পরিভাষা

ৱাহৈ নৎত্রগা ৱাহৈ পরেংবু পাবা নৎত্রগা তাবদা থম্মোয়দা নুংঙাইবা পোকহনবা অকক্লবা নিয়মগী মতুং ইন্না ৱাহৈ লেংশিল্লকপবু ছন্দ কৌই।

খূদম — খাহি লৈবাক লাঙখিদ্রে,
মপাল থোকপা কিনরে,
নুপী অঙাং কর্পাখদ্রে,
মিপাইবনা থগৎখ্রে।

মথক্কী শৈরেং পরেং খরা অসিদা অকক্লবা নিযম অমগী মখাদা ৱাহৈ লেংশিন্দুনা পাবা অমসুং তাবদা নুংঙাইবতা নত্তনা ৱাহৈ ময়াম অসি শর্মাজন্নবকপগী তোপ তোপ্পা ফজবা অমা থম্মোয়দা ফাওই। অসুম্না খোযথুন্নবা অমা পাবগা নৎত্রগা তাবগা থম্মোয়দা ফাওহনবা ৱাহৈ লেংশিনবগী মওঙ অসি ছন্দদা লৈ।

### ছন্দগী মচলশিং

কাব্যদা কবিগুম্বা ছন্দ অমবু মশক মুন্না খঙনবগীদমক মচল কয়ামকম চঙই। মরু ওইবা মচল খরদং পল্লবদা - অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ, মাত্রা, যতি, ছেদ, পর্ব্ব, পর্ব্বাঙ্গ , চরণ, পদ নৎত্রগা পাদ, স্তবক, স্বরাঘাত, লয় নৎত্রগা গতি, তাল, তুক, গণ অমসুং ক্রম অসিনচিংবা।

### অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ

ব্যাকরণগী মতুং ইন্না ৱাহৈগী খ্বাইদগী পীকপা শরুক হায়বদি ময়েকপু অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ কৌই।

খূদম — মণিপুব

মথক্কী খূদম অসিদা ম + অ + ণ + ই + প + উ + র + অ পূন্না অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ নিপান লৈ। অসিগুম্বা ব্যাকরণগী অক্ষর মরৌ অসি ছন্দশাস্ত্রদা চৎনদে।

লৈয়েংনা অমুক্তং খৎপদা হায়দোকপা ৱাহৈগী শরুক অদুবু অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ হায়না ছন্দশাস্ত্রনা খঙনৈ।

খূদম — মণিপুর

মথক্কী খূদম অসিদা ম + নি + পুর পূন্না অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ অসি অহুমনি। অসিগুম্বা

মপুঙগী অক্ষর মরো অসিবুনি ছন্দশাস্ত্রদা অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ হায়বিবসি।

অক্ষর নৎত্রগা বর্ণ অসি মখল অনী শুই, মদুদি – (ক) স্বরনা লোম্বা অক্ষব নৎত্রগা বর্ণ, খুদম - ন, নী, না, বা অসিনচিংবা। (খ) ব্যঞ্জননা লোম্বা অক্ষব নৎত্রগা বর্ণ, খুদম - লাক, খঙ্, রোন্, হায় অসিনচিংবা।

## মাত্রা

খোঙ্গোকঅমা হায়দোকপদা খ্বাইদগী তেনবা মতমগী চাংবু মাত্রা হায়না খঙনৈ। সংস্কৃত ছন্দদা অ ,ই ,উ বু অতেনবা হ্রস্ব স্বর অমসুং আ, ঈ, ঊ, এ, ঐ, ও, ঔ বু অশাংবা দীর্ঘ স্বর হায়না খঙনৈ। অতেনবা হ্রস্ব স্বরবু মাত্রা অমতা ওইনা 'লঘু' হায়না, অশাংবা দীর্ঘ স্বরবু মাত্রা অনী ওইনা 'গুরু' হায়না খঙনৈ। মসিগী অকুপ্পা নিযম অসি মণিপুরীদা থোইদোক্না কৃপথদে। মতা, মতাংগী মতুং ইন্না ৱাহৈগী খোনহায়না মাত্রাগী চাং লেপ্পী। খুদম ওইনা "হো-হো" হায়বা ৱাহৈ অসিদা মাত্রা অনীদমক লৈরি। অদুগা "হো হায়য়ো হৈ হা" হায়বা অসিগী 'হো' দদি মাত্রা অহুম চঙলি। মাত্রাগী মর্শক্তি তাবগী শক্তিনা লেপকদবনি, ইবগী মওঙনা লেপকদবা নত্তে।

## যতি

শৈরেং পাথবকপা মতমদা ছন্দগী খোঙচৎ চুন্না থম্নবগীদমক ৱাহৈ পরেংগী মরীগী তাংকক অমদা খোঙ্গোক্কী ঙাইহাক লেপফম অদুবু যতি কৌই। মসিবু বিবাম নৎত্রগা বিশ্রাম হায়নসু খঙনৈ। যতি অসি অমুক মখল অনী থোক্না লৈবি, মদুদি – (ক) **অৰ্দ্ধযতি** (তঙ্খায লেপফম) (খ) **পূর্ণযতি** (মপূঙ ওইনা লেপফম)। মখাদা অনীমক্কী ওইনা খুদম অমা পীজরি –

মীত্তগী ঈরাদো অমুক্তং তৈথোকখো।

থায়নগী মীনোক্তো অমুক্তা নোকপিখো।।

শৈরেং পবেং অনী অসিদা অহানবা পরেংদা মাত্রা ১২ না শাবগা ঙাইহক্তং লেপ্লি মসিবুনা অৰ্দ্ধযতিনি। অদুগা অনীশুবা পরেংদসু মাত্রা ১২ না শারগা মপূঙ ওইনা লেপ্পুনা শৈরেংগী অরোইবা ওইরি অদুনা পূর্ণযতিনি হায়না খঙগনি।

## ছেদ

শৈরেং অমা পাথরকপা মতমদা অর্থ চুন্না পূনবগীদমক মপূঙ ফাবা অর্থ (ভাব) গী মতাংগী মতুং ইন্না খোঙ্গোক্কী লেপফমবু ছেদ কৌই। ছেদ মখল অনীথোক্না লৈরি, মদুদি – (ক) **অৰ্দ্ধছেদ** অমসুং (খ) **পূর্ণছেদ**। ৱাহৈ পরেং অমগী মরক্তা

মচেৎ ওইনা লৈবা ছেদপু অর্দ্ধছেদ অমসুং ৱাহৈ পরেংগী অবোইবদা মপূঙ ওইনা লৈবা ছেদপু পূর্ণছেদ কৌই।

খূদম — লাক্লে হোৎনৈ মূত্থৎকে। ময়েকশিংনা তাবদো।।
শুকমূৎ মূৎলু য়ারমদে। হেল্লি থোইনা লংবনা।।

শৈরেং মতেক অসিদা অহানবা পরেংগী মাত্রা মশীং ৭শুবদা হায়বদি 'মূত্থৎকে' হায়বা ৱাহৈ য়ৌবদা মচেৎ ওইবা ভাব অমা লৈরি মসি অর্দ্ধছেদনি, অদুগা অকোনবা ৱাহৈ পরেং 'তাবদো' হায়বা ৱাহৈ ফাওবদা মাত্রা ৭না শাদুনা মপূঙ ফাবা ভাব অমা ওইহনবা মরম্না পূর্ণছেদ লৈরে। অসূম্না অনীশুবা পরেংদসু মাত্রা ৭ শুবদা অর্দ্ধছেদ অমসুং মাত্রা ১৪ শুবদা পূর্ণছেদ লৈরি।

## পৰ্ব্ব

শৈরেংদা যতি অমদগী যতি অমা ফাওবগী ৱাহৈগী তাংকক অদুবু পৰ্ব্ব হায়না খঙনৈ। মসি পদ নৎত্রগা পাদ হায়নসু কৌনৈ।

খূদম — পীক্লা পীক্লা হক্লিবা ।। ময়েকলাবা ময়িদা।
মশক খঙগে তান্দুনা।। মূনা মূনা য়েংলম্মী।।

মথক্কী খূদম অসিদা পরেং অমমমদা পৰ্ব্ব অনী-অনীনা শাবা পবেং ওইরি।

## পৰ্ব্বাঙ্গ

পৰ্ব্বগী মতূপ নৎত্রগা মচেৎ ওইবা কয়াৎকী ৱাহৈগী শরুকপু পৰ্ব্বাঙ্গ কৌই।

খূদম — পীক্লা পীক্লা হক্লিবা ।। ময়েকলাবা ময়িদা।
মশক খঙগে তান্দুনা।। মূনা মূনা য়েংলম্মী।।

খূদম অসিদা পৰ্ব্ব অমমমদা পব্বার্ঙ্গ অনী-অনীগী লৈরি।

## চরণ

শৈরেংদা পূর্ণযতি অমদগী অতোপ্পা পূর্ণযতি অমফাওবগী মনূংদা লৈবা ৱাহৈশিংগী শরুকপু চবণ হায়না খঙনবা য়াই। হাযবদি শৈবেংগী মনুংদা পূর্ণযতিনা খায়দোক্লিবা ছন্দগী শরুক অদুবু চরণ কৌই। মসিবু মৈতৈরোন্দা খোঙফম হাযনা খঙনৈ।

খূদম — মীত্তগী ঈরাদো অমুক্তং তৈথোকখো।

থাইনগী মীনোক্তো অমুক্তা নোকপিখো।।

মতাং অসিদা পর্ব্ব অমমমদা চরণগী ঙমখৈসু ওইরি।

## স্তবক (Stanza)

চরণ খরনা মপুঙ ওইবা ভাব অমা শাগৎনবগীদমক ওইরকইবা শৈরেং মতূপ অদুবু স্তবক হায়না কৌই।

খূদম – মতম কুইনগী তুংদা,
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু,
মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মনূংদা,
য়েন্দায় থন্না লৈহাপুনা,
কৎলুসি ইমাগী খূয়াদা।

শৈরেং মতূপ অসিদা চরণ মঙানা শাদুনা মপুঙ ওইবা ভাব অমা ফোঙদোকপা মরম্না স্তবক অমা ওইবে।

### লয়

শৈরেংদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা খোঙচৎপু লয় নৎত্রগা গতি হায়না খঙনৈ। শৈরেং অমা পাবা মতমদা অতপ্পরা, অথুবরা, য়াম্না তপ্পরা হায়না থেংনবা ছন্দগী মওঙবুনি লয় হায়রিবসি।

লয় নৎত্রগা গতি অসি মখল অহুমথোক্লা লৈরি, মদুদি – (ক) **দ্রুত লয়**, (খ) **ধীর লয়** অমসুং (গ) **বিলম্বিত লয়**।

(ক) **দ্রুত লয়** – শৈরেং পাবদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা অথুবা খোঙচৎপু দ্রুত লয় কৌই।

খূদম – তোং তোং। তোংদ্রুম্বী।।
চক্রীক। নাক্রীক। চাৱাইবী।।

শৈরেং মতেক অসি য়াম্না থুনা পাদ্রবদি শৈরেংগী ফজবা মাঙবগা লোয়ননা অর্থ লৌশিনবদা খুদোং চাদবা কয়া লৈবনা দ্রুত লয়দা পাগনি।

(খ) **ধীর লয়** – শৈরেং পাবদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা অতপ্পা খোঙচৎপু ধীর লয় হায়না কৌই।

খূদম —

লমদম কৈদা লৈবগে

শকখঙদবা নহাকপু

পম্বুংফমসু খঙদনা

চৎলি নঙগী লম্বীদা

মথক্কী শৈরেং পরেং খরসিদা পরেং অমমমদা মাত্রা ৭/৭ না শাদুনা চিংলপ চিংলপ তৌবা উচ্চারণগী ঈচেল অমগা লোয়ননা লাকপা মরম্না ধীর লয়গী ছন্দনি হায়না লৌগনি।

(গ) **বিলম্বিত লয়**—শৈরেংদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা য়াম্না তপ্পা খোঙচৎপু বিলম্বিত লয় হায়না কৌই। লয় অসি ঈচেল নাইদবা মাল্লবসু ঈচেল অমদি মশাগী লৈজে।

খূদম — নঙনা য়ৈরকপা পূংজে নঙনা থারকপা তাল,

ঐনা থৱায়না তাবা পূংয়ৈ-তালনি।

মতাং অসিদা বর্ণ খূদিংমক য়াম্না ঈংনা, মচা খায়না উচ্চারণ তৌবা মরম্না ছন্দগী খোঙচৎ য়াম্না তপ্পী। অদুনা বিলম্বিত লয় শৈরেং পরেং অনীসিদা লৈরে।

## স্বরাঘাত

শৈরেংদা ছন্দ ঈচেলগী মনুংদা ৱাহৈগী অখন্নবা ময়েক্তা পীবা খোম্থোক্কী অকনবা শাফূবু স্বরাঘাত নৎত্রগা শ্বাসাঘাত হায়না খঙনৈ।

খূদম — র্তোং র্তোং। র্তোংদ্রুম্বী।।

র্চক্রীক। র্নাক্রীক। র্চাৱাইবী।।

মতাং অসিদা ৱাহৈশিং উচ্চারণ তৌবা মতমদা খরা হেন্না কনবা শাফু অমমম বাহৈ খূদিংমক্কী অহানবা অক্ষরগী খোম্থোক্তা পীবা মরম্না স্বারাঘাত লৈরে।

## তাল

শৈরেংদা ছন্দগী ঈচেল নাইবা খোম্থোকশিং শন্নহনবা স্বরগী চাং নাইবা অনেম অৱাংগী খোঙথাংবু তাল কৌই। মসিবু তান হায়নসু খঙনৈ।

খূদম — র্শগোল র্তোংবা র্কাইরেংবা

ন'ঙবু র্তোংবা র্য়াংদেদো

ৰ্লমগী র্পনা র্খোঙশাংবী
র্নঙবু র্শায়বা র্জাঙদেদো।

মথক্কী শৈরেং পরেং অসি লাই হরাওবদা শকপা খেঞ্জোগী পরেং খরনি। শৈরেংসিগী মংংদা লৈবিবা শব্দশিংগী খোঙ্গোক্কী অহানবা বর্ণশিংদা তাল অমমম লৈদুনা তালগী মশক তাকলি।

## তুক

শৈরেংদা ছন্দগী চরণশিংগী অরোইবদা খোঙ্গোক মান্ননা তাববু তুক হায়না খঙনৈ। মসি অন্ত্যানুপ্রাসকা অমত্তনি। অদুগা চরণগী মহুত্তা পর্ব্বগী অরোইবদা তুক লৈববুনা তুকান্ত ছন্দ হায়না খঙনৈ। মসিবুনা অমিত্রাক্ষর ছন্দ হায়নসু কৌনৈ।

খুদম — লালফম মৈশা লাংখিদ্রে।
খাহি র্মনিল নাইখিদ্রে।
লানগি ঈরাং লৈখিদ্রে।

মতাং অসিদা শৈরেংগী পর্ব্বশিংগী অরোইবদা খোঙ্গোক মান্ননা 'দ্রে' হায়বা ৱাহৈনা লোমদুনা তুক নৎত্রগা অন্ত্যানুপ্রাস ওইহল্লি।

## গণ

শৈরেংদা ছন্দগী মশক থোক্লবা বর্ণ অহুন্না শাবা বর্ণগী অপূনববু গণ কৌই। অসিগুম্বা ছন্দগী মচলসি মৈতৈরোন্দা লৈতে হায়বা য়াই।

## ক্রম

শৈরেংগী ছন্দদা মাত্রা অমসুং গণগী নিয়ম মতুং ইন্না ওইফম থোকপা বর্ণশিংগী মথং-মনাও অদুবু ক্রম কৌই। মৈতৈরোন্দা মসিগী অকূপ্পা নিয়মশিং লৈতে হায়বা য়াই।

## ছন্দগী মখল

ভারতকী ওইবা ছন্দশাস্ত্রদা ছন্দবু চাউরাক্লা কাঙলূপ মরি থোক্লা খায়দোক্নুনা ছন্দগী মশক লেপ্পী। কাঙলূপ মরি অদুদি — (১) **মিত্রাক্ষর ছন্দ** (২) **অমিত্রাক্ষর ছন্দ** (৩) **মুক্তক ছন্দ** অমসুং (৪) **গদ্য ছন্দ**।

(১) **মিত্রাক্ষর ছন্দ** — শৈরেংগী চরণশিংগী অরোইবদা খোঙ্গোক মান্ননা লোম্বা ছন্দগী মশকপু মিত্রাক্ষর ছন্দ হায়না খঙনৈ। খোঙ্গোক মান্ননা লোম্বা অসি চরণ মরি, অহুম

নৎত্রগা অনীখক্তা অমসুং চবণশিংগী মনুংদসু পর্ব্বশিংগী অবোইবদা মান্নবসু যাই।

**খূদম** — সনাগী মূর্ত্তি জযসি নিংথৌবেন।
মাতৃগী থৌদাংদা থৌজঙবা থৌবুবেন।।

**মথক্কী শৈবেং পবেং** অনী অসিদা চবণ অনীমক অবোইবদা খোঙ্হোক মান্ননা তাবা **মবন্না মিত্রাক্ষব ছন্দ** লৈবে।

মিত্রাক্ষব ছন্দ অসি অমুক মখল অহুম থোক্লা লৈবি, মদুদি — (ক) **স্বববৃত্ত**, **(খ) বর্ণবৃত্ত** অমসুং (গ) **মাত্রাবৃত্ত**

**(ক) স্বববৃত্ত** — শৈবেংগী ছন্দগী মশক্তা স্বব খোঙ্হোক্কী অকনবা শাফুনা **মপূঙ ওইবা ছন্দ** অদুবু স্ববৃত্ত কৌই।

**খূদম** — র্তোং র্তোং। র্তোংদ্রুম্বী।।
র্চক্রীক। র্নাক্রীক। র্চাবাইবী।।

**মতাং অসিদা** ৱাহৈগী খোঙ্হোকশিংগী অতৌবদা স্ববনা কন্না কন্না থেংজিন্দুনা অকনবা **শাফু** অমা পীদুনা উচ্চাবণ তৌবা মবন্না স্ববৃত্ত মিত্রাক্ষব ছন্দ লৈবে।

(খ) বর্ণবৃত্ত শৈবেংগী ছন্দগী মনুংদা বর্ণগী অকক্লবা মশীংনা মপূঙ ওইবা **ছন্দবু মিত্রাক্ষব** বর্ণবৃত্ত ছন্দ হাযনা কৌই। মসিবু তানপ্রধান ছন্দ নৎত্রগা ধীবছন্দ হাযনসু **খঙনৈ।**

**খূদম** - কৌজেঙ হাবৌ শাগৈনা
নোংজা যাওল শৈবাংবা,
ঙংলি নিং নিং মিলবা
কোবৌ যাওল ঈবোযনা।

**মতাং অসিদা** শৈবেংগী চবণ খূদিংমক্তা বর্ণ ৭/৭ না অকক্লবা মশীঙ ওইনা লৈহন্দুনা **বর্ণবৃত্ত ছন্দ** ওইহল্লি।

বর্ণবৃত্ত ছন্দ অসিগী মখল কযামকম লৈবি। মরু ওইবা মখল খবদং **পল্লবদা**— **(অ) পয়াব**, (আ) **ত্রিপদী**, (ই) **চৌপদী** (ঈ) **পঞ্চপদী**, (উ) **চতুর্দ্দশপদী** অসিনচিংবা। মসি খিবিকশিংবু পূন্না পযাব জাতিগী ছন্দ হাযবগসু খঙনৈ।

**(অ) পয়ার**-- শৈবেংগী চবণ অমদা অযাম্বা মতমদা পর্ব্ব অনী লৈদুনা **অক্ষব** ১৪না চবণ অমা শাই। তবেৎশুবা অমসুং তবামবিশুবা অক্ষবদা মথংশীংনা **অর্দ্ধযতি** অমসুং পূর্ণযতি লৈ।

**খূদম** — মিংচৎ হাযবা নহাকপু। লমদম কৈদা লৈখ্রবা।।
তবেৎ-শেঙ্গা তিংদুনা। নঙবু কবম ফংসিবা।।

মতাং অসিদা চবণ অমদা পর্ব্ব অনী অনী লৈদুনা অহানবা পর্ব্বদা অর্দ্ধযতি, অনীশুবা পর্ব্বদা পূর্ণযতি অমদি চবণ অমদা অক্ষর তরামরিনা শাবা মবন্না পয়ার ছন্দগী মশক ওইবি।

**(আ) ত্রিপদী** – শৈরেংগী চরণ খূদিংদা পর্ব্ব অহুম অহুম অমদি চরণগী অহানবা অমসুং অনীশুবা পর্ব্ব মাত্রা মান্ননা লৈবা চবণগী মমৈ তাবা মান্নবা মওঙবু ত্রিপদী ছন্দনি হাযনা খঙনৈ।

খূদম – ইনুং শোরো তৈবক্লে,
চীঙ্খৈ ফিদুপ হুল্লক্লে,
কাক্কী লানবাউ শীনখরে।

মতাং অসিদা চবণ খূদিংদা বর্ণ ৭/৭ অমসুং পর্ব্ব ৩/৩ লৈরগা অহানবা অমসুং অনীশুবা চরণগী মমৈ তাবা মান্নহন্দুনা ত্রিপদী ছন্দগী মশক ওইরি।

ত্রিপদী অসি চরণশিংগী অশাং অতেনগী মতুং ইন্না মখল অনীথোক্লা লৈবি, মদুদি – **(ক) লঘু ত্রিপদী** অমসুং **(খ) দীর্ঘ ত্রিপদী**। মখা তাবা অকূপ্পা মখলশিংসি মখা তানা নৈনদ্রে।

**(ই) চৌপদী** – শৈবেংগী ছন্দদা চবণ অমদা পর্ব্ব ৪/৪ লৈবা ধীর লযগী মিত্রাক্ষব ছন্দবু চৌপদী কৌই।

খূদম – ঐদি সহব অচৌ অচৌবা,
লৈরক খুল্লক মী তাবা,
লমদম মীযাম তিনবা,
হন্না যেংদে থাপ্না চেঙ্খোকই।

চৌপদী ছন্দ অসি মখল অনী থোক্লা লৈ, মদুদি– লঘু চৌপদী হায়বদি অতেনবা চৌপদী অমসুং দীর্ঘ চৌপদী হায়বদি অশাংবা চৌপদী। মতাং অসিদা অকূপ্পা মখলসি নৈনদ্রে।

**(ঈ) পঞ্চপদী**– শৈবেংগী চরণ অমদা পর্ব্ব মঙা লৈবা ধীব লয়গী মিত্রাক্ষব ছন্দবু পঞ্চপদী কৌই।

খূদম – মতম কুইনগী তুংদা,
লেংশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু,
মৈতৈ সাহিত্য মন্দিব মনুংদা,
য়েন্দায় থন্না লৈহাপতুনা,
কৎলুসি ইমাগী খূয়াদা।

**(উ) চতুর্দ্দশপদী** — শৈরেংগী চরণ অমদা মাত্রা ৭/৭ কী পর্ব্ব অনী অনী লৈবা মাত্রা ১৪ না শাবা, চরণসু ১৪ ওইবা মিত্রাক্ষর পয়ার ছন্দগী মওঙবু চতুর্দ্দশপদী হায়না খঙনৈ।

খূদম — ঋারবা পুন্সি'সিনা। মূনা মূনা য়েংলম্মী
মতম কৌবা ঈপাক্কী। নুংনা কোয়বা খোঙবান্দা
পীক্লা পীক্লা হক্লিবা। ময়েক লাবা ময়িদা
মশক খঙগে তান্দুনা। মূনা মূনা য়েংলম্মী।
চেল্লি তৎপা নাইদনা। ইপোম চাউনা ঈচেন্না
কন্না কন্না য়ৈরম্মী। নুংপাকশিংনা লৈবদো,
লাক্লে হোৎনৈ মূখৎকে। ময়েকশিংনা তাবদো,
শুকমূৎ মূৎলু য়ারমদে। হেল্লি থোইনা লংবনা।
হন্ন'মুক্তং য়েংদুনা। ময়েক্কুনা লাউবকখি
খোঞ্জেন্দুনা হৌবনা। ঈরাউখোনবু নম্মৎখি
''মীওইপোক্কী লাইশিংগী। অফ' থৌগী মণিনে
মাঙফদ্রবা ফম্বান্দা। খিল্লম্লবা উরোংনে।
বিশ্ব তাইবংপানবনা। কপ্পা কপ্পা লোইখিনি।
নুংদা ইবা ঐখোয়না। নোক্লা নোক্লা লৈহৌনি।''

**(গ) মাত্রাবৃত্ত** — শৈরেংগী ছন্দগী পরীংদা অকক্লবা মাত্রাগী মশীংনা মপূঙ ওইবা ছন্দবু মাত্রাবৃত্ত কৌই। ছন্দ মখল অসিদা মাত্রাগী মশীংশিংদা ময়েক শেংনা শেংনা উচ্চারণ তৌই।

খূদম — উনখিদে নংবু উনহৌদে
থেংলবা অহিং মমৈসিদা
কৌজরি নংবু হন্না- হন্না।

**(২) অমিত্রাক্ষর ছন্দ** — ইংবাজী শৈরেংগী Blank Verse কী মতৌ তমদুনা বাংলা লোনদা পুথোক্লম্বা মাত্রা ১৪ না শাবা ছন্দ মওঙবু অমিত্রাক্ষর ছন্দ কৌই। মসিদা চরণগী অরোইবদা খোম্থোক মান্ননা তাবগী অকক্লবা নিয়ম লৈতে। যতি, ছেদ, চরণ মশীং, স্তবক্লচিংবা খায়দোকপগী অকক্লবা নিয়ম লৈতে।

খূদম — ঋারী অসি তারগা। তূক্কচরে বৈদেহি।
রাজভোগ'সি। ইবেম্মা। থাদোক্কুনা নিংথৌগী।

নুংঙাইর্বসি চর্থানংলে। বন্দা অসুম লৈনবা।।
খল্লবদা অদবু। পুকনিং' সিদা কিবকই।।

(৩) **মুক্তক ছন্দ** শেবেংদা ছন্দগী মপাঙ্গোংগী **শক্তম** হাযবদি পর্ব্ব, চবণ, স্তবকুচিংবগী অনক্রবা ম ওঙ লৈতবা ছন্দগী মওঙবু মুক্তক ছন্দ কৌই।

খুদম সমুদ্র তবেৎকী জ্ঞান খোমজিল্লগা
থবাথ পানবা পূল্নমক্কী
নশানা নিংথৌ শেমজবা
হে মীওইবা
হৌজিক্তি ক মদোপ থৌগী থান্দুনা শিজবেদো।

মথা, অসিদা শেবেং পবে খব আসিদা পব্ব, চবণ অমসুং চবণ অসুক্রা স্তবব অমা শাগদা হাযবগী অ কক্রবা নিয়ম লেতবনা মুক্তক ছন্দ ওইবে।

(৪) **গদ্য ছন্দ** — গদ্যদা ছন্দগী শক্ত শাগোন্নদুনা লৈবা মওঙবু গদ্য ছন্দ কৌই মসিদা ছন্দগী নিয়ম যতি, ছেদ পর্ব্ব চিং গা লেতবা ভাবকী পুনশিল্লকপা মশক তম ফংজবা লৈ।

খুদম —

নোংমা। হায়খি নংনা
পুন্সি হাযববু। তৌবিসিনি।
অদুগা। তির্নখি
মেঙলবা। বাস পূর্ণিমাগী। থাবলগী সমুদ্রদ
হৈনৌ মপাল। চাইথববা
বোকুল লৈবাং। চোইজাইননা তাববা
নবদ্বীপকী। গঙ্গা মপান্দা।।

## তরাশুবা পন্দুপ

# ভারতকী আচার্যশিংগী অশম্বা ৱারোল

**অপ্লয়্যদীক্ষিত ঃ-** খৃষ্ট ১৫৪০ দগী ১৬১৩গী মনুংদা লৈরম্বা আচার্যনি। মহাক্কী মমিংসি অপ্লয়্যদীক্ষিত অমসুং অপ্পদীক্ষিত হায়নসু কৌনৈ। মহাক রঙ্গনাথ অধ্বরীগী মচানুপানি। বিজয় নগরগী রাজা বেঙ্কটপতিগী সভাপণ্ডিত ওইরম্মী। মহাকসি মহাবৈয়াকরণ ভট্টোজিদীক্ষিতকী গুরুনি। মহাক্কী মমিং লৈববা লাইরিকশিংগী মনুংদা *বৃত্তিবার্তিক, চিত্রমীমাংসা, কুবলয়ানন্দ* পনবা য়াই। মথক্কী অহানবা লাইরিক অসিগী মনুংদা শব্দশক্তিগী মরমদা কূপ্না নৈনরম্মী। *চিত্রমীমাংসা* দা কাব্যগী মখল, অলঙ্কাবর্নচিংবগী মরমদা নৈনৈ। অদুগা *কুবলয়ানন্দ* দা অলঙ্কারগী মরমদা য়াম্না কূপ্না বর্ণন তৌদুনা ইরম্মী।

**অভিনবগুপ্ত ঃ-** খৃষ্টগী ১০-১১শুবা শতাব্দীদা কাশ্মীরদা লৈরম্বা মমিং লৈরবা আচার্য অমনি। মপাগী মিংনা নৃসিংহগুপ্ত অমসুং মপুগী মিংনা বরাহগুপ্ত কৌই। মহাক তোঙান তোঙানবা গুরুশিংদগী তোঙান তোঙানবা হীরমদা শিক্ষা ফংলম্মী। মহাক্না বিদ্যা তমজবা মরু ওইবা গুরু খরদং পল্লবদা ব্যাকরণ শাস্ত্রগী মরমদা মপা ইবুংঙো নৃসিংহগুপ্তনি, শৈব্য সম্প্রদায়গী মরমদা ভূতিবাজতনয়দগী শিক্ষা ফংলম্মী। ধ্বনিগী মরমদা ভট্ট ইন্দুবাজ, নাট্যশাস্ত্রগী মরমদা ভট্টতোত্তগী মথংশীৎনা শিক্ষা ফংলম্মী। মহাক অসি হীরম পূম্বা শুনা হৈরবা সংস্কৃত কাব্যগী Encyclopaedia নি হায়না শীংথানবম্মী। মহাক্না *নাট্যশাস্ত্র* গী টীকা ওইনা *অভিনবভারতী* অমসুং *ধ্বন্যালোক* কী টীকা ওইনা *লোচন* ইরম্মী। মহাক্না মাগী *অভিনবভারতী* দা ভরতকী রসকী সূত্রবু হেন্না পাক-চাউনা উৎথোক্লম্মী। অদুগা *লোচন* দগী আনন্দবর্দ্ধনগী ধ্বনি কাঙলোনবু হেন্না মকা ফন্না ময়েক শেংনা ব্যাখা তৌদুনা অয়ৌবী থাক্তা শৌগৎলম্মী। মহাক্কী মপুন্সিদা নুপী অমত্তা থিরমদে।

**আনন্দবর্দ্ধন ঃ-** মহাক্কী অকক্নবা মতম তাকপা য়াম্না লুনা লৌনরি। অদুবু চাউবাক্না ৯শুবা চহীচাদা লৈরম্বগী ৱাফমদি পন্নরি। মহাকসি অবন্তিবর্মানা পানবা মতম (খৃষ্ট কুম ৮৫৫-৮৮৩) দা সভাপণ্ডিত ওইনা লৈরম্বগী ৱাফম পন্নবা থেংনৈ। মহাক্কী বংশাবলীগী মরমদসু কূপ্না থেংনদে। অদুবু *দেবীশতক* হায়বা লাইরিক্কী অবোইবা

শরুক্তা 'নৌণ 'গী মচানুপানি হায়নদি পল্লম্মী। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা *ধ্বন্যালোক* সু অমনি। মহাক্না মহাক্কী *ধ্বন্যালোক* তা কাব্যদা ধ্বনিগী মফম অমা চাউনা কন্দুনা থম্লম্মী। মহাক্কী লাইরিক অসি শরুক অহুম থোকহল্লি, মদুদি — কারিকা, বৃত্তি অমসুং উদাহরণ। কারিকাদা সংখ্যা (শ্লোক) ১২৯ লৈরম্মী। বৃত্তিশিংদা কারিকাশিংবু শন্দোক্না মশক তাক্লম্মী। উদাহরণদা অরিবা পণ্ডিতশিংনা ইরম্বা অরিবা লাইরিকশিংদগী লৌখৎপা খুদমশিং উৎলম্মী। মহাক্কী থোইদোকপা মগুণদি ধ্বনিবু কাব্যদা মফম চাউনা থম্নবগীদমক মতীক চাবা মরম পুথোক্কুনা উৎপা অসিনি, মসিমক্না মহাকপু ধ্বনি সম্প্রদায়গী লময়ানবনি হায়রিবনি।

**উদ্ভটঃ-** খৃষ্টগী ৮ শুবা চহীচাদা কাশ্মীরদা লৈরম্বা অফাউবা আচার্য অমনি। মহাক্না ভামহগী *কাব্যালঙ্কার* গী মরমদা টীকা ওইনা *ভামহব্বিরণ* লাইরিক অমা ইরম্মী হায়বগী ৱা পল্লি। তৌইগুম্বসুং মসি লাইরিক ওইনা ফংবগী ৱাদি হায়দে। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *কাব্যালঙ্কারসারসংগ্রহ* নি। মহাক্কী লাইরিক অসি বর্গ তরুক্না শাদুনা অলঙ্কার মখল ৪১গী মরমদা বর্ণন তৌরম্মী অমসুং ভামহগী অলঙ্কার মখল খরসু থাদোক্লম্মী। মহাক্না কুমারসম্ভব হায়না মিংথোনবা কাব্যগী রচনা অমসু ইরম্মী।

**কবি কর্ণপুর ঃ-** চাউরাক্না খৃষ্ট ১৬ শুবা শতাব্দীদা বংগালদা লৈরম্বা আচার্য অমনি। মহাক্কী মমিংসি কবি কর্ণপুর কৌদ্রিঙৈদা 'পরমানন্দ সেন' হায়না কৌরম্মী। মহাকসি শিবানন্দ সেনগী মচানি। অদুগা মহাপ্রভু অমসুং গুরু শ্রীনাথকী শিষ্যনি। মহাক্কী মমিং লৈরবা লাইরিক্তি *অলঙ্কার কৌস্তুভ* নি। লাইরিক অসিদা সাহিত্যশাস্ত্রগী মরু ওইবা মচলশিং বস, অলঙ্কার, গুণ, ধ্বনি, অসিনচিংবগী মরমদা কুপ্না নৈনরম্মী।

**কুন্তক ঃ-** খৃষ্টগী ৯৫০-১০২০ ফাওবগী মনুংদা কাশ্মীরদা লৈরম্বা মমিং লৈরবা আচার্য অমনি। মাগী মমিং চৎলবা লাইরিক্তি *বক্রোক্তিজীবিত* নি। মহাক্না বক্রোক্তিবু কাব্যগী আত্মানি হায়না ফোঙদোক্লম্মী। মহাক্কী লাইরিক অসি তাঙ্কক(উন্মেষ) মরি থোক্না খায়দোক্লম্মী। অহানবা তাঙকক্তা সরস্বতীবু খুরুমজবা কাব্য মওঙ মতৌ, লক্ষণ, শব্দালঙ্কাব, গুণ মঙা, মখল অহুমগী মার্গনচিংবা তাক্লম্মী। মহাক্না অরিবা কাব্যশাস্ত্রগী সিদ্ধান্তশিংবু চুমথোক্কুনা নৈনরম্মী।

**কেশবমিশ্র ঃ-** খৃষ্টগী ১৬ শুবা অঙনবা শরুক্তা লৈরম্বা মৈথিলীগী ব্রাহ্মণনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক *অলঙ্কারশেখর* অসি রাজা মণিক্যচন্দ্রগী য়াথং মতুং ইন্না ইখিবনি। মহাক্না অলঙ্কারগী মরমদা লাইরিক তরেৎ ইরম্মী। মদুশিংদুগী মনুংদা *অলঙ্কারসর্বস্ব* অমসুং *কাব্যরত্ন* পনবা য়াই। মহাক্কী *অলঙ্কারশেখর* লাইরিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী

লক্ষণ, মরম, রীতি, শব্দগী ব্যাপার অহুম, পদদোষ, বাক্যদোষ, অর্থদোষ, শব্দগুণ, অর্থগুণ, অলঙ্কার, নায়ক-নায়িকাগী মখল অসিনচিংবা কৃপ্পা নৈনদুনা পুথোক্লম্বা লাইবিক্লি।

**জগন্নাথ পণ্ডিতরাজ ঃ-** খৃষ্ট ১৬০০ - ১৬৩০ অদুব্রায়গী মতমদা লৈরম্বা য়াম্না মমিং লৈবা অখন্নবা পণ্ডিত অমনি। মহাক পেরুভট্ট অমসুং লক্ষ্মীগী মচানি। অহানবদা মপাবুঙদগী বিদ্যা তম্বা হৌই। অদুগা অমুক মপানা কাশীদা জ্ঞানেন্দ্র ভিক্ষুদা বেদান্ত, মহেন্দ্রদা বৈশেষিক অমসুং ন্যায়, খণ্ডদেবতা মীমাংসা তম্নবগীদমক থারম্মী। মহাক দিল্লী মুগল বাদশাহ শাহজহাঁনা "পণ্ডিতরাজ" হায়বা মিংথোল অসি পীরম্মী। শাহজহাঁগী মচানুপা দাবাশিকোহগী চান্নরবা মরূপনি। মহাক মথুরাপুরীদা দেহত্যাগ তৌখি। মহাক্কী লাইরিকশিংগী মনুংদা *রসগঙ্গাধর* থোইদোক্লা চঙখোল্লবা মগুণ লৈবা লাইরিক্লি। লাইরিক অসি কাব্যশাস্ত্রগী মনুং ফাওনা কৃপ্পা নৈনদুনা থন্নল্লবা মপৃঙদি ফাবাওবা লাইরিক্লি। মহাক্কী অতোপ্পা লাইবিকশিংদি — *চিত্রমীমাংসা, মনোরমা কুচমর্দিনী, গঙ্গালহরী, অমৃতলহরী, করুণালহরী, লক্ষ্মীলহরী, সুধালহরী, ভামিনীবিলাস, আসফলহরী, প্রাণাভরণ, জগদাভরণ* অসিনচিংবনি।

**জয়দেব ঃ-** (১) ১২শুবা চহীচাদা বংগালগী বীরভূমি হায়বা মফমদগী খবা চৎথোক্লগা গঙ্গাদা ঈতিনবা অজয় হায়বা তুরেনগী মপান্দা তাবা কেদুলা হায়বা খুঙ্গং অমদা জয়দেব পোকই। অপোকপগী মিংনা ভোজদেব অমসুং অপোকপীগী মিংনা বামাদেবী কৌই। মহাক বংগালগী রাজা লক্ষ্মণসেনগী সভা পণ্ডিত ওইরম্মী। মহাক্কী লাইবিকশিংগী মনুংদা *গীতগোবিন্দ* থোইদোক্লা পনবদা মতীক চারবা লাইরিক্লি।

(২) খৃষ্টগী ১৩ শুবা চহীচাদা (কনাগুম্বনা ১৬ শুবা চহীচাদা হায়নসু পল্লি) মিথিলাদা পোকই। মহাকপু পীয়ুষবর্ষ অমসুং পক্ষধর হায়না কৌনৈ। মহা নৈয়ায়িক, কবি অমসুং অলঙ্কারশাস্ত্রীনি। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মিংনা যজ্ঞদ্যাচত্ত্ব মহাদেব অমসুং সুমিত্রাগী মচানি। মহাক্কী মরুওইবা লাইবিক *চন্দ্রালোক* অনুষ্টুপ ছন্দদা ইবনি। মসিদা পন্দুপ ১০ অমসুং শ্লোক ২৭৫ য়াওই। লাইরিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী লক্ষণ, কাব্যগী মরম, শব্দগী মখল অহুম, অর্থ, ব্রাহৈ, গুণ ১০, অলঙ্কার, রস, রীতি, ধ্বনি অসিনচিংবগী মরমদা য়াম্না কৃপ্পা পাক চাউনা নৈনরম্মী।

**দণ্ডী ঃ-** খৃষ্টগী ৭ শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা ভারতকী মমিং লৈববা আচার্য অমনি। মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমদি দামোদর হায়নসু কৌই। *কিরাতার্জুনীয* মহাকাব্য ইরম্বা ভারবিগী মগুনি। মহাক্না ইরম্বা *কাব্যাদর্শ* থোইদোক্লা শীংথানরবা মক ওইবা লাইরিক অমনি। লাইরিক অসিগী পরিচ্ছেদ (পন্দুপ) অহুম থোক্লা ইরম্মী। কনাগুম্বা পণ্ডিতশিংনদি

অহুমশুবা পন্দুপকী শ্লোক খরবু মরিশুবা পন্দুপ হায়বদি পরিচ্ছেদ ওইনসু লৌনবা য়াওরম্মী। লাইরিক অসিগী অপূনবা শ্লোক্তি ৬৬০ নি । মাগী লাইরিক অসি মপুঙ ওইনা অনুষ্টুপ ছন্দদা ইরম্বা করিগুম্বা মতাংদসু অতোপ্পা ছন্দগী মতাংসু য়াওদবদি নত্তে। লাইরিক অসিগী অহানবা পন্দুপতা কাব্যগী লক্ষণ অমসুং মখলশিং, মহাকাব্যগী লক্ষণ, গদ্যগী মখল, মিশ্র কাব্য, কাব্যদা লোনগী মতাংদা কুপ্পা নৈনরম্মী। বৈদর্ভী অমসুং গৌড়ী মার্গ (রীতি), বৈদর্ভীগী গুণ ১০ গী মরমদসু নৈনরম্মী। অনীশুবা পন্দুপতা অলঙ্কারগী লক্ষণ অমসুং মখলগী মরমদা নৈনরম্মী। অহুমশুবদা শব্দালঙ্কারগী বর্ণন মরু ওইনা যমক অমসুং গোমুত্রিকা, অর্দ্ধভ্রম, সর্বতোভদ্র, স্বরনিয়ম অমসুং প্রহেলিকা অসিনচিংবগী মরমদা শন্দোক্লা তাক্লম্মী।

**ধনঞ্জয় ঃ-** চাউরাক্লা খৃষ্ট ৯৫০ দগী ১০০০ ফাওবগী অদুৱাইদা লৈরম্বা পণ্ডিতনি। মহাক্কী মমিং লৈরবা লাইরিক *দশরূপক* নাট্যগী মরমদা ইরম্বা লাইরিকনি। লাইরিক অসিদা রূপক মখল অমসুং মসিগী লক্ষণ, উদাহরণনচিংবা পীদুনা নৈনরম্মী। নাট্যগী সন্ধি মওা, নায়ক নায়িকাগী মখল অমসুং স্বভাব, বৃত্তি মরি অসিনচিংবা কুপ্পা নৈনরম্মী। মহাক বিষ্ণুগী মচানি।

**ধনিকঃ-** চাউরাক্লা খৃষ্ট ১৯০ দগী ১০০০ ফাওবগী অদুৱাইদা লৈরম্বা পণ্ডিতনি। মহাক বিষ্ণুগী মচা অমসুং *দশরূপক* ইরম্বা ধনঞ্জয়গী মনাওনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *অবলোক* অসিনি। মসি *দশরূপক* কী টীকানি। অবলোক লাইরিক অসি শ্লোক ৩০০ গী মথক্তনি। মহাক্কী লাইরিক অসিদা রূপককী মরমদা নৈনবগা লোয়ননা রস নিষপত্তিগী মরমদসু মমুৎ তানা নৈনরম্মী।

**পাণিনি ঃ-** মেক্সমুলরগী মতুং ইন্না পাণিনি অসি খৃষ্ট মমাঙ ৩৫০ গী মমাঙদা লৈরমগনি হায়না মত পীরম্মী। মহাক্লা লৈরম্বগী মতমগী মতাংদা চয়েৎনবা খরদি অদুমক মবেরি। মহাক অসি গন্ধার দেশকী তক্ষশিলা মনাক্তা লৈবা শালাতুর কৌবা মফমদা পোক্লম্মী। মপাগী মিংনা পণি অমসুং মমাগী মিংনা দাক্ষী কৌই। মহাক্কী মমিং লৈরবা লাইরিক্তি *অষ্টাধ্যায়ী* নৎত্রগা *শব্দানুশাসন* হায়নসু কৌই। মসি অধ্যায় নিপান থোক্লা খায়দোকপা, সূত্র মশীং ৩৯৯৬, অধ্যায় খুদিংগী পাদ ৪/৪ লৈবা, বৈদিক অমসুং লৌকিক ভাষাগা মরী লৈনবা লাইরিক্নি। লাইরিক অসিদা ব্যাকরণগী মচলশিংগী পরিভাষা, সামাস, কারক, প্রতয়, ধ্বনিবিকারনচিংবগী মরমদা য়াম্না কুপ্পা পাক চাউনা নৈনবা ব্যাকরণগী লাইরিক্নি। ঙসি ফাওবদা ব্যাকরণগী মরমদা মাগী লাইরিক য়ৌনা ফবা থোকত্রি হায়নরি।

**পিঙ্গল ঃ-** খৃষ্ট মমাঙ ৩৫০গী মমাঙদা লৈরমগনি হায়না থাজনবা ছন্দশাস্ত্রীনি। কনাগুম্বনা সম্রাট অশোক্কী গুরুনি হায়বসু য়াওই। অমরোমদা অমুক পাণিনিগী মনাও নৎত্রগা মামনিসু হায়রি। চয়েৎনবা খরদি লৈরি। অদুমকপু বেদাঙ্গ ৬ কী মনুংদা ছন্দ হায়রিবা বেদাঙ্গসি মহাক্না পুথোক্লম্বনি হায়বসি শোয়দ্রে। মহাক্না বৈদিক ছন্দগী মশকপু লৌকিক ছন্দদা ওহ্লোক্লম্মী। অমুকসু বৈদিক ছন্দগী মশকপু লৌকিক ছন্দদা ওহ্লোকপা নৎত্রগা হাপচিল্লম্মী।

**বাগ্‌ভট্ট ঃ-** (১) খৃষ্ট ১০৯০-১১৬০ গী মনুং অদুৱাইদা লৈরম্বা মমিং লৈবা অলঙ্কারবাদীনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *কাব্যালঙ্কার* নি। মহাক জৈন আচার্য়নি। মহাক্কী লাইরিক অসি পরিচ্ছেদ মঙা অমসুং শ্লোক ২৬০ লৈ। মহাক সোমগী মচানুপানি।

(২) খৃষ্টগী ১৪ শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা জৈন আচার্য় অমনি। মাগী মমিং লৈবা লাইরিক্তি *কাব্যানুশাসন* নি। লাইরিকসি অধ্যায় মঙানা শাই। মসিগী মনুংদা কাব্যগী মশক-মওঙ, মরম, লক্ষণ, মখল, মহাকাব্য, কথা, চম্পূ, মিশ্রকাব্য, বাক্যগী দোষ, অর্থগী দোষ, গুণ, বৈদর্ভী, গৌড়ী, পাঞ্চালী ৰীতি, অলঙ্কার, রস, নায়ক নায়িকা অসিনচিংবগী মরমদা কূপ্না নৈনরম্মী। মহাক্না *ঋষভদেবচরিত মহাকাব্য* অমসুং *ছন্দোনুশাসন* কৌবা লাইরিক অনীসু ইরম্মী।

**বামন ঃ-** চাউরাক্না খৃষ্টগী ৮শুবা চহীচাগী অরোইবা অমসুং মাপনশুবা চহীচাগী হৌগৎলকপা ফাওবদা লৈরম্বা ভারত্তা মমিং লৈরবা আচার্য় অমনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *কাব্যালঙ্কারসূত্র* হায়না কৌই। মশামক্না মহাক্কী লাইরিক্কী বৃত্তিসু ইজরম্মী। মহাক্কী লাইরিক অসি অধিকরণ মঙা অমসুং অধ্যায় ১২ থোক্না খায়দোক্তুনা ইরম্মী। সূত্র মশীংনা ৩১৯ নি। অহানবা অধিকরণদা অধ্যায় অহুম পূনশিন্দুনা কাব্যগী কান্নবা, বৈদর্ভী, গৌড়ী অমসুং পাঞ্চালী রীতিশিংগী মরমদা কূপ্না নৈনরম্মী। অনীশুবা অধিকরণদা পদ-পদার্থ অমসুং দোষশিং নৈনরম্মী। অহুমশুবা অধিকরণদা গুণ ১০গী অর্থগী মনুং চনবা মখল ২০ নি হায়না উৎলম্মী। মরিশুবা অধিকরণদা শব্দালঙ্কার অমসুং অর্থালঙ্কারগী লক্ষণ তাক্লম্মী। মঙাশুবা অধিকরণদা কাব্যদা ৱাহৈশিংবু অচুম্বা মওঙদা শীজিন্নবগী মরমদা হায়রম্মী। মহাক অসি রীতি সম্প্রদায়গী লময়ানবা আচার্য় অমনি হায়না ময়াম্না শীঙথানৈ।

**বিদ্যাধরঃ-** ১২শুবা শতাব্দীগী অহৌবা শরুক্তা কলিঙ্গগী নিংথৌ কেসরিনরসিংহ অমসুং প্রতাপনসিংহ অনীমক্কী মতমদা সভাপণ্ডিত ওইরম্মী। মহাকসি "মহামহেশ্বর"

অমসুং ''বৈদ্য'' উপাধি ফংলবা অচঙবা আচার্যনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা *একাবলী* অমসুং *কেলিবহস্য* শীংথাবা য়াই। *একাবলী* হায়রিবা লাইরিক অসি পন্দুপ নিপান থোক্লা খায়দোক্তুনা ই। লাইরিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী মরম, লক্ষণ, ভামহ অমসুং মহিমভট্টগী নৈনরোনবু বর্ণন তৌরম্মী। শব্দ, ধ্বনিগী মখল, গুণ, রীতি,অলঙ্কার অসিনচিংবগী মরমদা কূপ্পা নৈনরম্মী। অনীশুবা লাইরিক অসিদনা কামশাস্ত্রগী মরমদা নৈনরম্মী।

**বিদ্যানাথ ঃ-** ১৪ শুবা শতাব্দীদা অন্ধ্রগী নিংথৌ রুদ্রদেবকী সভাপণ্ডিত ওইরম্মী। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিকশিংগী মনুংদা *প্রতাপরুদ্রীয়* অমসুং *প্রতাপরুদ্রকল্যাণ* (নাটক) মমিং লৈবা ঙাক্তনি। মহাক্কী অহানবা লাইরিক অসিদা নায়ক, কাব্য, নাটক, রস, দোষ, গুণ, অলঙ্কার অসিনচিংবগী মরমদা কূপ্পা নৈনৈ।

**বিশ্বনাথ কবিরাজ ঃ-** খৃষ্টগী ১৪ শুবা শতাব্দীদা উরিষ্যাগী উৎকলদা লৈরম্বা যাম্না মমিং লৈরবা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমনি। মহাক লোন ১৫ খঙই। মহাক্কী মপা চন্দ্রশেখরসু লোন ১৪ খঙই । মপা মচা অনীমক ''সন্ধিবিগ্রহিক মহাশস্ত্র'' উপাধি ফংলম্মী। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *সাহিত্যদর্পণ* নি। লাইরিক অসি পন্দুপ ১০ থোক্লা খাযদোকই। লাইরিক অসিগী মনুংদা নাট্য অমসুং কাব্য অনীমক য়াম্না কূপ্পা পাক-চাউনা নৈনরম্মী। অদুগা অতোপ্পা আচার্য কয়াগী মত কয়াসু অফ-ফত্তগী মরমদা নৈনরম্মী।

**বিশ্বেশ্বর ঃ-** ১৮শুবা শতাব্দীদা উত্তর প্রদেশকী অল্মোডা জিলাদা লৈরম্বা পণ্ডিতনি। মপাগী মিংনা লক্ষ্মীঘর কৌই। মহাক্না *অলঙ্কাবকৌস্তুভ* গী টীকা ইরম্মী। মহাক্না তোঙান তোঙানবা পণ্ডিত কয়াগী মত-ভেদপু অমুক হন্না নির্ণয তৌরম্মী।

**ভট্টতৌত** ঃ- মহাকপু ভট্টতোত হায়নসু খঙনৈ। মহাক অসি খৃষ্ট ৯৫০-১০০০ ফাওবগী মনুংদা লৈরম্বা মচিন চৎপা আচার্য অমা ওইরম্বগী ৱা থেংনৈ। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *কাব্যকৌতুক* নি। অদুবু মসি হৌজিক ফাওবা মপুঙ ফাবা লাইরিক ওইনা ফংবগী ৱা পন্নদে। মহাক অসি অভিনবগুপ্তগী গুরুনি। ক্ষেমেন্দ্রগী *ঔচিত্যবিচার চর্চা* অমসুং হেমচন্দ্র সুরীগী *কাব্যানুশাসন* দা ভট্টতৌত অমসুং মহাক্কী লাইরিক্কী মরমদা ময়েক শেংনা পল্লম্মী।

**ভট্টনায়ক ঃ-** খৃষ্টগী ৯শুবা চহীচাগী অবোইবা অমসুং ১০শুবা শতাব্দীগী হৌবকপা

**মতমদা** লৈরম্বা মতীক লৈবা আচার্যনি। মহাক্কী মরু ওইবা মমিং লৈবা লাইরিক্তি *হৃদয়দর্পণ* হায়বসিনি। মহাক্না ভরত মুনিগী বস সূত্রগী মরমদা 'ভুক্তিবাদ' হায়দুনা **ৱাপু** অমা পুথোক্লম্মী। মহাক্না স্থায়ীভাবতগী বস য়ৌরকপা ফাওবদা তাঙ্কক অহুম লৈ হায়রম্মী। মদুদি - (১) অভিধা হায়বসিনা ৱাহৈ অমসুং অপাবগী থম্মোয়দা হীরম অদু খণ্ডহল্লি। (২) ভাবকত্বনা নাট্যদা শক্তম লাংলিবা মীশক অদু অপান্নবা মীশক মমিং ওইনা লৌবগী মহুত্তা ইচম চম্বা ময়ামগী ওইনা লৌরকপা সাধারণ ওইহনবা অসিনি। (৩) ভোজকত্বনা অয়েংবা নৎত্রেগা অপাবনা ময়ামগী ওইবা সাধারণ ওইবা ৱাখলদগী রস ফাওরকই হায়না মত পীরম্মী। রস নৈনরকপা মতমদা মহাক্কী বা পল্লমদবা চিথবা তৌনদে।

**ভট্টলোল্লট** ঃ- আচার্য অসি কদায়দা কবম্বা মতমদা লৈবম্বগে হায়বগী মরমদা কূপ্না **খণ্ডনদ্রি।** অদুবু খৃষ্ট ১১ শুবা শতাব্দীগী মতুংদা লৈবম্বা কাশ্মীরগী পণ্ডিত ওইগনি **হায়নদি থাজনৈ।** আচার্য অসিগী তোঙানবা লাইরিক অমা লৈবম্বগী ৱা থেংনদ্রি। অদুম ওইনমক মহাক্না রসকী মরমদা ব্যাখ্যা কয়ামকম তৌরম্মী। মহাক্না ভরতকী রস সূত্র ইহান হান্না ৱাপু অমা 'উৎপত্তিবাদ' হায়দুনা পুথোরকই। বস হায়বসি মহাক্না নট-নটীকা অমসুং সহৃদয়গী মহুত্তা অশেংবা প্রত্র অদুদা লৈগনি হায়না ফোঙদোক্লম্মী। মসিগী মতসিগী মতুংদা লাকপা আচার্যশিংনা য়ানদে। অদুবু মহাক্না কাব্যশাস্ত্রদা তৌবম্বা দানগীদমক মহাকপু মতুংদা লাকপা আচার্যশিং মম্মট, অভিনব গুপ্তনচিংবনা মখোয মখোয়গী লাইরিক্তা য়ান্না থাগৎতুনা তোয়না পল্লি।

**ভরতঃ**- খৃষ্টগী অনীশুবা চহীচাদা *নাট্যশাস্ত্র* ইরমদুনা সংস্কৃত কাব্যশাস্ত্রগী ইহান হানবা লময়ানবা আচার্য অমনি হায়না শীংথানৈ। মহাক্না ঋগবেদদগী ৱারী, সামবেদদগী ঈশৈ, যজুর্বেদদগী অভিনয় অমসুং অথর্ববেদদগীরস লৌদুনা ব্রহ্মাগী য়াথং মতুং ইন্না *নাট্যশাস্ত্র* ইরম্মী। মসিবু নাট্যবেদ হায়না খঙনদুনা মঙাশুবা বেদগী থাক ফাওবা **পুখৎলম্মী।** মহাক্কী অধ্যায় ৩৬ না শাবা *নাট্যশাস্ত্র* অসি নাট্যগী মনুংদা নাট্য হৌরকপা, রঙ্গালয় (Theatre Hall) শাবগী মওঙ, অভিনয়, ঈশৈ, নাট্যদা বস অমসুং পাত্র পাত্রীগী মশক নৈনবতা নত্তনা কাব্যশাস্ত্রগী মরমদসু মখল শুনা মচঙ ওইবা মওঙ খব-খরদংতা নৈনরম্বসু উবা ফঙই। মহাক্কী *নাট্যশাস্ত্র*গী ৬শুবা অধ্যাযদা বস মখল নিপানগী মরমদা য়াম্না কূপ্না নৈনরম্মী, ১০ শুবা অধ্যায়দা অলঙ্কাব মখল মরি অমসুং কাব্যগী দোষকী মরমদা নৈনরম্মী, ১৭ শুবা অধ্যায়দা কাব্যগী গুণগী মরমদা নৈনরম্মী। অসূম্না মহাক্না লাইরিক অসিগী অধ্যায়শিংদা য়াম্না বৈজ্ঞানিক ওইনা কাব্যশাস্ত্রগী মরমদা কয়া

নৈনরম্মী। মাগী মমাঙদা কাব্যশাস্ত্রগী আচার্য কয়া লৈরম্বা থেংনরবসু মখোয়গী মতীক চাবা গ্রন্থ/লাইরিক থেংনদে।

**ভানুদত্ত ঃ-** ১৪শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা লৈরম্বা মমিং লৈরবা মিথিলাগী শৈব্য ব্রাহ্মণ পণ্ডিতনি। মহাক্কী মপাগী মিংনা গণেশ্বর কৌই। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *রসতরঙ্গিণী* নি। পন্দুপ নিপান থোক্লা খায়দোকই। মসিদা ভাবকী লক্ষণ, স্থায়ী ভাব মখল, বিভাবকী লক্ষণ অমসুং মখল, অনুভাব, স্বাতিক ভাব, ব্যভিচারি ভাব, রসকী বর্ণন অসিনচিংবগী মরমদা কুপ্না নৈনরম্মী।

**ভামহ ঃ-** খৃষ্টগী ৭শুবা চহীচাদা *কাব্যালঙ্কার* ইরমদুনা কাব্যগী মরমদা মশাগী অনৌবা য়ুম্ফম অমা থোনজরম্বা আচার্যনি। মহাক্কী মপাগী মমিংদি রক্রিল গোমী কৌই, কাশ্মীরদা পোকপনি। মহাক্না মহাক্কী পরিচ্ছেদ ৬থোক্লা খায়দোক্তুনা ইরম্বা *কাব্যালঙ্কার* দা মথংশিংনা কাব্যগী হকচাং, অলঙ্কার, দোষ, অচুম্বা লেপ্পা (ন্যায়নির্ণয়), ৱাহৈ-ৱাতাগী মতাং (শব্দ-শুদ্ধি) অমসুং তরুকশুবা পন্দুপ্তা 'শব্দার্থৌ সহিতৌ কাব্যম্' হায়বা শব্দ অমসুং অর্থ অনীনা পূল্লগা কাব্য কৌনিংবগী বাপুনি। অদুগা ভরতনা পুথোক্লম্বা গুণ তরাবু মহাক্না মখল অহুমদা শুপচিল্লগা কাব্যদা গুণ অহুম হায়বদি ওজ, মাধুর্য অমসুং প্রসাদ হায়না পুন্সিনবা অসিনি। বক্রোক্তি অলঙ্কারনা অলঙ্কার পূম্নমক্কী মরূনি হায়না লৌরম্মী। মহাক্না অলঙ্কার মখল ৩৮ পুথোক্লম্মী।

**ভোজরাজ ঃ-** চাউরাক্না খৃষ্ট ৯৯৬ তগী ১০৫১ ফাওবগী অদুৱায়দা লৈরম্বা অফাওবা আচার্য অমনি। মহাক অসি সিন্ধুরাজ/সিন্ধুল গী মচানি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিকশিংদি *সরস্বতীকণ্ঠাভরণ* অমসুং *শৃঙ্গারপ্রকাশ* নি। মহাক্কী অহানবা লাইরিক অসি পন্দুপ মঙা থোক্লা খায়দোকই। মসিদা পদদোষ, বাক্যদোষ, বাক্যার্থগী দোষ, শব্দগুণ, বাক্যার্থগী গুণ, শব্দালঙ্কার, অর্থালঙ্কার, উভয়ালঙ্কার, রস, ভাব, নায়ক-নায়িকা মসিগী লক্ষণ, মখল, সন্ধি মঙা, বৃত্তি মরি অসিনচিংবা উত্তুনা নৈনৈ। লাইরিক অসি শ্লোক ৬৪৩ না শাই। মসিদা দণ্ডীগী *কাব্যাদর্শ* অমসুং *ধ্বন্যালোক* তগী শ্লোক খরা লৌরম্মী। অদুগা *শৃঙ্গারপ্রকাশ* অসিনা অধ্যায় ৩৬ না শারম্মী। মসিদসু শব্দালঙ্কার, অর্থালঙ্কারগী অমসুং *উভয়ালঙ্কার* গী মরমদা নৈনরম্মী।

**মম্মট ঃ-** চাউরাক্না খৃষ্ট ১০৫০ দগী ১১০০ ফাওবা কাশ্মীরদা লৈরম্বা মমিং লৈরবা আচার্যনি। মহাকসি অভিনবগুপ্তগী শিষ্যনি। মহাক কাশীদা লাক্তুনা শাস্ত্রগী জ্ঞান

তমশিনখি। মহাক্কী মরুওইবা লাইরিক্তি *কাব্যপ্রকাশ* নি। লাইরিক অসি উল্লাস (Chapter) ১০ অমসুং কারিকা ১৪২ লৈরম্মী। মাগী *কাব্যপ্রকাশ* অসি সংস্কৃততা টীকা খ্বাইদগী য়াম্না ইখিবা *শ্রীমদ্ভাগবত গীতা* গী মথংদা লৈ। লাইরিক অসিগী টীকা ৭৫ রোমনি। লাইরিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী মশক-মওঙ-মখল, শব্দগী বাচক-লক্ষক-ব্যঞ্জক, ধ্বনিগী মরম, রসকী মশক- মওঙ, দোষশিংগী লক্ষণ, পদ, বাক্য, অলঙ্কারগী মখল, মাধুর্য, ওজ, প্রসাদ গুণগী মরম অসিনচিংবা য়াম্না মমুৎ তানা নৈনবা লাইরিক্নি।

**মহিমভট্ট ঃ-** চাউরাক্লা খৃষ্টগী চহীচা ১১শুবা মতমদা কাশ্মীরদা লৈরম্বা মমিং লৈরবা আচার্য্যনি। মহাক্কী মপাগী মমিং শ্রীধৈর্য কৌই অমসুং মহাকবি শ্যামলগী শিষ্যনি। মহাক্কী মরু ওইবা অ ফাউবা লাইরিক্তি *ব্যক্তিবিবেক* হায়বসিনি। মহাক অসি মহানৈয়ায়িক অমসুং অলঙ্কারিক অমনি। আচার্য রুয়্যক্লা মাগী *অলঙ্কারসর্বস্ব* দা *ব্যক্তিবিবেক* কী নৈনরোনগী মরমদা কূপ্না পল্লম্মী। মহাক অসি কাব্যদা রসনা আত্মানি হায়বা আচার্য্যনি।

**মুকুলভট্ট ঃ-** খৃষ্টগী ১০ শুবা শতাব্দীগী অহানবা তঙ্খায়দা লৈরম্বা *অভিধাবৃত্তিমাতৃকা* ইরম্বা আচার্য অমনি। মহাক্কী মপা কল্লটবট্ট কাশ্মীব নরেশ অবন্তি বর্মাগী সভাপণ্ডিতনি। *অভিধাবৃত্তিমাতৃকা* অসিদা অভিধা অমসুং লক্ষণাগী মশক ময়েক শেংনা কূপ্না তাকপগা লোয়ননা লক্ষণাগী মখল তরুক থোকনা খায়দোক্লম্মী।

**য়াস্কাচার্য ঃ-** মহামুনি য়াস্কনা লৈরম্বগী মতম চপ চানা পনবা ঙম্নদে। অদুবু নোংচুপকী পণ্ডিতশিংনা খৃষ্ট মমাঙ মঙাশুবা শতাব্দীগী মমাঙদা ওইরমগনি হায়না থাজনৈ। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *নিরুক্ত* নি, মাগী লাইরিক্কী মগুণ অমসুং মওঙ লৌদুনা মহাকপু নিরুক্তকার হায়না ফাওবা খঙনৈ। মহাক্কী লাইরিক অসিদগী মহাক্কী মমাঙদা নিরুক্তগী মরমদা নৈনবা হৌরম্লে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। নিরুক্তদা মরু ওইনা নৈনরিবসি খোম্লোক, বাহে অমসুং অর্থগী মরমদা নৈনবনি। হৌজিক্কী মতমগী Linguistics (ভাষাবিজ্ঞান) গী হৌরকফমনি।

**রাজশেখর ঃ-** খৃষ্টগী ১০ শুবা শতাব্দীগী অহানবা তঙ্খায়দা য়য়াবর বংশগী মহারাষ্ট্রগী ব্রাহ্মণনি। মহাক্কী মপু দুর্দুভ হায়না মিঙ্গৌবা নিংথৌগী মন্ত্রী অমনি। মমাগী মিংনা শীলবতী কৌই। মহাক চৌহান বংশগী অবন্তি সুন্দরী হায়বী অমগা লুহোংখি। মহাক্কী *কাব্যমীমাংসা* কাব্যশাস্ত্রগী মরু ওইবা লাইরিক অমনি। মহাক্লা মাগী লাইরিক অসি অধ্যায় ১৮ থোক্লা খায়দোক্নুনা তোঙান তোঙানবা অলঙ্কার শাস্ত্রগী লাইরিকশিংবু

বৈজ্ঞানিক ওইবা মওঙদা নৈনরম্মী। মহাক্না কাব্যশাস্ত্রগী লাইরিক অসিতা নত্তনা অতোপ্পা লাইরিক তরুকখকসু ইরম্মী। মদুশিংদুদি — *বালরামায়ণ* (নাটক), *বিদ্ধশালভঞ্জিকা* (নাটিকা), *প্রচণ্ডপাণ্ডব* নৎত্রগা *বালভারত* (নাটক), *কর্পূরমঞ্জরী* (সট্টক), *হরবিলাস* (মহাকাব্য) অমসুং *ভুবনকোশ* (ভুগোলশাস্ত্র) অসিনি।

**রুদ্রট ঃ-** চাউবাক্লা খৃষ্টগী চহীচা ৮৫০ অদুব্রায়দা কাশ্মীরদা লৈরম্বা আচার্য অমনি। মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমা শটানন্দ হায়নসু কৌরম্মী। ভট্টবামুক্কী মচানুপানি। মহাক্কী মরু ওইবা শীংথাবা য়াবা লাইরিক্তি *কাব্যালঙ্কার* নি। মসিগী অধ্যায়না ১৬ না শাবা অমসুং শ্লোক ৭৩৪ নি। লাইরিক অসি আর্য়া ছন্দদা ইরম্মী, অদুবু অরোইবা শরুক্তা অতোপ্পা ছন্দগী মশকসু খরমখৈ যাওই। মহাক্কী অধ্যায় ১৬ না শাবা লাইরিক অসিগী মনুংদা অধ্যায় ১১ দি অলঙ্কারগী মরমদা নৈনরম্মী। অদুগা লেমহৌরিবা অধ্যায়শিংদা কাব্যশাস্ত্রগী মরু ওইবা মচল খুদিংমক শুনা নৈনরম্মী। মহাক্না রস, নায়ক, নায়িকা, রীতি মরি, কাব্য অসিনচিংবগী মরমদা নৈনরম্মী।

**রূপগোস্বামী ঃ-** খৃষ্টগী ১৬ শুবা চহীচাদা বংগালদা লৈরম্বা বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী চৈতন্য মহাপ্রভুগী শিষ্যনি। মহাকসি ব্রাহ্মণ কুমারগী মচানুপানি, মহাক্কী অশেংবা হৌরকফমদি কর্নাটকনি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিকশিংদি - *উজ্জ্বলনীলমণি, হরিভক্তিরসামৃত সিন্ধু* , *নাট্যচন্দ্রিকা* মমিং চৎপা ঙাক্তনি। মহাক্কী অহানবা লাইরিক অসি বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী রাধা- কৃষ্ণগী অথুপ্পা শৃঙ্গার রসপু বর্ণন তৌই। নায়ক মখল ১৬ কী মশক তাকই, স্বকীয়া নায়িকাগী মখল, ভক্তি রসকী বর্ণন তৌই। মহাক্কী লাইরিক অসিগী টীকানা ময়াম্বগী মচা জীবগোস্বামীনা *লোচনরোচনী* হায়না পুথোক্লম্মী। অদুগা বিস্বনাথ চক্রবর্তীনা *আনন্দচন্দ্রিকা* হায়নসু টীকাগী লাইরিক অমা পুথোক্লম্মী।

**রুয্যক ঃ-** মহাক অসি খৃষ্টগী ১২ শুবা শতাব্দীদা লৈরম্বা কাশ্মীরী পণ্ডিত অমনি। মহাক্কী অতোপ্পা মমিং অমনা রুচক হায়নসু কৌই। মহাক্না মপা ইবুংঙো তিলকতগী বিদ্যা তম্বা হৌরম্মী। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *অলঙ্কারসর্বস্ব* নি। মসিতা নত্তনা অতোপ্পা লাইরিক কয়ামরুমসু লৈরম্মী। মদুদি — *অলঙ্কারানুসারণী, কাব্যপ্রকাশসঙ্কেত, নাটকমীমাংসা, ব্যক্তিবিবেকবিচার, শ্রীকণ্ঠস্তব, সহৃদয়লীলা, সাহিত্যমীমাংসা, হর্ষচরিতবার্তিক, অলঙ্কারমঞ্জুবী, অলঙ্কারবার্তিক* অসিনচিংবনি। মহাক্কী *অলঙ্কারসর্বস্ব* অসিদা সূত্রবৃত্তিগী শৈলীদা শব্দালঙ্কার ৪ অমসুং অর্থালঙ্কার ৭৮ গী মরমদা কূপ্পা নৈনরম্মী।

**শঙ্কুকঃ-** আচার্য অসি করম্বা মতমদা লৈরম্মী হায়বগী অকক্নবা চাউরাকপা মতম

অমা লাকশিনবা লুনা থোক্লি। অদুবু আচার্য অসিনা ভট্টলোল্লটকী মতপু যানীংদবা ফোঙদোকপনা মহাক অসি ভট্টলোল্লটকী মমাঙদা লৈরম্বা আচার্য অমা নত্তে হায়বসিদি ময়েক শেংলবা ৱাফমনি। মহাক্না ভরত মুনিগী রসকী সূত্রবু 'অনুমিতিবাদ' হায়না মিংথোন্দুনা ৱাপু অমা পুথোক্লম্মী। মহাক্না বস অসি অশেংবা পাত্র/পাত্রী অমসুং নাট্যদা মতৌ তন্নিবা নট/নর্ট কাদসু লৈবগী বাফম পল্লি। অদুগা ভাবোক্লসু অশেংবা পাত্র/পাত্রীগী মগুণ অমসুং শক্তম পুম্নমক বাখলনা শাদুনা রস লৌশিল্লি হায়না মত পীরম্মী।

**শোভাকর মিত্র ঃ** চাউরাক্লা খৃষ্ট ১২৫০-১৩৫০গী মনুংদা লৈবম্বা পণ্ডিতনি। মহাক ত্রয়ীশ্বর মিত্রগী মচানুপানি। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিক্তি *অলঙ্কার রত্নাকর* থোইদোক্লা মশক নাইবা অর্থালঙ্কার অমসুং শব্দালঙ্কার কৃপ্না নৈনদুনা তাকপা লাইরিক্লি।

**হেমচন্দ্র সূরি ঃ-** খৃষ্ট ১০৮৮ দগী ১১৭২ লৈরম্বা হেমচন্দ্রসূরি অহমদাবাদতা পোকপা "কলিকালসর্বজ্ঞ" উপাধি ফংলবা জৈন আচার্যনি। মহাক্কী লাইরিকশিংগী মনুংদা *কাব্যানুশাসন, প্রমাণমীমাংসা* অসিনচিংবা পনবা যাই। মহাক্কী অহানবা লাইরিক অসি অধ্যায় ৮ থোক্লা লৈ। লাইরিক অসিগী মনুংদা কাব্যগী মশক মওঙ মরম, কাব্যগী লক্ষণ, শব্দ অমসুং অর্থগী স্বরূপ, রস, শব্দ, বাক্য অমসুং অর্থ দোষ, গুণ, নায়ক-নায়িকাগী মখল, কাব্যগী মখল অসিনচিংবা কৃপ্না নৈনরম্মী।

**ক্ষেমেন্দ্র ঃ-** খৃষ্টগী ১০-১১ শুবা শতাব্দীদা কাশ্মীরদা লৈরম্বা আচার্য অমনি। মহাক্কী অপোকপগী মিংনা প্রকাশেন্দ্র কৌই। মহাক মশানা ব্যাসদাস হায়নসু কৌজে। মহাক্কী মরু ওইবা লাইরিকশিংদি — *ঔচিত্যবিচারচর্চা, কবিকণ্ঠাভরণ* অমসুং *সুবৃত্ত তিলক্* নি। মহাক্না কাব্যদা ঔচিত্যনা খ্বাইদগী মরু ওইবা অমনি হায়রম্মী। *ঔচিত্যবিচারচর্চা* অসি কারিকা ৩৯ না শাই। মসিগী বৃত্তিসু মহাক মশামক্না তৌজবম্মী। লাইরিক অসিদা মহাক্না পদ, বাক্য, প্রবন্ধার্থ, গুণ, অলঙ্কার, রস, ক্রিয়া, কারক, লিঙ্গ, বচন, বিশেষণ, উপসর্গ, কাল অসিনচিংবা ব্যাকরণগী শরুক য়াওনা নৈনরম্মী। অদুগা *কবিকণ্ঠাভরণ* দা কাব্যগী মপাঙ্গোওগী মরমদা নৈনরম্মী। *সুবৃত্ত তিলক্* তদি মরু ওইনা ছন্দগী মরমদা ইরম্বা লাইরিক্লি।

# বিব্লিওগ্রাফি

## (ক) সংস্কৃত লাইরিক

মিশ্র, ডাঃ জগদীশচন্দ্র । *অলঙ্কারশাস্ত্রস্যেতিহাস*। বারাণসী ঃ চৌখম্বা সুরভারতী প্রকাশন, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৪।

## (খ) হিন্দী লাইরিক

ওঝা, ডাঃ দশরথ । *হিন্দী নাটক উদ্ভব ঔর বিকাস*। দিল্লী রাজপাল এন্দ সন্স, ২০০০।

উপধ্যায়, আচার্য বলদেব। *ভারতীয় সাহিত্য শাস্ত্র* (অহানবা শরুক)। বারাণসী, নন্দকিশোর এণ্ড সন্স, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৬৩।

উপধ্যায়, আচার্য বলদেব। *ভারতীয় সাহিত্য শাস্ত্র* (অনীশুবা শরুক)। বারাণসী, নন্দকিশোর এণ্ড সন্স, অহুমশুবা ফোঙবা, ১৯৬৭।

কৃষ্ণবল (সম্পাঃ)। *ভারতীয় কাব্যশাস্ত্র*। দিল্লী ঃ রাধাকৃষ্ণ প্রকাশন, ১৯৬৯।

খণ্ডুড়ী, আচার্য সত্যনারায়ণ শাস্ত্রী (সম্পাঃ)। মুসলগাওঁকর, ডাঃ গজানন্দসাস্ত্রী (ব্যাখ্যাকার) মম্মট *কাব্যপ্রকাশঃ* । বারাণসী, কৃষ্ণদাস অকাদমী,১৯৯৭।

গুলাবরায়, ডাঃ। *সিদ্ধান্ত ঔর অধ্যয়ন*। দিল্লী ঃ আত্মারাম এণ্ড সন্স। মঙাশুবা ফোঙবা, ১৯৬০।

ত্রিপাঠী, ডাঃ রামমূর্তি (ব্যাখ্যাকার)। *কাব্যালঙ্কার-সার-সংগ্রহ এবং লঘুবৃত্তি কী ব্যাখ্যা*। প্রয়াগ ঃ হিন্দী সাহিত্য সম্মেলন, ১৯৬৬।

নগেন্দ্র, ডাঃ। *হিন্দী সাহিত্য কা ইতিহাস*। নোএদা ঃ ময়ুর পেপর বেক্স, ১৯৯১।

পাথক, আচার্য জগন্নাথ (অনুঃঔর ব্যাখ্যাকার) । আনন্দবর্দ্ধন *ধ্বন্যালোক*, অভিনবগুপ্ত , *লোচন* । বারাণসী, চৌখম্বা বিদ্যাভবন, ২০০০।

রেগ্মী, আচার্য শেষরাজ শর্মা, (ব্যাখ্যাকার)। বিশ্বনাথ *সাহিত্যদর্পণ*। বারাণসীঃ কৃষ্ণদাস অকাদমী, মাপন শুবা ফোঙবা, ২০০১।

শর্মা, চতুর্বেদী দ্বারকাপ্রসাদ। *চরিত্র কোশ* । দিল্লী ঃ নেসনেল পব্লিসিংগ হাউস, অনীশুবা ফোঙবা, ১৯৯৯।

